# মাংলমচৎকী পুয়াগী ৱারী

ꯃꯥꯡꯂꯝꯆꯠꯀꯤ ꯄꯨꯌꯥꯒꯤ ꯋꯥꯔꯤ



শ্রী লাইশ্রম রামজী সিংহ

# ꯃꯥꯡꯂꯝꯆꯪꯀꯤ ꯄꯨꯌꯥꯒꯤ ꯋꯥꯔꯤ

# মাংলমচংকী পুয়াগী ৱারী

শ্রী লাইশ্রম রামজী সিংহ




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর, মণিপুর

"মাংলমচৎকী পুযাগী ৱারী"

***'Manglamchatki Puyagi Wari'**, a Manipuri oldest history by Laishram Ramjee Singh Published by Kh Sadashiva Singh for Manipuri Sahitya Parishad, Bishnupur District Branch, 2014*

*শ্রী লাইশ্রম রামজী সিংহ, নিংথৌখোং খা মখক কৃষ্ণ নগর লৈকাই, ৱার্ড নম্বর-৩ ।*

অহানবা ফোঙবা : ফেব্রুৱারী ১৮, ২০১৪ ইং,

কোপী মশিং : ৫০০

ফোঙজবা : খ্বাইবাকপম সদাশিবা সিংহনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চকীদমক্তা ফোঙজবা



মখুম : খ্বাইবাকপম বোবী সিংহ, নিংথৌখোং ।

নম্ফম Nest Advertising & Marketing Pvt Ltd

মমল্ লুপা : ১২০/-

টাইপ সেটিং : লসমী কম্প্যুটর, নিংথৌখোং বাজার

*Under Rastrabhasa Shikshan Sansthan*

*Ningthoukhong, Regd No 39 of 2009*

লাইরিক ফঙফম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বাজার ইম্ফাল অমদি অইবা ।

# 'কচ্ছবা'

হে মণিপুর ইমা
ইমাগী মফমদা
কবিশু খণ্ডদ্রবা নচানা
'মাংলমচৎকী পুযাগী রাবী'
মতৎ মতৎ তৎলবা
ফজবা শক্তম যাওদ্রবা
নুংশিবা লৈনম চেন্দ্রবা
ইমা লৈবাক্কী পুযাবি
অবোনবা নওগী মিংলেনবু
মালেমসিদা খওহঞ্জনবা
কচ্ছবি ইমাগী নফমলাংদা ।

-----

Govindas Konthoujam
**Minister**
Commerce & Industries
Veterinary & Animal Husbandry
and Sericulture
Manipur



Tel 0385 2450469 (O)
0385 2451533 (R)
Fax 0385 2450329 (O)
Mob +91 9436892005
email govindaskonthoujam@gmail.com

# যাইফ পাউজেল

শ্রী লাইশ্রম বামজী সিংহনা ইবা 'মাংলমচৎকী পুযাগী ৱাবী' কৌবা লৈচল অমা মণিপুৰী সাহিত্য লৈকোলদা লৈশাৎ তমহনবদা ৱাহৈ খবদং ফোংদোক্লবগী তাঞ্জা অমা অইবা অমসুং মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ বিষ্ণুপুৰ ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুৰনা ঐঙোন্দা পীবিবগীদমক অইবা শ্রী লাইশ্রম বামজী সিংহ অমসুং মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ বিষ্ণুপুৰ ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুৰ অনিগী চাউববা পুন্সিগী শিংঙমদ্রবা লমন অমা তোনশিঞ্জবে। তশেংনমক তুংদা হৌবক্লিবা মীবোলশিংনা নিংশিংলবোইদবা কযা অইবনা লাইবিক ওইনা ইবিদুনা সাহিত্য লৈকোলদা লৈচল অমা শেম্বীবগীদমক অইবগী থৌনা অমসুং লিংজেল, লোযননা লাইবিক অসিনা কান্নবা পীবক্কদৌবিবা তুংগী মীবোলশিংগীদমক খল্লগা অইবগী হোৎনজমনবু ঐহাক্লা থৱায হকচাং যাওনা থাগৎপা ফোংদোকচবি ! লোযননা অসিগুম্না কান্ন-কান্নববা লৈচল কযা অইবনা মণিপুৰী সাহিত্য লৈকোলদা তুংগী মীবোলশিংগীদমক খন্দুনা খুদোল কযা তম্বীবকপা ঙম্বা ওইশনু।

তাং ২৯-০৪-২০১৪

( গোবিন্দাস কোন্থৌজম )
মিনিষ্টৰ
কমর্স অমসুং ইন্ডষ্ট্রিজ, সেৰিকলচৰ,
ভেটিনৰী অমসুং এনিমেল হজবেন্ডৰী
মনিপুৰ

# হায়জনিংবা খরদং

## ভারত

হৈপাল-লৈপাল, হৈবাং-লৈবাং, মহৈ-মবোং চঙখোনবী। অশেংবা হৈনম লৈনমনা চুববা, পাঙ্গল হাপ্পা পুক্রিং তুজুং পোকহনবা মলযা নামিবা নুংশিংনা লোইবোয তপ্পা লিবি হুমদুন লৈবিবী। গঙ্গা ইবম মবীগী শেংলবা লাইজ, সিন্ধু, ব্রহ্মপুত্র, কাবেবী, নর্মদা, তাপ্তী, সবস্বতিনচিংবা শিংথাব ঙমদ্রবা তাংলবা তীর্থ খিবিক্কী ঈশিংনা অতৎপা লৈতনা চবনবু শেংদোক্লিবী। হেমন্ত, বসন্তনচিংবা ঋতু তকক্লা ইমাগী অৱাৎপা লৈতনা মখল-মখলশিংগী ফিজোল থৌগল্লিবীনি। জগন্নাথ, বামেশ্বব, দ্বাবিকানাথ, বদ্রিনাবাযণ জগৎ ফাওববা তীর্থনি হবিগী খুভম মবিনা। ইমাগী মাইকৈ মবিদা লেপ্পুনা কাংসিগী ধ্বনিন, নুংশিংকী ঈপোমদা তোংদুনা মালেম থুংনা শন্দোকখ্রি। সমুদ্রনা খ্বাংশেংনবী, হিমালয়না লুপাগী লুহুপ ওইনা লৈতেংবী কনানসু মাগী মগুন লোইন শিংথাবা ঙমদবী। ভাবত জননী ইমানি। "সুজলাম্ সুফলাম্ মলয়জ সীতলম্" হাযনা কবিনা শৈশক্লবিবা ঐখোযগী ইমা ভাবতনি। অখাং কনবী, মীনুংশি খঙবী, ঙাকপীহৈবী, চিংলেম্বী ৱাশক চেৎপী অচুম্ববু থাজবী ধর্ম্মদ লেংদবী ইচা মীচা খায়দবী, ৱাঙাংখোন্দা নীংথিবী, অহিংসা অমসুং সতিত্বনা ইমাগী অথোযবা গুনশিংনি। ঙাকপী হৈবনাচিংবা অথোযবা গুনশিং চেঞ্জব্বনা মমান্নবা মীবক্তা মতুশোন্না উববসু মীচং সঙ্গল লৈতবী ঙাকপীনিঙাই যাওদ্রবী মাগী কনা লৈত্রবী অবলা পাঙ্গল শোনবী অমগুম্না উদুনসু ভাবতকী তপস্বিনি অমসুং ব্রহ্মচাবিনি অমা ওইদুনসু লেপ্পা

লৈতবা গঙ্গাগী ঈচেলগুম শিংথাবা ঙমদবা য়াম্লবা অকনবা অকনবী মপাবী মমোমনি অতৎপা লৈতনা পোক্লিবী জগত্তা বিবপ্রসুতি হায়না ফাওবিবী ভাবত ঈমানি । সংগ্রামশিং, কৃষ্ণদেববায়, বাণাপ্রতাপ, বানীদুর্গাবতি, শিবাজী, তানাজী মালসুবে, বাজশিং দুর্গাদাস বাঠোব, গুরুগোবিন্দ সিংহ, বাজবিও পেসৱা, মাধববাও পেসৱা, হাযদব অলি, বণজীৎ সিংহ, বানী লক্ষমী বাই, টিপুসুলতান নচিংবা নীংশিংবা থোকত্রবা শীংথানিংবতন হেল্লবা মমা নীংবা থৌনাফববা অকনবা মচাশিংনা লৈতেংলীবী ঈমানি । খুদিবাম বোস, অসুতোস মুখর্জিনচিংবা অথৌবা কযানা সেবা তৌবকপী ঈমানি ।

মীনা লাকচবা য়াদবা মপাবি মমোমনি চীংখোং চীংযা থল্লা লোইবী লোইযা পানা লৈবীবী পুকফবী ভাবত ঈমানি । খোঞ্জেল হৌনা হন্না-হন্না লাওনিংই । বাম ভক্ত লক্ষ্মণ, বানব শুগ্রীব, বামদাস হনুমান, হলাফুধ বলদেবা, ভীষ্ম পিতামহ অমসুং ধনু বেদাচার্য, দ্রোন, বীব পবাক্রমী ভিমসেন, অর্জুন, দানবীব কার্ণ, গুরু ভক্ত একলব্য, অভিমন্যু, ঘতোতকচ অসিদা নত্তনা লান্দা হৈববা পাখংশিং লব-কুশ নকুল, সহদেবনচিংবা ধর্ম্মবু ঙাকপদা শিববু শান্নবগুম্না খন্দুনা হবাও-হবাওনা ঈমাগী তম্পাক্তা হিপখ্রবা ঙাকতনি । অচুম্ববু কন্নবগী লানফমদা থৱাইনা পোম্থা ওইদুনা বিজয পতাকা থেৎখ্রবা ভাবত ঈমাগী মপাবি মমোমশিংনা মতম চুপ্পদা জয ওইবি । ধর্ম্মগী লৈবাংশিং মখল মথেল শুনা শাৎলিবা অদুগুমলবা ভাবত অধ্যাত্মিক্কী লৈকোলনি । শ্রী শঙ্কবাচার্য়, শ্রী বামানুজ, মাধবচার্য়, বামদাস, তুকাবাম, গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু, জ্ঞানদেব, চাঙ্গদেবা তুলসিদাস, সদাশিবা, ব্রাহ্মণনচিংবা অধ্যাত্মিক গুরু কযাগী পোক্লফম্রি । বুদ্ধ, নানক মহাবিবনচিংবা ধর্ম লিংখৎপা কযাগী হৌবকফমনি । গঙ্গাগী ঈচেল লেপখিবা যাই সনজিং মফম হোংখিবা য়াই চিংথক্তা থম্বাল শাৎলকপা য়াই নুমিৎনা নোংচুপ্তা থোক্লকপা যাই ভাবতনদি ধর্ম্মবু থাদোক্লোয নুমিৎ থানা লৈবিবা মখে ভাবতকী মহুৎশিন্দুনা অধ্যাত্মিক্কী গুরু ওইদুনা

সংসাববু যোগদা লমজিংগদবা পৃথিবীগী দেশ অমত্তসু লৈতে ।

ভোজনিংথৌ বিক্রমাদিত্য, জনক অমসুং অশোক্কচিংবা নিংথৌশিংগীদমক্তা চাওথোক্রফম ওইবিবা ভাবতনি । বালমিকি, ব্যাস, কালিদাস, টেগোবনচিংবা কবিশিংগীদমক্তা লেমজবিবা ভাবতনি । পবমহংস বিবেকানন্দা, বামতীর্থ, অর্বিন্দ, শিবানন্দ, তিলক, গোখলে, গান্ধী , বিনোবা, নেহরু, শাষ্ট্রিনচিংবা অশিংবা মচাশিংগী শৈশকফম যোগীশিংগী লাইনিংফম মপানিংবা মচাশিংগী আত্মাবলিদান তৌনফম পোৎথাফম খণ্ডদ্রবা জগৎকী শান্তি পীনফম ভাবত কয়াদা শেংখ্রবা লমদমনো ! শ্রী বাম অমসুং শ্রী কৃষ্ণগী শেংলবা চবন্ন নেৎলম্বা অযোধ্যা অমসুং বৃন্দাবনগী উফূলনা ঙসিসু মী কয়া কয়াগী মোৎলবা থম্মোয় শেংদোক্রবি ।

জয় বীবপ্রসুতি, ভাবত মাতা অথৌবা মচাশিং পোকপী ভাবত ইমানা জয় ওইবে ।

- *অইবা*

------------

# হায়জনিংবা খরদং

## নিংথৌখোংদা ঠিয়েটরগী ঈহৌ

যাম্না ঙন্নিঙৈ মতমদগী হৌনা লীলা, ফলাবু পামজবা ইবমদম মণিপুরগী নিংথৌবোল কযানা খোঙদাদুনা লাক্লবা নিংথৌখোংনি। চীংনা কোযনা পনশাবগা মযায়দা তম্পাকশিংবু অমুক ফজবা হেলহল্লিবা লোক্তাক পাৎ। লোক্তাক খোঙবানসি নিংথৌবোলগী হাক্তক্তা, ইনিংথৌশিংনা লোক্তাক্তা লেঙবিবক্তুনা শাদানবা চৎনবম্মী। চীংখোঙদগীসু যাম্না লাপ্লা মফম নত্তবনা শা অমসুং উচেক তানবদা যাম্না নুংঙাইবা মফম ওইবম্মী লমদম অসি। মতমদুদদি হৌজিক্কী হব্রা-গাড়ীনা কোনুংদগী লাকপদা মিনিত ৬০ চঙবদু ওইবমদে। তিদিম বোড মতম অমদা উফুল ফ্রোঙ-ফ্রোঙ হৌবা সোবোক অমা ওইবম্বনা শগোল গাড়ীনা ইনিংথৌ লেঙলকপদা খুদোং যাম্না চাবমদে। শগোল গাড়ীনা কোংনুংদগী নিংথৌখোং তান্না লাকপসি নোংমা নত্রগা নীনি চঙবা যাওবম্মী হাযনৈ। অদুনদি ইনিংথৌনা শাদানবা নিংথৌখোংদা লাকপসি য়ামদ্রবদা হপ্তামুক্তি নিংথৌখোংদা পন্দুনা লৈ হাযনৈ। নিংথৌনা হপ্তামুক লৈবা হাযবসি মতমদুদা জগোয-ঈশৈ, লীলা তৌনবা ঙাক্লি। মসিনা তাকপদি নিংথৌখোংদদি চুম্নগী লীলা, ড্রামা অমদি ঈশৈগী ঈহৌদি চহি ১০০ গী মথক্তা লৈবম্নগনি। মণিপুরগী খুঙ্গংশিংগী ঠিযেটব নৈনবকপদা সিমদি মযেক শেংনা উবা ফংঙি। অয়াম্বনা ঠিয়েটবগী লমযানবা ওজাশিংসি ইম্ফালদগী লাক্লগা তম্বিবম্বা ওইনা তৌই। অদুবু নম্বোল, বিষ্ণুপুব, নিংথৌখোংগী নৈনবকপদদি কছাবদগী লীলাগী লমদা হৈ-শিংলবা ওজাশিংনা অয়াম্বা হৌদোবকপগুম

তৌই । মসি মতমদুগী মনিপুবগী অমত্তা ঙাথববা মপানগা ফাওনবম্বা তোংজৈ মবীল (ওল্ড কছাব বোড) গী লম্বীসিনা ওইবমগনি থাজনৈ ।

নিংথৌখোংদদি লীলাগী ঈহৌসি যাম্না ঙন্না হাযবদি খৃ ১৯২৪-২৫ দা হৌবকখ্রে । কছাববোমগী লীলাগী লমদা নীংথিনা শঙহৈবক্লবা বাজকুমাব পাঞ্জিতোনসনানা ইহান হান্না শোক



১৯২৫ দা 'প্রহলাদ চবিত্র' লমজিং লমতাক্ত্বনা বাধা যাঙপ্তা শান্নবা হৌখি । মসিনা অহানবা বেকোর্ড তৌহৌবা লীলানি হাযবা তাই । বাজকুমাব পাঞ্জি তোনসনাগী অতোপ্পা মিং অমা 'লবম্বা যাই অদুব পাঞ্জিগী খুৎফাও হৈ হাযদুনা পাঞ্জি মযুম পাঞ্জিতোনসনা হায়না শঙনবাম্নী । নিংথৌখোংদ নিংথৌ হাস্তকগী মন্দিব অনী থেক্লা বাজকুমাব শিংনা সেবা ফংজবকই । অমনা বাধা মাধব মন্দিব অদুগা অমনা গোপিনাথ মন্দিব, অনীসি কম্পিটিসনস্ অদুম তৌনবকপা মমনি । বাধা মাধব মন্দিবদা প্রহলাদ চবিত্র শাম্নখিবগী হেক চহী ওল্লকপদা হাযবদি খৃ ১৯২৬ তা গোপিনাথ মন্দিবদসু অজ্ঞানা নৌনা লুচিংদুনা 'বাম লীলা' শান্নবা হৌই । লীলা অসিগী নীংশিংবা যাবা কালাক্রাব-শিংদি হিনাওবা (হনুমান), আব কে সনাজাউবা (বালমীকি), আব. কে মুত্তাসনা (লভ), কে যুমজাওসনা (কুশ), গুরুমযুম অতোনসনা দেবী (সীতা), লাইশ্রম যাইমা (মহাদেব) অসিনচিংবনি । অসুম্না মথং-মথং বাধা মণ্ডপ অমসুং গোপিনাথ মন্দিব অনীনা থংন-থংনা ১/ সভাপর্ব, ২/ মোইবাং থোইবী, ৩/ লোইকুম লোইকা, ৪/ যাইথিং কোনু, ৫/ সতী খোংনাং, ৬/ কাযেল-নোংদম, ৭/ চবাইবোংবা, ৮/ হেঞ্জুনহা, ৯/ কেগে লমজা, ১০/ হাওবং লৈশং শাফবী, ১১/ শাবিত্রি, ১২/ লাইবক চাউবী, ১৩/ নিঙোল, ১৪/ হবিশচন্দ্র, ১৫/ শবৎ পুর্ণিমা শোক ১৯৪০ ফাওবদা শান্নখি । অদুবু অশেংবা ফম্বাক লীলাদি খৃ ১৯৪২ দা নিংথৌখোং ড্রামাটিক য়ুনিযন (এন দি যু ) লিংখৎলবা তুংদা শান্নবা হৌবকখি । থৌদা ভাবোক লৈকায়দগী শোবাইশেম বীবচন্দ্রনা লমজীং-লমতাক্তুনা ১৯৪২ দা 'মাইনু পেমচা' শান্নবা হৌই । মতমদুগী ষ্টেজ শাবদা

অব্রাবগী মশক্কি। নোংমা চুপ্পা রা যাল্লুবগা উখুল তৌদুনা মথংগী নুমিৎ অমদনা ষ্টেজ শাগনি। হৌজিক্কী নিংথৌখোং গার্লস হায়স্কুল লৈবিবসিগী লম্পাক্তা ওইনা শান্নে। মতমসিদা পেত্রোমেক্স শিজিন্নবা হৌবে। মসিগী মমাঙদদি মৈনম্মুচিংবা থান্দুনা শানবর্মী।



ওজা বীবচন্দ্রগী তুংদা 'নিংথৌখোং যুথ ক্লব' লিংখৎতুনা সেকেন্ড রন্ড রাব মতুংদা লাইবক চাউবী শান্নবা হৌই। মথং-মথং চহী কাংদনা হেঞ্জুনহা, কেপে লমজা, নিঙোল, রবিশচন্দ্র, শবত পুর্ণিমা শান্নখি। নিংথৌখোং যুথ ক্লবকী যঙ-যঙ লাওনা থৌ পুবকপশিংদি ৺কে গোজেন, ৺থোকচোম নন্দশাম, ৺কে ঐচ বাজেন, ৺কে ঐচ মুহিন্দ্রা, ৺কে বীবহবি, আব কে মতুমসনা, আব কে গুলাপসনা ৺থোকচোম খোম্বৈ, কে ঐচ ইবোহল, লাইশ্রম বমজী পনবা যাই। আব কে থম্বালসনাসু চাউবা থৌদাং লৌবকই। অনীশুবা লানজাওগী মতুংদা নিংথৌখোংদা ঠিয়েটব হিংনবা হোৎনবকপশিংগী মনুংদা পনবা যাবদি ৺কে ঐচ মুহিন্দ্রোনি। শ্রী মুহিন্দ্রোনা নিংথৌখোং যুথ ক্লবকী প্লে কযাদা ডিবেক্সন পীবকখি। মতমদুগী পনবা যাবা প্লেশিংদি বীব টিকেন্দ্রজীৎ, যাইথিং কোনু, পুনম চীঙনংচিংবনি। কাইনথংদা খু ১৯৭১ দা কলচবেল এসোসিএসন নিংথৌখোং লিংখৎলবা তুংদসু ওজা মুহিন্দ্রোনা লমজিং লমতাক্তুনা উফুল্লকী থম্বাল, নুংশি পম্বুং, লৈকঙ থম্বাল ঙসিগী সমাজ, খুযোন হাওবা মথং-মথং শান্নখি। মতাঙসিদা পলহৌদবা যাদবা অমনা নিংথৌখোং খা-লৈকাযদসু ঠিয়েটবগী ঈথৌ লাক্তুনা ওইনামদগী হোংলকপা গুরুময়ুম অচৌবী শর্মানা লমজীং-লমতাক্তুনা ফম্বাক লীলা কযা শান্নখি। গুরুময়ুম অচৌবী লীলা ইবতা নত্তনা মশামক ডিবেক্তসনি। লীলাগী ঈশৈ কযাসু মশানা শক্লকই। পনবা যাবা লীলা শিংদি - লুখ্রাবী যুম্ফম, পার্ভবী-বাই, ওকুবেল খুন্দাবা। গুরুময়ুম অচৌবীগী তুংদা আব কে লৈফোলসনানা ডিবেক্সন পীদুনা প্লে কযামুকসু শান্নবর্মী।

মতমসিদা নিংথৌখোংদা ঠিয়েটব অহুম/ মবি শুবকপা মতমনি।

থংনবেল আর্টিষ্ট এসোযেসনসু কন্না ফাওগৎলকপা তাঙ্গানি। থংনবেলগী ওজা এন. অচৌবনা লমজীংদুনা প্লে কযামকম শান্নখি। পনবা যাবা খবদি- ইচাশা ইপা লম্বোইবগে, শবৎ পুর্ণিমা, নিঙোল



অসিনচিংবনি। পথিবীগী অনিশুবা লাণ্ডাওগী মতুংগী নিংথৌখোংগী ঠিযেটবগী শক্তমদি অরাবগী মশক্কি। অনীশুবা লণ্ডাও মনুংদা নিংথৌখোংদা জাপানীজ লোৎখি হায়দুনা বৃটিশনা অঙকপা ফংনা বোম থাদবদগী যাম্না মাঙ-তাকখি। মসিদা ঠিযেটবগী মপোৎ মচৈ অমদি ফম্বাক শাদুনা শেম্লম্বা মাগুপ কযাসু মাঙ তাকপদা যাওখি। অদুম ওইনমক লাল মতুংদা ঠিযেটববু অমুক হিংনবা হোৎনবকপশিংগী মবক্তা পনবা যাবা খবদি কোম্বৌজম ঁগোজেন, থোকচোম ঁনন্দশ্যাম, খাইদাকপম ঁবাজেন্দ্রচিংবনি। অহলশিংনা থুপখুবা তুংদা ঠিযেটববু শিগাখিদনবা থবায় হাপ্লুপশিংগী মনুংদা পলহৌদবা যাদবা অমনা শ্রী লাইশ্রম বামজীনি। মশনা ক্লাস থ্রি-গোব তম্লিঙৈদা হওাংগী বোল কুম্লুক্তুনা লীলাদা শরুক যাবকই। মহাক্তা শরুক যাখিবা লীলাশিংদি বীব টিকেন্দ্রজীৎ, উফুল্লকী লৈবাং, যাইথিং কোনু, মোইবাং থোইবী কাযেল নোংদা, হেঞ্জুনহা, কেগে লমজা, হাওবং লৈশং শাফবী খুযোন হাওবনচিংবা পনবা যাই। যাইথিং কোনুদা কোনুগী মপা শাবগী খুযোন হাওবনচিংবা শাই। যাইথিং কোনুদা কোনুগী মপা শাবগী যাম্না পকচৈ হৌজিক ফাওবা শোন্নবি। মশামক কলচবেল এশোসিযেসন নিংথৌখোংগী সেক্রেটরী ওইনা চহি ১৫ গী পুবম্মী। হৌজিক-হৌজিক নিংথৌখোং ঠিযেটব সেন্তবগী প্রসিডেন্টসু ওইবি। অসুম্না নিংথৌখোংদা ঠিযেটবগী ঈপোম থেংখাঙ কযাদা তোঙান-তোঙানবা এসোসিযেসন কযানা লীবি তত্তনা পুবকুবা তুংদা খ ১৯৮২ দা নিংথৌখোং ঠিযেটব সেন্তব লিংখৎখি।

ঠিযেটব সেন্তব অসিগী ফাউন্দব মেম্বব অমা থিবকপা তাববদি ওজা কে ইবোপিশকপু কাউবম্বা চুমদে। মশামক লীলাসু ঈজৈ অদুগা ডিবেক্টবসুনি। মশাগী মযেক্তা মশানা লমজীং-লমতাক্তুনা অনম্বা শক্ত

খৃ. ১৯৯৪ অদুগা ১৯৯৫ তনা হনুবৈ হৈকোল মায পাক্লা উৎপা ঙমখি। ঙল্লিঙৈ মতমদনা বীব টিকেন্দ্রজীৎ অমসুং যাইথিং কোনুংদা মায পাক্লা বোল কযা লৌবকখি। খৃ ১৯৮২ দা যাইথিং কোনুদা হাওবা শাস্গী ফজনা ফাওখি।



মনিপুরী ফম্বাক লীলানা চহী চাম্মা শুনকপগী ইবোইননা অনৌবা টেক্নোলোজী শীজিন্নবা, ব্লার্কশোপ পাঙথোকপা এক্সপেরিমেন্টল প্লে কযা পুথোবকপা ঠিযেটবশিংগী মবক্তা নিংথৌখোং ঠিযেটব সেন্তবনা চাউববা ফম অমদি কল্লে হাযজনিংই। ঠিযেটব অসিগী আর্টিষ্ট কযা কোবস বিপোর্তোবী ঠিযেটব, ইম্ফাল, কলাক্ষেত্র মণিপুরী ইম্ফাল অমসুং এন এস ডি নিউ দিল্লীদা ডিপার্টমেন্ত ওফ কলচব দিল্লীগী মথাদা এক্টিংদা ঈশৈ-নোংমাইদা, জগোযনা অমসুং ডিবেক্সন্দা হেন্না খঙ-হৈনবা চহী কাংদনা থাবি। যইথিং কোনু '১৯৮২' বীব টিবেন্দ্রজীৎ '১৯৯৪, ৯৫, ৯৬' উফুলগী লৈবাং '১৯৪৩' নুংশি পন্থুং '১৯৮৪' লৈকণ্ড থম্বাল '১৯৯৫' ঙসিগী সমাজ '১৯৮৬ নব ইন্তবভিযু '১৯৯৯ খোংজোম লান '১৯৯৬' বাবিনুংগী নুপী লোঞ্জকব ১৯৯৬ ইচাশা ইপা লম্নোইগে '১৯৯৭' হনুবৈ হৈকোল '১৯৯৮ তিংমিন্নবা, কর্ণ- অর্জ্জুন '২০০০' মথং-মথং শান্নখ্রে।

হোৎনবা কনবা হাববা তাই ২ ২০০১ দদি সেন্তব অসিগী অচৌবা মায পাকপসু লাকখি। ৩২ শুবা মণিপুর শোর্ট প্লে কম্পিটিশন্দা ঠিযেটব সেন্তব অসিগী 'অতোপ্পা দ্রোন অমা' হাযব, লীলা অসিনা বেষ্ট স্পোর্টিং এক্টব আব কে ফোলমনি মথংশৎনা ফংলকখি। হাযবিবা প্লেসিমক এলাহবাত্তা নাট্য সঙঘদা পাঙথোকখি। ৩৫ শুবা ওল ইন্ডিয়া শোর্ট প্লে কাম্পিটিশন্দা শকক যাকই। শকক যাকপদা নত্তনা মনা কযা ফংলকই। মনিপুরগী মায পুবকই ফংলকপা মনাশিংদি- মেবিটোবি অৱার্ড, থার্দ বেষ্ট ডিবেক্তব, বেষ্ট এক্টব, বেষ্ট ঠিযেটব মার্চশিংনি। ফম্বাক লীলা চহী ১০০ শুবকপসিদা মীকুপ অমা ঠিযেটব সেন্তব অসিনা এন এস ডি নিউ দিল্লী গা খুৎশম্নদুনা চোংথাম জযেন্ত 'এন এস ডি

গী দিগ্রী' গী কন্সেপ্ত দিজাইন, ম্যুজিক অমসুং ডিবেক্সন্দা এক্সপেবিমেন্তল প্লে ওইনা মাওপ ওদিতোবিযম, নিংথৌখোংদা সেপ্তেম্বব ১৪, ২০০২ গী মায পাক্লা উৎখি। লাইফ এচিফমেন্ত- ১/ আব কে· প্রেমজিৎ- সনাতোম্বী মেমোবিএল গর্বনবস এৱার্দ ফোব হেন্দিকেপ্ত আর্টিষ্ট, ২/ খুন্দ্র'কপম নিঙোল সচী- ফেষ্টিবেল ওফ কলম্বো ১৯৯৭ অমসুং বঙ্গলাদেশ ফেষ্টিবেল ১৯৯৭ দা শরুক যারুই। ৩/ মোইবাংথেম মোহেনকুমাব - অহুমশুবা বঙ্গ মহোৎসব এন এস ডি নিউ দিল্লীনা শিনবদা শরুক যাকুবা ৪/ বাজকুমাব ফোলমনি - পৃথিবী ঠিযেটব ফেষ্টিবেল ১৯৯৭, মুম্বাইদা শরুক যাকবে। পার্থদা পাঙথোকখিবা ফেষ্টিভেল ওফ পার্থ ১৯৯৮। লোযন-লোযননা টেলষ্ট্রা অদোলেট ফেষ্টিভেল ১৯৯৮ অমসুং চিলড্রেন ফেষ্টিভেল 'এন এস ডি' নিউ দিল্লীদসু শরুক যাকুই। মণিপুবী ফম্বাক লীলানা ঙল্লিঙৈ মতমদা নুপী শাবীগী চাউৎবা সমস্যা অমা লৈবম্মী। খুদম ওইনা লীলাগী লমযানবা অমা ওইবিবা হিজম ইবাবৎনা নুপী আর্টিষ্ট লৈতবদগী বাঙ্গলা লোন্দা শান্নবা 'বানী দুর্গাপী' দা কুপমতিগী শক্তম লাংলম্বগুম। নিংথৌখোংদসু খৃ ১৯২৬ তা গুকমযুম অতোনসনা দেবীনা বাম লীলা দা সীতা শাদুনা ঠিযেটবগী ইতিহাস শেম্মুম্বনি।

ঙসিদি নিংথৌখোং ঠিযেটব সেন্তব 'এন টি সি' ঠিযেটবগী মাযকৈ ঙাক্লি। ঠিযেটবগী লমদা মাযকৈ অসোমগী থাগৎনিঙাই ওইবদি ঙল্লিঙৈ মতমদগী মশাগী ওইবা স্ক্রিপ্ত কযা শান্নবা ঙম্নকপা অসিনি।

১/ খুইযোই তোম্পোকনা নিংথৌ ওইনা পানবদগী ড্রামা শান্নবা হৌবে।

২/ খাগেম্বনা পানবা মতমদসু যাম্না ফজনা ষ্টেজদা উৎপা হৌখ্রে।

৩/ চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা কলিকতাদা ড্রামাগীদমক মী থাবম্মী।

মতমদুদা লীলা যাওবম্না অহনশিংগী মমিং খব মখাদা পঞ্জবি-

| <u>নুপা আর্টিষ্টশিং</u> | <u>নুপী আর্টিষ্টশিং</u> |
| --- | --- |
| ১-পুখ্রম্বম ইন্দ্রদোমোন সিংহ | ১-থোকচোম নিঙোল বসুন্দ্রা দেবী |
| ২-অনৌবম নন্দবাপু সিংহ | ২-পুখম্বম নি অঙোম ও যাইমর্বি দেবী |

| নুপা আর্টিষ্টশিং | নুপী আর্টিষ্টশিং |
|---|---|
| ৩-আব.কে কুলচন্দ্র সিংহ | ৩-লাইমম নি গুরুময়ুম ও. গোমতি দেবী |
| ৪-লাইশ্রম গিবানি সিংহ | ৪-চুংখাম নিঙোল তবালৈমা |
| ৫-কোন্থৌজম ইবোতোম্বী সিংহ | ৫-থোকচোম নিঙোল গ্যানেশ্বোরী দেবী |
| ৬-আব কে থম্বৌসনা সিংহ | ৬-আব কে: নিঙোল অমুসনা দেবী |
| ৭-থোকচোম ইবোমচা সিংহ | ৭-লাইশ্রম নিঙোল কসতুরি দেবী |
| ৮-পুখ্রম্বম বাজবিহারি সিংহ | |
| ৯-লাইশ্রম থাম্বালঙৌ সিংহ | |
| ১০-বাসপতিময়ুম ব্রজমনি শর্ম্মা | |
| ১১-থোকচোম ইবোতোম্বী সিংহ | |
| ১২-ব্রাক্রম্বম ব্রজমোহোন সিংহ | |
| ১৩-খ্বাইবাকপম দেবেন্দ্রো সিংহ | |
| ১৪-খ্বাইবাকপম কোমলাকান্ত সিংহ | |
| ১৫-কোন্থৌজম বিবহবী সিংহ | |
| ১৬-খ্বাইবাকপম গৌবচান্দ সিংহ | |
| ১৭ লাইশ্রম তোমচা সিংহ | |
| ১৮-মোইবাংথেম বিবমঙ্গোল সিংহ | |
| ১৯-আ কে মাহল সিংহ | |

- অইবা

-----০০-----

# অইবগী ৱারোল

পোকওমদা মপোক্লি, মীওইবা মপোক অসি অতাংবনি। মীওইবা হায়বসিনা থৱায় পানবশিংগী মপোক্তদি খ্বাইদগী থোইববা মপোক্লি। মপুগী শিন্থা পুবদুনা তাইবংদা খোঙদাবকইবনি। খঙবা যাবা খঙউচো, হৈবা যাবা হৈকচো, থিবা যাবা থিকচো হায়না থৌদাবকপা মপুগী যাথং পুবদুনা পোক্লকপা মীওইবা মপোক্লি হায়বসি অহল-লমনগী মমল যাম্লবা বাহৈনি। মীওইবনা মালেমদা পোক্লগা মখল কয়াগী থবক পাঙথোক্লবি। কনা অমগী মপোক্লা ঈনাক খুনবা, কনা অমগী মপোক্লা লাইববা। অনি অসিনা লম্থী ওইদুনা তাইবং মীওইবনা অপেনবা থিনবি। মসি লাই হাকথক্তগী শাগোম্লনা লাক্লবনি হায়বসি লাইবিক কয়ানা মযেক শেংনা তাক্লি। মসিনা ঙসিগী মালেম তাইবংপানবা অসিদা চৎনদবা যাদবা চৎনবী অমা ওইদুনা চৎনদুনা অসুম্মক লৈবি। লৈশেম্বা, চহী ৭ খুন্তাকপা, বৃটিশনা পানবা, শান্তিদাসনা পুয়া কয়া মাঙহনখিবা। ৱাবী কয়া অসিনসু মযেক শেংনা তাক্লি। মখোয়না ঈপা-ঈপুশিংগী অশেংবা মবল-মথুম কয়াবু থুগাই-যৈথাইদুনা মাঙহনখ্রবনি। অসিগী মনুংদগী অবিবা পুয়া খবদং থিগৎচবগা পুয়াশিংদা থোকখিবা 'মাংলমচৎকী পুয়াগী ৱাবী' হায়বিবা লাইবিক অসি ইজবনি। লাইবিক অসি ইজবদা ঐঙোন্দা তেংবাংখিবা মীশকশিংদি খ্বাইবাকপম ধিবেন সিংহ, খ্বাইবাকপম সদাশিবা (পিপল) সিংহ, থোকচোম সুবচন্দ্র সিংহ অমদি বাংপু চীব লোয়ননা মাগী ইমুং মনুং হায়বিবা মীওইশিংগী মফমদা হন্দক মপোক্কী শিংবা ঙম্লবোইদবা লমন তোনশিঞ্জবে। অইবা ঐনা পাঙজদবদগী থিজিন, হুমজিনবা ৱাংহৌবদগী লাইবিক অসিদা অশোয়-অঙাম যাওবম্নসু যাই। অদুগুম্বা অশোয়-অঙামশিং অদু কনাগুম্বা পুকচেল চাউবা অখঙ-অহৈশিংনা তাকপিবক্লবদি পাঙজদ্রবা অইবা ঐবু নুংশিবীদুনা তাকপিরকপনি হায়না হবাউ হবাউ লৌশিঞ্জগনি। অমসুং মথংগী খুৎনমদা শেমদোক শেমজিন তৌজনবগী খুদোংচাবা অমা পীবীবনি হায়না লৌজগনি।

- অইবা

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

সাহিত্যগী পান্দমদি অচুম্বা ৱাখল, ফজবা ৱাখল অমসুং অফবা ৱাখল হাযবিবা তাংলব গুণ অসিবু কলমগা মকুপ ওইমিন্নবগা থম্মোযগী মপাউ কয় ৱাখলগী ঈচেল কযা মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা যৌহন্নবা হোৎনদুনা ইবমদমগী সাহিত্যবু অতৈ লমগী চাউখৎলবা সাহিত্যগী থাক যৌবা ঙম্মবা লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লিবা অইবা, অইবীশিং অদুবু অশেংবা সাহিত্য প্রেমি কৌই।

শ্রী লাইশ্রম বামজী সিংহসু পান্দম অসি যৌনবা হোৎনবি। মহাক্না কলমগা মকুপ ওইমিন্নবগা থম্মোযগী মপাউ কযা ৱাখলগী ঈচেল কযা মীপুম খুদিংমক্কা মফমদা যৌহন্নবা হোৎনবি। অইবা বামজীগী 'মাংলমচৎকী পুযাগী ৱাবী' লাইবিক অমা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চনা ফোঙনবা খুৎশিনবীবকপবু তবাম্না ওকচবি।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ অসি খ্রী কুম ১৯৯৪ গী ফেব্রুৱারী ১৩ দা লিংখৎখিবা সংস্থান অমনি। ঙসিদি চহী কুন মপুং ফাবে। চহী কুন অসিগী মনুংদা ব্রাঞ্চ অসিগী বেন্নর মখাদা উপন্যাস, ৱাবী মচা, শৈরেং অমসুং ৱারেং কযা তোঙান-তোঙানবা মফম কযাদা ফোঙদুনা লাকপনা ঙসিফাওবদা হন্দক্কী ওজা বামজীগী পুযাগী লাইবিক 'মাংলমচৎকী পুযাগী ৱাবী' অসি থাবগা ৪০ শুজবে।

মহাক্কী লাইবিক অসি হৌবদগী লোইবফাওবা পাজবে। যাম্না নুংঙাই, পাবদা লেপ্লিংদবা ফাওই। লমদম অসিগী লৈসেমঙৈগী ৱাবী কযা মবীক চুম্না ইদুনা অমুক নৌহৌননা মী খুদিংমকপু মীকপ থোকহল্লগনি। লাইবিক অসি মপুং ওইবা ৱাবী ১০ যাওবি। ঐনা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইজবিবা অমনা ৱাবী হৌদ্রিঙৈদা ৱাহৌদোক ওইনা যাওবিবা 'ভারত অমসুং নিংথৌখোংদা ঠিযেটবগী ঈহৌ' অসিনি। মসিনা তাকপদি অইবা অসি তশেংনা মবৈপাকপু অমদি মরমদম নিংথৌখোংবু কলা

সংস্কৃতিবু যোকখৎপা পান্বা সাহিত্যবু নুংশিজবা মীশক অমনি হাযবদা হাযমনবা থোক্লোয ।

শ্রী বামজী সবকাবগী কর্মচাবী অমনি । মহাক মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ অসিগী অচংবা মেম্বব অমসু ওইদুনা সাহিত্যবু অতৈ লমগী চাউখৎলবা সাহিত্যগী থাক য়ৌনবা হোৎনবিবা অইবা অমনি । মহাক নহা ওইবিবৈঙদগী হৌনা লিলা-ড্রামা কযাদা পুক্রিং লুপচবকপা মীশক অমনি ।

খৃ. কুম ২০১১ দা মশামক্লা ইবা 'খুমন সলাই' কৌবা লৈসেমবৈঙগী পুযাগী লাইবিক অমসু ফোঙদুনা মীযামদা খুদোল তমখ্রে ।

ঙসি শ্রী বামজীনা খুদোল তম্বীবকপা 'মাংলমচৎকী পুয়াগী ব্রাবী' লাইবিক অসি ব্রাঞ্চ অসিগী বেন্নব মখাদা ফোঙজদুনা মীযামগী খুৎতা শিন্নজবি । মতুংদসু অইবনা খুদোল তম্বীবক্লিবা লাইবিক অসিদগী হেন্না ফবা, কান্নবা কযা সাহিত্যগী পুক্কৈদা থমজিনবা ঙম্বা ওইবসনু হাযনা ঈশ্ববদগী মঙ্গল আশির্বাদ নিজবী ।

*পমাবম তোমচা সিংহ*
*জেনবেল সেক্রেটবী*
*মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ,*
*বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুব, মণিপুব ।*

# ৱাহৈ খরদং

শ্রী লাইশ্রম বামজী সিংহনা ইবা লাইবিক 'মাংলমচৎকী পুয়াগী ৱাবী' কৌবা ৱাবী অমসুং ৱাবেং চবুল অমনা শাবা লাইবিক অসি প্রেসতা ছাপা তৌদ্রিঙৈদা পাজবে । তশেংনমক অইবা অসি অৱাংবা থাক্কী মহৈ মশিংগী ডিগ্রীমক পাযদ্রগসু কলচবেল এসোসিএসন নিংথৌখোংগী সেক্রেটরী অমসুং অতৈ-অতৈ থৌপুবা অমা ওইনা ঐহাক্কা মতম শাংনা লোয়নজবকপদা মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা মগুন অমনা মমাংঙৈগী হৌখ্রবা, হৌবক্লিবা মীবোলশিংনা খংলবোইদবা, কাওখ্রগদবা কয়া পুথোক্কুনা নৈনবা অমসুং রেকোর্ড ওইনা থম্লম্বা পাম্বা অইবা অমনি, মদুগী খুদোলসি ঙসি অইবনা খুদোল তম্লিবা 'মাংলমচৎকী পুয়াগী ৱাবী' । অইবনা ঐখোযনা মমিংদি অসুম তাবা মদুগী হৌবকফম অমসুং ৱাবী কযাদি খংদ্রবা, খংবা ঙম্লবোইদবা মফম কযাগী ওইবা ৱাবী অমসুং হৌবকফম কবম্লা মমিং থোনখিবা কযা পুথোক্কুনা মীযামদা চাওববা খুদোল অমা লাইবিক ওইনা তম্বীবে । অইবনা যাম্লা থৱায হকচাং যাওনা হোংনজদুনা মীযামদা খুদোল তম্বীবিবা লাইবিক 'মাংলমচৎকী পুযাগী ৱাবী' অসিনা ঙসিগী মণিপুব সমাজ, বিসার্ছ তৌবিবশিংদা খজিক্কং ওইববসু কান্নবা পীবা ঙম্বা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা কান্নগদবা লাইবিক কযা মীযামদা পুথোক্লক্কনি হাযবগী চাউববা আশা অমা অইবদা থমজবি ।

তাং ২৯-৪-২০১৪

*( খোকোচোম মধুমনি সিংহ )*

** এডভোকেট,*

** সেক্রেটরী, দি কলচবেল এসোসিএসন নিংথৌখোং*

** মেম্বব, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ,*

*বিষ্ণুপুব, মণিপুব ।*

# য়াওফম তাকপা


| | হিরম | লমাই |
|---|---|---|
| ০১- | লুখ্রাবী যুম্ফম | ০১ - ০৮ |
| ০২- | চহী তবেৎ খুন্তাকপা | ০৯ - ১৩ |
| ০৩- | ক্লাক্লে অমদি উবোকসেক | ১৪ - ২০ |
| ০৪- | পাখংবগী শাইওন পাউবীলাইগী ব্রাবি | ২১ - ৩৪ |
| ০৫- | থাঙ্গা কাবাং চীং | ৩৫ - ৩৭ |
| ০৬- | শেংলবা একাদশীগী হৌবকফম | ৩৮ - ৪১ |
| ০৭- | হোলী 'যাওশংগী কুম্মৈ' | ৪২ - ৫৬ |
| ০৮- | ঙাবীয়ান চীংজেং/ ঙাপ্রুম চীংজেং থোনবা চীং-তম খুন্দাবা | ৫৭ - ৭৯ |
| ০৯- | খম্বগী পাবি-পুবি | ৮০ - ৮৭ |
| ১০- | নিংথৌখোং থোনখিবা | ৮৮ - ৯১ |

# লুখ্রাবী য়ুম্ফম

নিংথৌখোং হাযবিবা খুন অসিগী নোংচুপ পাংনা কি মি ১৫ মুক চৎলগা লৈমতাক মনাক্তা লৈবা লম অমগী ৱাবীনি লুখ্রাবী য়ুম্ফম। মতম অদুদা মোইবাংদা পানবা নিংথৌগী মমিং ইৱাং পুবিক্লাই স্নাহোংবা (খৃ: ১৩৯১-১৪৬৪) চহী ৬১৪ গী মতমগী ৱাবীনি। খুন অদুগী মমিং মেন্দে কৌবশ্মী। খুন অদুদা লৈবিবা মীশিংবু মবোই হাওযাম কৌই। খুন অদুদা অহানবা পানবা নিংথৌ অদুগী মমিং শোবাবা কৌই। মচানুপা পোক্তে, মচানুপীগী মমিংনা থংমাইলৈমা, খোইদোম কৌই। থংমাইলৈমা খোইদোম নোংদ্রেন পাখংবনা লৌবগা মচা নিপা অমা থমলমই। মহাক্কী মপাবিগী কোলোযবু শাবাবা কৌই। মপুগী মহুৎ শিন্দুনা মেন্দে খুনগী নিংথৌ ওইখি। মমা অসিবুনি লুখ্রাবী হাযবিবা অসিগী ৱাবি।

অদুঙৈ কুমজা অমদা মেন্দো নিংথৌ শোবাবগী মচা নুপী মশক মতৌ চংখোনবী থংমাইলৈমনা তবা চযোম পুবগা নুমিৎ খুদিংগী মতোমদা মপাগী পাম্লৌদা পাম যানবা চৎলি। নোংমদি মানা পাম যাল্লিঙৈদা লাইনিংথৌ নোংদ্রেন পাখংবনা নমু তাইবং মীগী মশক লৌবগা লোইবী হাও পাখং শাদুনা চবৈ ঙবোং খাওন্নদুনা মখুত্তা যোংলেন অমা পাইবগা নুবাগী মাঙদা লেপলবে। পাখংবনা ওল্লিবা লোইবী হাও পাখংগী মশক উবদা নুবা থম্বাল মানবী থংমাইলৈম ইবেম্মদো থবক শুবদা খোযজংদ্রে পাখং মাবু লেপ্পা যেংলম্বদগী পেন্দদুনা পাম যানবা লেপলগা নুবা পাখং অনিদো মমিৎ কুপনদবমখৈ যেংনদুনা লৈনবে, ৱাদি হৌদোক্লবা ঙম্লদে।

ঙাহাক যেংনবগা পাখংবনা, ইবেম্মা নহাকপু চনু নিঙোল্লা, মৌগী শিংদা চল্লব্রা পলেম পাম্থৌ কনাগী মমোমনো, কোলোয মিংলেন্না কবি কৌবগে, লমদম কৈদা লৈবনো হংলকলে । পাখংবগী ব্রাদু তাবদা থংমাইলৈমনা ইকায ইকি তুংওইনদুনা অপনবা লৈতনা পালেম পম্থৌগী কোলোয তাকলে মশাগী মমিংসু হাযবে। থংমাইলৈমনসু পাখংগী কোলোয মমিং হংলকই । ইবেম্মা ঙসিদি ঐদি কোলোয মিংলেন তাকখিবোই, নহাক্লা ঐবু থাঙ্গৈশেংনা নুংশিবীবে খংবা নুমিৎ অদুদা ঐগী অশেংবা ইমিং লৈফম তাক্কে হাযবক্লে । পাখংবগী ব্রাদু তাবদা থংমাইলৈমনা, ইবুংনা ঐবু নুংশিবি নুংশিবিদে খঙননবা ঐনা নুমিৎ খুদিংগী পুবক্লিবা তবা চাযোম অসি চামিন্নববদি ইবুংবু ঐনা নুংশিজবা ঙমগনি পুক্লিংগী অশেংবা পাউখুম পীজগনি খুম্লকলে । ঐদি নহাক্লা পুবকপা তবা চযোম অদু চাবা যাদে । ঐবু চাউ হাযববদি তবা চযোম যোম্বা মতমদা তিলহৌ চনম যাওহনগনু । চেংহী শম্বাল লাং উতি শমখোং তেংদুনা শেংনা ঈকজবগা ফিশেং শেৎতুনা চংবী লাতোন্দা তবা চযোম যোম্লকউ চাগে হাযবম্লগা পাখংবদি খংহৌদনা মাঙথোকখ্রে । লোইবী হাও পাখঙ শাদুনা লাক্লিবা পাখংববু উকবদা থংমাইলৈমা ইবেম্মা নুবা পুক্লিং হুখ্রবোই মযুমদা হনগনি কাউখ্রে । পাম যানগেসু নীংখিদ্রে । পাখং মাগী ব্রাখল ঈবেন্দা তাউদুনা লৈখ্রে । কোবৌনা নবেল ব্রাযশিল্লক্লবা মালেম্না মমশিল্লক্লবদা থাংমাইলৈমা ইবেম্মা মোংবা মশাইকোন পাংলকলে ।

অহীং চুপ্পা নুবা ওইবী মহাক্তি খোমলেন শাংনা যাতাবা যাদ্রে, পাখংগী ব্রাঙাং অদুদা তাদুনা লৈবে, নুংশি শত্তম অদুদা উদুনা লৈবে, অঙাওবী মীগী মতৌগুমলে মচিন্দা মুকম-মুকম শোল্লকলে । নুমিৎ অদুদগী থাংমাইলৈমদি তিলহৌ চনম চাদ্রে, পলেম মমাদা মাগী যোম্বা তবা চযোমদা তিলহৌ চনম হপ্পিগনু, চংবী লাতোন্দা যোম্বীযু হাযবকলে । মমোমগী পুকচেল ওনবা মওং মতৌ অদু উবদা মানা ঙাংথোবকপা ব্রাঙাং তাবদা পলেম মমা ওইবীদো মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লে, খোমুম ফত্তবা কনাগুম্বনা

মমোমগী পাযমা পুক্লিং ওলহনবনো খল্লক্লে । নোংঙাল্লগা মমানা চনম মনাও পিশক অমা কুপনা মেৎখাযদুনা চাক মবক্তা হাপচিল্লগা চংবি লাতোন্না তবা চযোম যোম্লগা মমোমদা শিন্নবে। থংমাইলৈমদি খঙদবনিনা মমানা যোমলিবা তবা চযোম অদু পুবগা মপাগী পামলৌ তান্না লাক্কুনা পাম যানবা হৌবক্লে । নুবানা পাম যাল্লিঙৈদা পাখংবনা ওনবা লোইবী হাও পাখং অদু থুংলবে । ইবেম্মা থংমাইলৈমা পাম যানবদা ৱাববিগনি ঙাহাক্তং পোথাখিসি লাউ হাযবকপা পাখংবগী ৱাদু তাবদা থংমাইলৈমা পাম যানবা তোক্কুনা পাখংবগী মনাক তান্না লাক্লগা মখোয অনি পামেল উজাউ অমগী মখোংদা ফম্মিন্নবে । থংমাইলৈমনা ছমদা হাপ্তুনা পুবক্লিবা তবা চযোম অদু পুথোক্লগা চামিন্নসি হাযবক্লবদা পাখংবনা নহাক্কী চযোম অসিদি চনম যাওই ঐ চাবা যাদে নহাক্লা লোক্তগী শোক্লকপা লাইজ ঈশিং অদুদি থক্কে হাযবক্লে । পাখংবগী ৱাদু তাবদা থংমাইলৈমা ইবেম্মা ইকাযবনা তবা চযোম হাংদোক্কুনা কদাযদা চনম যাওবগে হংজবক্লে । পাখংবনা ওল্লিবা লোইবী হাও পাখং অদুনা তবা চযোম মনুংদা যাওবিবা মচেৎশিং অদু চৈনা খোৎতুনা লৌথোকলে । মহাক মশানা শোকচবা উতোংগী ঈশিং অদু লান্নদুনা থকমিন্নবক্লে । পাখংবগী মওং মতৌ উবদা নুবাগী মপুক্লিংদা চিংনদুনা ইবুং ঙসিদি নচলদা অশেঙবা তাকপিযু ঐবু পোকপা মেন্দে নিংথৌ শোবাবদু যাম্লা শাউগল্লি । ইবুংগা ঐগা পামলৌদা নুমিৎ খুদিংগী উনবা পাউসি তাববদি শোযদনা ইপানা ইবুঙোবু হাৎলবগনি হাযবক্লে । থংমাইলৈমগী ৱাদু তাবদা পাখংবনা ইবেম্মা অদুগীদমক্তা নুবাগী পুক্লিংদা চিংনববদি হৌজিকমক চৎতুনা নপা ইবুঙো মেন্দে নিংথৌ শোবাবগা উন্নকসি হাযদুনা থংমাইলৈমবু মাঙ থাদুনা পুবক্লে ।

মেন্দে নিংথৌগী পম্মোং যৌবদা পাখংবদি পম্মোংদা লেপতুনা লৈহৌবে । থংমাইলৈমনা যুমদা চংখ্রগা মপা শোবাবদা তাকলুবে । পাউদু তাবদা শোবাবা যাম্লা শাউবে । হাওবুং যৈদুনা মবোই হাওযাম খোম্লগা মখুত্ত থাং-তা, খুসু-খুৎলায পাযদুনা মেন্দেগী পম্মোংদা ফমদুনা লৈবিবা পাখংববু

ফাগদবগী হাওযাম্না লাউ-খোংদুনা চেল্পোবক্লে। খন্বী মৈবুলগী মতৌগুম্না লংবা লোইবী চীংজাউগুম নিল্লিবা পাখংবগী মশক যেংবদা নুংশিবা অমদি অকিবা পোকপা মওং মতৌদু উবদা লোইবী হাওযাম পুম্নমক কীদুনা চঙশিনবা ঙমদনা লেপ্পুনা লৈনবে। মখুত্তা পাযবিবা খুৎসু খুলায পুম্নমক থাঙ্গৎপা ঙমদনা মতোমদা মালেমথক্তা তাজবে। অঙকপা মতৌদু উবদা হাওযাম পুম্নমক কিদুনা ফমথবে মেন্দে নিংথৌ শোবাবসু মঙক্তা চাবৈ ফি যেত্তুনা চঙশিল্লগা খুকমলে। হে শকখঙদবা চিংঙু খোযুম লাইও। নহাক্কী নশক নমিং খঙদবনা মেন্দে ঐখোযনা খুৎলায পাযবগা লাম্থেংনগে খল্লুবনি, ঐখোযগী ইবান ঙাকপিযু হাযবকপদা মেন্দে নিংথৌগী ব্রাদু তাবদা পাখংবনা মোমোন নোক্লগা মেন্দে নিংথৌ শোবাবা। হযেং ইনুং ঙানবদা নঙগী ইংখোল চাইগোইনুংদা ঐ ফাওবক্কে। ঐগী চানবা তাউজিং হৈবাং লাংলম্মু হায়বম্লগা পাখংবদি মফম ইখং খঙহৌদনা মাঙথোকখ্রে।

থংমাইলৈমা ইবেম্মা মবুংঙোগী ব্রাখলদা অঙাউবীগী পাংখক ওইবে। চাগনি, থক্কনি কাউখ্রে, অহিং তুম্বা যাদবে। মবুংঙোগী মশক অমুক হন্না উদিবমখৈ কবিমত্তা চাববোই থক্লবোই ব্রাশকলে। নুবা পুক্রিং লেপচবে মবুংঙো লাকপা ঙাইদুনা লৈবে। অহীং অদু লেল্লগা নোংঙানবদা মেন্দে নিংথৌনা উহৈ ব্রাহৈ হৈবাং-লৈবাং কযা হেক্তুনা 'থেনপোৎ শেমদুনা থম্লে। থংমাইলৈমনা ঈশিংখোংদা কুমদুনা মকোক মক তুমথোক্তুনা ফিশেং শেৎতুনা মবুংঙো উনগদবগী ঙাইদুনা লৈবে। খঙহৌদনা মেন্দে নিংথৌগী শুমাং মতোন্দা শুকং ফাওবক্তুনা নমু তাইবং মীগী মশক লৌবগা পাখংবা থোবক্লে। পাখংবা উবদা মেন্দে নিংথৌ খুকমলে। হৈবাং-লৈবাং, অথেনপোৎ পুথোক্তুনা কৎলে। থংমাইলৈমনা মকোক খুমদুনা মাঙ্গোনগী উখোকতেন্দা ঙাদুনা মক লুক্তুনা মমিত্ত্র তবংগী লাইজ শিন্থদুনা লৈবিবদু উবদা পাখংবনা মোমোন নোক্তুনা ইবেম্মা থংমাইলৈমা নয়ুমদা লাক্লগা ঐবুদি কৌদনা কবিগী লেপ্পুনা লৈবিবগে? লাউ ঐগী হৈবাং চমিন্নসি লৈবাং মযাম অসি চিনমিন্নসি হাযবক্লে।

মবুংঙোগী য়াথং ফংলবদা থংমাইলৈমা ইবেম্মা মবুংঙোগী মখোঙ কোন্দুনা ঙাকপিয়ু অপংবী নুজানি হায়জবক্নে।

নুমিৎ অদুদা মবোই হাওযাইমগী মমাঙদা মেন্দে নিংথৌ শোবাবনা মমোম লাংলেন থংমাইলৈমবু খবাই থক্তা লৈহাপ্পা লৈবোং লাইদা কৎপগুম পাখংবদা কৎলে। মাগী ইংখোলদা শঙ অহনবা অমা শাবগা অদুদা মমোমগা পাখংবগা থমলে। লোইদাম থাবুম অমা চুপনা মেন্দে নিংথৌগী মবানয়াইদা লৈবমলগা পাখংবা হনখি। মবুংঙোগী থৌজানদগী থংমাইলৈমা ইবেম্মা তাউজিং মক পান্দুনা হৈবাং মমি তম্লক্লে। লোইদাং থাবুম তবা মপুং ফাবকপদা নুংশিববা মপাবি অমা ফংজবে। মপাবিগী কোলোযবু শাবাবা মিংথোল্লে। মপাবি শাবাবনা পাখং শবেপ ফাবকপদা মপু নিংথৌ শোবাবা নোংঙ্গাখিবদগী মপুগী মহুৎ মবেং শিন্দুনা মেন্দেগী নিংথৌ ওইবে। মানা নিংথৌ হেক ওইবগা পলেম মমা থংমাইলৈমদা মাবু পোকপা পম্বৌগী চেংলৌ মশক খঙগে লৈফম তাকপিযু তক্লবক্লে। মচাগী ব্রাদু তাবদা পলেম মমা থংমাইলৈমদি অব্রাবগী ইপাক্তা তাবে। কবম তৌবগা মপা-মচা মশক খঙনহনশিগে খল্লুবদা নুজা ব্রাখল থোক্তুনা ব্রাবিবদু মবুংঙো পাখংবনা উবদুনা নুজাগী খোম্লেন মঙলানচান্দা লাক্তুনা হয়েং ইনুং ঙানবগা কাইবৈ য়েনখোং তমদ্রিবা মবোল শেংদ্রিবা যেন্নাউ অঙৌবা অমা যেনবোন্দা হাপ্লগা হাওবৈ মকা পাংনা নমা-নচা লাকউ। মংদা তক্লম্বদুগী মতুং ইন্না লাকপদা খব চৎলগা যেনবোন মনুংদা যাওবিবা যেন্নাও অদু চোংথোবক্তুনা মালেম থক্তা তোংলগা ক্রেক্রেকে খোংলকপদা মপা পাখংবা খংহৌদনা চোংথোবক্লে। মপা-মচা উনবে চেংলৌ শকখঙ মাযখঙনবে। পাখংবনা মপাবি শাবাবদা নুংশিনা নানবিবে, পুকমেন পাওমেন্নবিবে। পাবি ইবুঙো নহাক্না নপুগী মহুৎ মবেং শিন্দুনা মেন্দেগী নিংথৌ ওইববনিনা নপুনা লৈবম্মা যুম অমনবা অদু শিদোক্লগা অনৌবা য়ুম অমা শাবগা লৈয়ু। নহাক্না শাগদৌবিবা যুমজাউ অদুগী খাওঙবু লোয অহুম অদু ইপানা পীগনি। নহাক্না ঙসিদগী কোবৌ নুমিৎ মঙানি

শুবদা নপু মেন্দে নিংথৌগী পামদা লাকউ হায়বমুগা পাখংবা মাঙখ্রে। থংমাইলেমনা মপাবি পুদুনা যুমদা হল্লক্লে।

কোবৌ নুমিৎ মঙানি শুবগী অযুক্তা শাবাবনা মবোই মেন্দে হাও পাখঙ তবামঙা পুবগা মপুগী পামদা লেকলে। ইনুং চবুক লোল্লকপদা পাখংবনা লাক্লগা মচা নুপাগী মমাঙদা খাঙঙবু লোয় হৌবিবা উফম অদু তাকপিববে। নোংঙাল্লগা শাবাবনা মবোই হাও পাখংগা লোযননা মমঙদা মপানা তাক্লম্বা উকোন তান্না ল্যাকপদা পাখংবনা শাইওনবা পামেল উজাউ ন্যাচুম্না মখোঙ মতোল চপ মানবা খমথ্রাংননা হৌবিবা উজাউ অহুম অদু উবে। শাবাবনা মযাই থংবা উজাউ অদুদা শিংজংনা থাদুনা থাঙফম হকপদা শিংজংদা ঈখেং পকলে থাঙফমদা ঈ শিন্থবক্লে। মদু উবদা শাবাবা শিংজং থাবা ঙমদদুনা উজাউদা খুকমলে। মতুংদা শিংজংনা অমুক হন্না থাবদা ঈ থোক্লে। অদুদগীদি মবোই হাও পাখংশিংগা লোযননা খাঙঙবু লোয অহুম অদু যাল্লগা চিংদুনা মযুম তান্না পুবকপদা নুমিৎ তাথোকখিদুনা কেগে মোইবাং লৈবাক্কা মেন্দে খুলগা তাইনবা লম্লেন উবাংফাইদা উ অদু ফাইদুনা অহিং লেক্লে।

নোংঙাল্লগা উজাউ অহুম অদু চিংদুনা লাকপনা মেন্দে মশাইকোন যৌবে। লোইবী হাও খুংহৈবা কৌখংলগা ফজববা যুমজাও কা মাপল শাবে। পাখংবনা শাইওনবা খাঙঙবু লোপ হাপ্পা যুমজাউ অদুদা লৈবা হৌবা নুমিত্তী মেন্দে নিংথৌ শাবাবদি অরাং-অপা লৈতনা পাল্লে। মহাক মশা মতোমদা নুংঙাইবা নন্তা মেন্দে খুল অপুম্বসু নুংঙাই যাইবী মবাং কাযনা পাল্লে, অবাং-অপা লৈত্রে। অসুম্না পাল্লকপনা চহী ওল্লকপদা পলেম মমা থংমাইলেমদি নোংঙাখে। মমা থংমাইলেমনা লৈখিদবা চহী অদুদা মশক মতৌ ফজববী মমোম অমা ফংজবে। কোলোয মমিংনা হাইনু চানবী থোক্লে। মশক মতৌ ফজববী মমোম লাংলেন্দো নোংমা-নোংমগী চাওশিল্লভুনা লৈশাবী কাংদোং ফাবক্লে। মতম অদুদা মশক ফজবদা মমিং চংলবী হাইনু চানবী নুজাগী পাউ অসি কেগে মোইবাং নিংথৌ পুবিংলাই লাইফাচেং অতেংবগী সনা কোনুং যৌবে।

নিংথৌনা মোইবাং লৈবাক্কী অঙম অথৌ থাদুনা মেন্দে নিংথৌ শাবাবদা মমোম লাংলেন হাইনু চানবী থাজবো হাযকবে। মেন্দে নিংথৌনা অমত্তা পোকপী মমোমবু খবাই থক্তা লৈহাপ্পা লৈবোং লাইদা কৎপগুম মোইবাং নিংথৌদা কাওবেল ষনগোন থন্না তবেৎ ফৌগৈ চোন্না অওং-অউন তমদুনা থাজবে। চহী কুমজা ওল্লকপদা মোইবাং নিংথৌনা মশানৌ হাইনু চানবীদা মকু মেন্দে নিংথৌ শাবাবনা অব্রাৎ অপা লৈতনা নুংঙাইনা পাল্লিবা অসি কবিদগীনো হংলক্লবদা মপাগী কা মপাল শাংবা যুমগী যাঙদা হাপলিবা খঙঙবু লোয অহুম অদু অচম্বা উ নত্তে মদুগী মপান্না ইপা নিংথৌনা অব্রাৎ-অপা লৈতনা পানবনি, খুঞ্জা নুঙাইবনি হাযবক্লে। মশানৌগী ব্রাদু তাবদা নিংথৌগী পাযমা নুংদা লাংতক্লবে। নোংঙানবগা মোইবাং নিংথৌনা মশানৌ হাইনু চানবীদা মপাম মেন্দে চীংদা চত্তুনা নপা নিংথৌগী যুমজাউদা হাপ্লিবা খাঙঙবু লোয অহুম অদুগী মনুংদগী লোইবুবেল অদু লৌকচো। কেগে ঐখোযগী কুচু থৌদাফম কংলা ব্রাযেলশঙদা হাপ্পুনা নৌনা কংলা শঙলেন শাবগা শঙ্গাগে হাযবক্লবদা মনাই তম্বা নুপা অহুমগা লোযননা হাইনু চানবীনা মবুংঙোগী যাথং পুবগা মপাম মেন্দে চীংদা লাক্লে। মপানা লৈবিবা কা মাপল শাংবা যুমজাউগী যাংদা হাপ্লিবা খাঙঙবু লোয অহুম অদুগী মনুংদগী লোইবুবেল অদু পীযু হাযনা মমোমনা তক্লবক্লবদা মেন্দে নিংথৌ শাবাবা যাদবা ঙমদ্রে। কা মাপল শাবা চাউববা যুমজাউগী যাঙ শিন্দোক্তুনা খাঙঙবু লোয অহুমগী মবক্তগী লোইবুবেল অহুম অদু শৎলগা মমোমদা শিন্নবে। মমোম হাইনু চানবীনা মপানা পীবা খাঙঙবু লোয অদু মেন্দে হাও পাখঙ মঙানা চিংদুনা মোইবাং তান্না পুবকপদা লম্মখাংদা নুমিৎ তাথোকখিদুনা খাঙঙবু লোয অদু লমলেন উবাংফাইদা থনম্লগা মোইবাংদা হল্লক্লে। মেন্দে হাইনু চানবীনা মশাবি মোইবাং নিংথৌদা খাঙঙবু লোয অদু চিংবা ঙমদদুনা লমখাঙদা লৈহৌবে, হয়েং ইনুং ঙাল্লগা কেগে মোইবাং লৈবাক্কী অকন-অথৌ মযাম পুদুনা মপানা পীবকপা খাঙঙবু লোয অদু লৌকগে হঙ্গৎলক্লে। মশানৌগী যাব্রা মতুং ইন্না নোংঙাল্লগা

কেগেগী অকন-অথৌ মযাম থাদুনা খাঙঙবু লোয লৌবা চৎলুবদা লৈবমদ্রে। ঙবাং অহিংদা লাই ওইববা খাঙঙবু লোয অদুদি মতোমদা লমলেন লোক্তাক্তা লাক্লগা ইযাইদা লুপখ্রে। পাউ অসি তাবদা মোইবাং নিংথৌ নিংঙমদ্রে। মশানৌ মনেমচাব্র অমুক হন্না মকু নিংথৌগী মনাক্তা থাদুনা কবম্বা লোইবী চীংগী চীংমাযদা হৌবা উনো, পামেল উশক খঙলকউ উগী মমিং হংলকউ, কবিগুম্বা উ অদুনা ইকু নিংথৌগী পামদা হৌবা উজাউ ওইবম্লবদি উ অদুগী উচুং হৌফম তান্না চৎলগা উচুং অদু উনৌ চোংববা যেংলকউ। উনৌ চোংলম্লবদি উকক অমা কক্লগা পুবকউ হাযনা মশানৌগী মফমদা চেৎনা শিন্নবে।

মশাবী নিংথৌগী ব্রাদু তাবদা হাইনু চানবী ইবেম্মা মথব্রাই নুংঙাইতনা মোইবাংগী অকনবা তমবা নুপা অহুম পুবগা মপাম মেন্দে চীং তান্না অমুক লাক্লে। মমোম্না তন্না হল্লকপা উবদা মেন্দে নিংথৌ নুংশা থীদুনা কবি তৌববগে হংলক্লে। খাঙঙবু লোয অদু লোক্তাক্তা মতোমদা কুমখিদুনা লুপখ্রে হাযবা মমোমগী ব্রাদু তাবদা মেন্দে নিংথৌসু ঙক্লে। মমোমবু মাগী পাম তান্না পুবগা খাঙঙবু লোয যানখিবা উচুং অদু যেংহল্লে। চাউববা উচুং অদুদা নৌনা উনৌ অমা চোংলম্লে। উ অসি মমিং কবি কৌবগে হংবদা মপানা উ অসিদি অচম্বা উ নত্তে চীংযেনশিন্নি খুমলকই। উচুংদা চোংলিবা মবেপ ফাদ্রিবা উপাম্বী মচা অসি মকক অমা পীযু হাযবক্লবদা মেন্দে নিংথৌ মখুৎমক্লা যাল্লগা পীবা উকক অদু পুবগা মযুম মোইবাং পাংলক্লে। মোইবাং নিংথৌদা উকক অদু কৎলবদা নিংথৌসু হবাওবে।

অসুম্না মোইবাং লৈবাক্তি অব্রাৎ-অপা লৈত্রে অশি-অনা নংদ্রে, লৈত-লাযব কোক্লে। মেন্দে খুনদি অব্রা-অনা নংবা লৈত লাযব ওইবা ফিবমদা লৈখ্রে, মদু উবদা পাখংবনা শাওবদুনা অহিং অথেঙবদা মফম অদুদা লাক্লগা খুন অদু তুম্না লৈমতাক্তা নমশিন্দুনা হাৎখি। থংমাইলৈমা ইবেম্মনা লৈবা যুম অদুদি লৈহৌই অসিবুনি হৌজিক মীযাম্না লুখ্রাবী যুম্ফ হাযবিবসি।

# চহী তরেৎ খুন্তাকপা

লৈবাক অমগী ইতিহাসতা অকা-অকুম লৈবা হাযবসিদি মহৌশানি। মণিপুবগীসু পীক্লবসু পিক্লা লমদমসিদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মবক্তা মৈদিংঙু কিযাম্বনা 'কমপাৎ' জয় তৌদুনা কবো তমপাক লৌশিল্লম্বা অমদি মৈদিংঙু পামহৈবা গবিবনিৱাজনা মণিপুবগী কনবা থৌবা থৌনা লিংজেল অদু যুমথংনবা লৈবাকশিংদা উৎলম্বগী তাংকক্শিংদু মণিপুবনা মপাল ফবা মতমনি। অদুগা মণিপুবগী ইতিহাসকী খ্বাযদগী লাইবক খিবা তাকক্তি বর্মিজশিংনা খৃ: ১৮১৯ দা লান্দাবক্লগা মৈতৈ লানমীশিংবু মাযথিবা পীবগা লৈবাকসি কাংখোং চাইহন্দুনা খ,. ১৮২৬ কী অঙনবা মতম ফাওবা চলাইদুনা লমদমসিগী প্রজাশিংবু অৱা-অনা নংহনখিবা হাৎপা-তুপ্পা তৌখিবা অদুনি। মদুবুনি ঐখোযনা মণিপুবগী ইতিহাসতা চহী তবেৎ খুন্তাকপা লমদমসিগী মহৌশাগী পুন্সিদা অওনবা কযা পীখি। মসিনা লমদমসিগী লন-থুম পুন্সি কযা মাঙহন্দুনা মপাঙ্গল মবাই চাইথহনবতা নত্তনা নিংখা তম্না পাঞ্জবকপগী শেংলবা, লংলবা মচুদু নাখৈ শেংদবা মচু অমনা শংজিনখি অমদি লোযলম শাসন লিংনবগী যুম্ফমসু থোনখি। মহাবাজ ভগ্যচন্দ্রনা খৃ: ১৭৯৮ দা লৈখিদ্রবা মতুংদা মজাইবুংঙো অহল লাবন্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইখি। অদুবু মতমদুগী নিংথৌ খুভমতবু কল্লক্রবা নিংথৌমচাশিংনা অমনা অমবু নমথবগা নিংথৌ ওইহৌবগা লোয়বে হাযদুনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা লালোং শিন্দুনতা লৈনখি।

মতৌ অসুম্না লাবন্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবকপগী চহী অহুম শুবকপদা মনাও ইবুংঙো মোধুচন্দ্রনা ফাওবা খুজিল থৌবাং তৌদুনা লাবন্যচন্দ্রবু হাংখি। মথংদা মনাও ইবুংঙো চৌবজিংনা মচিন মনাও অতৈগা লৌতুনবগা লাল হৌবকখি অমদি সিংহাসন মুনখি । মহাবাজ মোধুচন্দ্র অঙাং ওনখি । চৌবজিংনা নিংথৌ, মাবজিংনা যুববাজ ওইখি । মাবজীংনা অমুক নিংথৌ ওইনিংলভুনা চৌবজিংকী মথন্ডা লাল হৌখি । অদুবু মাযথিদুনা অব্রা লৈবাক্তা চেনখি । অব্রাগী নিংথৌ বোদাপাযাগী মফমদা তেংবাংবীনবা মাবজীংনা হাযজবকই । নিংথৌ ওইবা ফংহনবীববদি কবো তম্পাক অব্রাদা পীথোক্কনি যাথোকলুই । মদুনা অব্রাগী নিংথৌদা হেন্না খুদোংচাবা পীখি । মণিপুবগী নিংথৌমচাশিংগী মবক্তা ফম্বাল মুন্নবগী খংনবগী খুদোংচাবা লৌদুনা মণিপুবদা লান্দাবকখি। অব্রাগী মতেং ফংলবা মাবজিংনা মহাবাজ চৌবজিংপু মাযথিবা পীদুনা সিংহাসন কাখি । মহাবাজ চৌবজিং কছাব লৈবাক্তা চেনখি । মাবজিংনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইববা মতুংদা মৈতৈগী নিংতম্না হিংনিংবগী ঈনা মহাক্কী শিংলিদা চেল্লিবনি । নিংথৌ খুভম ফংনিংবগী ঙাইহাক্কী ওইবা ব্রাখলনা যাথোকখিবা ব্রাফমশিং ঙাক্লা চংলমদে । কবো তম্পাক্তগী চীংশু পান্বীশিং নিংতম্না অব্রা নিংথৌগী অযাবা যাওদনা যাম্নোকই । মদুনা মখোযদা যাম্না শাওহনখি । মাবজিংপু মণিপুবগী সিংহাসন মখোযনা ফংহনখিবনিনা মখোযগী মখা থাবা নিংথৌনি হাযনা মখোযনা খল্লি ।

অসুম্না বর্মিজ ওথোবিটিনা থোইশাওনবিঙৈ তাল্লকসিদা খৃ· ১৮১৯ দা বোদোপাযাগী মশুনুপা বাগিদাওনা বর্মাগী সিংহাসন কাবা মতমদা মখোয়গী মখা থাবা নিংথৌমখৈ লাকনবা হাযবকপদা মাবজিংনা চংখিদে । অদুবু অব্রাশিংনা যাম্না হকচিন্না লৌবগা লোযননা মাবজিংকী মথক্তা লান্দানবা জেনবেল মহাবনদুলা থাবকখি । অবৈবা পাঙ্গল শক্তি শিজিন্নদুনা লাম্হেংনববসু মাযোক্লবা ঙমদনা মাযথিদুনা নিংথৌ মাবজিং কছাবদা চেনখি । অব্রানা মণিপুব অমুক খুদুম চনখি । খুন্তাক লানশিংহনখি । চহী তবেং খুন্তাকপনা ওইহল্লকপা অব্রাবদি শিংথাদুনা লোইবা নাইবোই ।

মদুগী অৱাবা ৱাবীনা ঙসিসু খুদাং পীফম তৈনবি । তম্পাক্তা লৈবন্না মৈতৈ অমদি অতৈ কাংলুপ খুদিংগী মীওইশিং চীংদা লোংপনা লোংখ্রে নুংশিববা মবৈবাক মবমদম থাদোক্তুনা চৎনবনা চৎনখ্রে । মমাংদসু অসুক যান্না অৱাবা থেংনখিদ্রিবা তুংদসু থেংনগদবা মান্দ্রবা অদুগুম্না মওংনি । মৈতৈ লাক্ক অনিগী মথক্তা অৱানা ফাদুনা পুখি হাযনৈ । কযা অমনা লম্বীদা শিঙম-নাঙমদনা শিখি । খুবাক্তা যাইবি অশাংবা অমনা লেংলগা পুল্লপ ষন হোইবগুম হোইদুনা পুখি হাযদুনা মণিপুবগী পুৱাবীদা ঙসিসু মযেক লানা ইদুনা লৈবি । অঙাং মচা মযাম অমনা মৈতৈ য়ুমজাওশিংদা পুল্লপ পুন্না হোইজিল্লগা থোং-থোংনাও লোনশিল্লগা মোবোক থাদুনা হাংখিবনি, পিক্তা পীক্রিবা মশাগী খোম্লাং মাযোক্লবিবা অঙাং নৱাশিংনা নুংপাক্তা হাইহৎতুনা হাংখিবনি । যুম-কৈ কযা মৈ থাদুনা উৎ ওলহনখি ।

মালেম পৃথিবীসিদগী মীতৈ হাযবা কাঙলুপ অসি মক ফংনা মুথৎলগে হাযবগী যৌদৌনি । লৈবাক্কী অৱাবা মতমদা চোংথোবকখিবা মবৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা লুচিংবশিংগী মবক্তা অমনি নিংথৌ লাবন্যচন্দ্রগী মজাইবুংঙো হেবাচন্দ্রসিসু, মহাকপু মণিপুবগী ইতিহাসতা ডাকু নিংথৌ হাযনা থংনৈ । মণিপুববু কনগে হাযববদি তম্পাক্তা লৈবিবা মীতৈশিংতনা ঙম্ফম থোক্তে হাযবা ৱাখল্লোনসিনা যুম্ফম ওইবগা মহাক্না চীংমী তম্মীশিংগী অপুনবা শক্তি অমা শাগৎনবা হোৎনখি । মহাক্কী লাল্লোংদি গুবিলা লাল্লোংনি । লাঞ্জাবা লাল্লোইনি । তাঞ্জা চাবা ফংলগা মাযোক্লগনি । মাযথিগদবা মতাং থোক্লে লাল্লুমদুনা লৈবগা তুংগী পোবম শেমগনি । মহাক্কী লাল্লোং অসি মবাথা লুচিংবা শিবাজীনা মুগলশিংগী মথক্তা চথবা লাল্লোং অদুগুম্বনি হাযনা পুৱাবী নৈনবশিংনা হাযবি । মহাক্কী লানমী তেংঙ্গোলদা যাওবিবা মীতৈ অথৌবশিংদি অঙোম সাবুনাথ, অকোইজম খমপা, এলাংপা অমব, মযাংপা, শ্যাম, মোইবাংথেকপা, লবঙ্গ অসিনচিংবনি । চহী তবেৎ খুন্তাকতৈ মনুংদা বর্মিজশিংনা হাপ্পা মীতৈ নিংথৌশিং অমদি মদুবু তাম্বোক্লগা মতেক-মতেক নিংথৌ ওইনবগী

চনৈনবা ব্রবীনা মণিপুব ইতিহাসকী পন্দুপ মযাম অমা কন্দূনা লৈবি। মখোযশিংদুগী মনুংদা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মবৈবাক্কীদমক্তা হোৎনখিবা হিবাচন্দ্র নবসিংহগুম্বা মীতৈ মচাদি অতাংবনি। নিংথৌ খুভম মুন্নবগী কচ্ছাবদা লৈবিবা নিংথৌ মচাশিংসু মশাদা মীতৈগী ঈ চেল্লিবনিনা মমা লৈবাক মবমদমবু নুংশিবনিনা কবম্না বর্মিজশিংগী মখুৎতগী কনগদগে হাযবগী ব্রাখলদা চপ যুংনা লৈবম্মী। মখোযনা মণিপুব হন্দোক্লবগী থবক পুন্বা ভাগ্যচন্দ্রগী মজাইবুংঙো গম্ভ্রীব সিংহদা শিন্নবম্মী। মণিপুব হন্দোক্লবগী থবক অসিদা তেংবাংনবগীদমক্তা গম্ভ্রীব সিংহনা মহাক্কী থাজববা অমত্তা ঙাইববা শাগৈগী মনাও ইবুংঙো নবসিংহবু খঞ্জখি।

অসুম্না মণিপুবগী মনুংদনা হিবাচন্দ্র অমদি অতৈ মীতৈ অথৌবশিংনা গুবিল্লা লাল্লোং চথবকপা মণিপুবগী মপান্দগীনা মণিপুবগী নিংথৌ মচাশিংনা মণিপুব হন্দোক্লবা হোৎনবকপগা লোযননা নাকল অমবোমদনা মপান ফনা হাযগৎলক্লিবা বর্মিজগী শক্তিনা মখোযগী ঙমখৈ পাকথোক্লবা হোৎনবকপগা লোযননা শাসন লিংলকপা অমদি মদুবু নমথনবা বৃটিশনা মখোযগী মপাং থিবকপদা মীতৈ মচাশিংদা তাখি। নাকল অমবোমদসু ফিবাল মমাই চুম্নক্লিবা বর্মিজশিংবু নমথনবা অনৌবা খুৎশু খুৎলাই লল্লোংগী ট্রেনিং ফংননবা মকপ থিবকপদা বৃটিশশিংবু মীতৈশিংনা থেংনখি। অসুম্না গম্ভ্রীব সিংহ অমসুং নবসিংহ মচিন মনাওনা বৃটিশকী মতেংনা মীওই চামঙানা 'শাবা মণিপুব লেভি' কৌবা লানমী তেঙ্গোল শেমগৎখি। চিঞ্জাক্কী অৱাৎপা নোংজু-নুংশা, লম্বী-থোং ফত্তবগী অৱাবা কযা মাযোক্লববা মতুংদা গম্ভ্রীব সিংহ নবসিংহ অমসুং মহাক্কী কাংবুনা দিসেম্বব তাং ১৮,১৮২৬ ইংদা মণিপুবদা থুংলখি। মণিপুবদা লৈবম্বা বর্মিজশিং মীতৈশিংগী অপুনবা লানমীশিংগী মযোক্লবা ঙমদনা মবমদা চেনখি। খৃ ১৮২৬ জনুৱাবী তাং ১৮ দা বর্মিজগী টেবিটোবি লানশিন্দুনা লান্দাখি। নিংথি তুবেল ৱাংমদা ফাওবা বর্মিজশিংবু তাম্থোক্তুনা মণিপুবগী নীংতম্লগী ফিবাল অমুক হন্না চিংখৎখি। খৃ: ১৮২৬ কী ফেব্রুৱাবী থাদা

বৃটিশ অমসুং বর্মিজশিংগী মবক্তা তৌনখিবা সন্ধিনা (ত্রিটি ওফ তান্দাবু) গম্ভীর সিংহ অসি মণিপুরগী নীংতম্বা নিংথৌনি হায়না শকখঙখি ।

অসুম্না মালেম পৃথিবীদা মমিং মুৎলম্নগদবা মীতৈশিংবু, মণিপুরীশিংবু বর্মিজশিংগী মখুৎতগী কন্দুনা অমুক হন্না খুন্দাহল্লম্বা অমদি চোইনা চোইনা তাথ্রবা মীতৈশিংবু পুনশিন্ননবা হোৎনবদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌবম্বা মীওইশিংগী মবক্তা গম্ভীর সিংহ অমসুং নবসিংহগী মমিং খক কাওফম থোক্তে ।

-----------

# ক্বাক্লে অমদি উরোকসেক

---

নোংমা চেক্লা লমখুনু মতৈ মনাও মখোযবু পোকপা কোবৌ নোংঙ্গাখ্রবা পলেম-পম্ব্বৌ গী যাইফনবগীদমক্তা উচেক মযামগী মবক্তা অহল ওইববা মখোযবু পোকপা পলেম-পম্ব্বৌগা মরুপ মপাং ওইবন্বা ক্বাক, উবোক, মকু উচেক অহুমবু মেবা থাগী থাশি নুমিত্তা চাক কৌই । অযুক অঙনবদগী উচেক অহুম অদু কবিমত্তা চাদ-থক্তবমখৈ ঈরু মাইথজবগা লমখুনু মতৈ মনাওনা চাক্কৌবদ্ মবুক থন্না চাগনি খন্দুনা হবাওবগা লোযননা ঙনতা থুংলবে । নুমিৎ অদু লমখুনু মতৈ মনাওসু মখোযনা ঙমজলা অচা অথক যাম্না লাংলে । চাকলুক অহুম মথং মনাও নাইনা থাবগা মদুগী মথক্তা অচা-অথক মযামদু হাপলে । লমখুনু মতৈ মনাওনা উচেক অহুমগী মমাঙদা থোক্লগা মাশা শারুং থুপ্তুনা খুরুমদুনা হাযজৈ । ঐখোযনা থাজবিবা চাকলুক অসি নহা-অহল খাযনা মথং-মনাও নাইনা খ্বাইদগী চহী যাম্বা অহল অদুনা মকোক থংনা ফম্বিযু । ঐখোযবু পোকপা ইপানা অমল-থবৈ কুমলমদাইদা শিন্নবিবম্বনা পাম্ব্বৌ ইপাগুম্বনা অহল অহুম্বু চাক কৌজবনি । পুক্লিং পেন্না পুক থম্না চাবীযু ওক্তিবমখৈ হাপচগে । লমখুনু মতৈ মনাওগী ব্বাদু তাবদা উচেক অহুম অদু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা মরু লুক্তুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈনরে । মখোয অহুম অদু মমিংতি লোম্না-লোম্না যেংনদুনা মানা হান্না চঙসনু মানা হান্না চংসনু নীংনবক্লে । পাইমা নুংদা মচিন্দি লোকখিদে । লমখুনু মতৈ মনাওনা মতম থেংলে নুংশিৎ লাক্তিরৈঙেদা চঙবিবো হংযজবক্লবদা

উচেক অহুম অদুনা চাকলুক্তা অমুক যেং লমখুনু মতৈ মনাওদা অমুক যেং তৌফম খঙদনা হান্না চঙবা তানদুনা লৈবে। নুমিৎ অদু উচেক অহুমগী মনুংদা ককনা খ্বাইদগী হেন্না মবুক লাম্লম্মী। ঙবাং খুঙ্গং লান্না কোযকবগী মাগী তাপ্লোইগা খৎনদুনা অহীং অদুমা চাবা হেল্লবনি। অহীং নোংশোইবা মবুক লাম্বনা খোমলেন যাতাবা যাদ্রবসু ইনুং ঙাল্লগা লমখুনু মতৈ মনাওগী চাক কৌবদা মবুক থন্না চাকশনি খন্দুনা অবাম খৌবাংবা কযাবু ব্রানা খাঙলক্লবা কাক অদুগী মমাঙদা হাউববা যেনশাং মথেল কয়ানা কোযশিল্লিবা চাকলুক অদু উবদা চানিংবনা মতিল কুৎ-কুৎ যোৎলে, লাম্বনা মবুক গ্যোং-গ্র্যোং খোংলেক্লে। চাক্কা খব লাম্বনে নোংলৈ নুংশিৎনা লাকপনে চাকলুক পাইথোকখিদুনা চাবা ফংহৌদবা তাবে খল্লদুনা থৌববা মচিল অদু লৈপাক্তা ফেংলম্লগা খ্বাইগী মকোক থংবা চাকলুক অদুদা চঙশিন্দুনা চাগদবগী মকোক হেক লুকথবদা উবোক্লা থুনা যাংনা পাইশিল্লকুগা কাক্কী লব্রাইগী মশম অদু ফোইববে। কাক অদু নামনখিবনা শাউদুনা মশা অনিনা উবোক্তু লামদুনা ফুবে। মখোয অনি হন্নবা লৈতনা ফুনবে। কাক উবোক উচেক অনিনা ফুনবিবদু খামগেদি খন্দনা কাক্লা চাগে ফম্লম্বা চাকলুক অদুদা মকুনা তপ্পা চঙশিল্লগা চখোম অমা অনি হুকপা হৌবক্লে। মকুনা কবিসু থওই ব্রাওই শাদনা চাকলুক মকোক্তা ফমদুনা চাবিবদু কাক উবোক অনিনা উবদুনা খৎনবা তোক্লগা মখোয অনিনা মকুগী মখাজাইদা মশানা কল্লক্লে। মকু অদু নামনখিবনা মকোক ঙাওদুনা উকু-উক লৈবম্লগা চাকলুক মপান্দা তুদুনা লৈবদু উবদা লমখুনু মতৈ মনাওনা নুংশা থীবগা লোযননা চেনশিল্লত্তুনা খামলে।

ঙাহাক ব্রান্থকবগা মকু অদুসু হৌগৎলক্লে। উচেক অহুম অদু চোশিংন-চোংশিন্দুনা হন্নবা লৈতনা ফুনবদা চাকলুক পুম্লমক পুমচাই চাইবে। লমখুনু মতৈ মনাওনা খাম্বসু ঙমদে। উচেক মযাম কৌবগা খামহল্লে। পাউ অসি মথং-মথং শন্দোকখিদুনা উচেক পুম্লমক শুনা তিল্লবে। মখোয়গী মতু মচা পুম্লমকসু লাকনবে। উচেক মযাম তিল্লববদা মাগী মাগী

মীচং শঙ্গ নাইদুনা লম্বা-লম্বা চোংথোক্লদুনা অমুক ফুনবা হৌবক্লে। কোবৌ নোঙ্গাথ্রবা পলেম-পল্লৌগী পেন্নবা চাক্কৌববু উচেক মযাম হাংনদুনা লৈবাক ব্রাথোক ওইবা তাবে খল্লদনা লমখুনু মতৈ মনাওনা লংজা কৌকবে। লংজানা মাগী পাক চাউবদা পশা অনিনা ফুদুনা খংনবিবা উচেক মযামদু খামদোক্লে। ব্রাথোক আসেগী অচুম অবান থিবা ওমদবদগী লংজানা লুচিংলগা উচেক ময়াম্না চিংঙু থাংজিং ... তান্না লাত্তুনা ব্রাকংলবে। থাংজিংনা মাযকৈ ঙাকপা লাইযাম কৌবে, শাহ্যামগী মমাঙদা কাক, উরোক, মকু উচেক অহুম কৌখোত্তুনা ফমহল্লে। লমখুনু মতৈ মনাওনা লাইয়ামগী মমাঙদা চোংথোত্তুনা মখোযবু পোকপা পলেম পল্লৌ অনিনা কোবৌ নোঙ্গাবমদাইদা শিন্নবম্বা ব্রাফমগী মতুংইন্না উচেক অহুম্বু চাক কৌবগী হৌখিবা থৌদোক পুম্নমক মথংশিংনা হঙ্গংলে। লমখুনু মতৈ মনাওগী ব্রাদু তাবগা চিংঙু থাংজীং লাইনা কাক য়েংদুনা কাক নংনা উবোক মকু উচেক অনিগী মব্রা তাদনা নখোয অহুমগী মমাংদা চহী মশীং যামবা অহলনা চাগদবা চাকলুত্তা চোংশিন্দুনা চাকবিবা কবিগীনো হংলকপা থাংজীংগী ব্রাহং তাবদা কাকনা মাশা শাকং অনি থুম্প্রগা চিংঙু খুয়া খাদা মকোক নোম্লগা কেগে পোকপা শোবাবেল তাবিয়ু। লমখুনু মতৈ মনাওনা নহা অহল খায়না মথং মনাও নাইনা অহলনা মকোক্তা নহানা মখাদা ফমদুনা চাবিয়ু হায়বদগী ননাই কাকনা মকোক থংবা চাকলুক অদু চাফম থোক্লমালে খঞ্জদুনা চাজকবনি হঙ্গংলক্লে। উচেক নখোয় অহুমগী মনুংদা কাক নঙনা অহলনি খল্লিবদুবু নঙবু চহী কয়া শুরবগে হংলকপা থাংজীংগী ব্রাদু তাবদা কাকনা ননাই ঐদি চহী য়ামলে, য়াম্মনগ্রদুনা ইশানা চহী মশিং কাউজবে। ময়াম্না শিবা নাইদবা কাক পুম্লিবা মিংথোল পীবিবিবনি খুম্নকই।

অদুঙৈ পোইবে মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌবেল মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্কী মচানুপা তাউথিংমাংনা মৈত্রবাক্তা কংলা ফম্বাল লাংবা মতমদা ময়াম্বা য়োইমোংবগা মচিল মনাওনা লুচিংদুনা তুবেল অচৌবা তুখুল তেংন্তি। তুবেল তেংবদা নমু তাইবং মী অমসুং উচেক পুম্নমক অমতা

চিথদবনা মযাম চংদুনা তুবেল তেংবদা উচেক মযামগী মবক্তা নোঙ্গৌবী যাওখিদে । মৈদিংঙু তাওথিংমাংনা শাউদুনা নোঙ্গৌবী কৌকচো থৌদাবিবক্লবদা ননাই ককনা নোঙ্গৌবী কৌবা চংচৈ । মতম অদুদা চেক্লা মাদি মপাবি নাব্রাবু মচিঞ্জাক ইন্দুনা লৈবম্মী । মৈদিংঙুগী সনা যাথংনি তুবেল তেংবা যাওকসি হাযজববু পাবি শবেপ ফাদ্রি থাদোকপা যাদে হায়দুনা চংসি যাদে । চেক্লা মাগী মপাউবু তম্বদা মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা শাউদুনা হৌজিকমক লাক্তবা যাদে নিংথৌ ঐগী যাথংনি তম্মুচো হাযববদা ননাইনা অমুক হন্না নোঙ্গৌবীগী মনাক তান্না চংলি । হৌজিকমক ঐগা লোযননা চত্তবা যাদে মৈদিংঙুগী সনা যাথংনি হাযববা ফাওবদা কবিসু থওই ব্রাওই শাদনা নিংথৌগী সনা যাথংনি হাযদুনবু পাবি নাউব্রাবু হুন্দোকপা যাববা হাযদুনা মপাবি নাউব্রাবু শুমদুনা লৈবে চংসি হাযবা য়াদ্রে ।

অসুন্না ওলৈ-পাল্লৈ তৌদুনা নোঙ্গৌবীদি তুবেল অচৌবা তেংবা যাওখিদে । মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা উশিং থওইদে নিংথৌগী যাথংবু ঙাক্তে ঐখোযনা তৌবিবা তুবেল অসিদা নত্তনা পোইবৈ মৈত্রবাক্তা চেল্লিবা তুবেল পুম্নমক্কী লাইজ ঈশিং অদু নোঙ্গৌবীবু থকহল্লোই । কবিগুম্বা উদ্রিঙৈদা মানা লোন্না তুমিন্না হুবান্দুনা ঈশিং থক্লবদি মমৈ পুম্বা ওইসনু হাযনা মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা উচেক মযামগী মমাঙদা তাকপিখি ।

চহী কুমজা অদুদগী হৌনা ননাই কান্তি অনা-অযেক যাওদনা হৌজিক ফাওবা হিংদুনা লৈজবি । কাক্কী মবিক চুম্বা ব্রাদু তাবদা লাইযাম পুম্নমক তুমিন-তুমিন লৈনখি । মখোযগী মপুক্লিংদা চুম্মী কান্তি চহী মশিং যাম্লে মাবু কাক পুন্সিবা কৌবসি মতিক চাবনি হাযনবক্লে । চিংঙু থাংজীং লাইনা উবোক্তা ওনশিন্দুনা উবোক নহাক্লা চহী মশিং য়াম্লবা নখোয খ্বাযগীসু অহল ওইববা কাক্কী লব্রাইগী মশম ফোইকবিবদি কবিগীনো হংলকপা থাংজীং লাইগী ব্রাহংদু তাবদা উবোক্লা মপুক্লিংদা কবিমত্তা নাচুংদনা মাশা শাক অনি থুপ্তুনা চিংঙু লাইয়ামগী মমাঙদা মকোক নোন্দুনা থুকমলগা হাযবকই ।

তাবিযু মোইবাং পোকপা লাইনিংথৌ কেগে ঙাঙোই লৈশেন্বা । অহল ওইববা মপাগুম্বা ঐনা চাগদবা চাকলুক্তা ঙবাংগী অঙাং নাউব্রাগুম্বা ক্বাক মানা চাকলুক মকোক্তা চোংশিন্দুনা চাবদুদা শাউনিংমনখ্রদুনা ক্বাক্কী লব্রাইগী মশম ফোইকব্বনি । উবোক্কী ব্রাদু তাবদা লাইযাম ঙকলে । উচেক পুম্নমকসু ঙক্নুনা চিবোন-চিবোন ঙাঙনবে । থাংজীংনা উবোক নঙনা ক্বাক্তগী চহী হল্লি অহলনি হাযবিবদুবু নঙবু চহী কযা শুববগে হংলক্লবা ফাওবদা উবোক কবিসু নাচুংখিদে । তাবিযু লাইনিংথৌ যোইমোংবা তাউথিংমা মচিল মনাওবু পোকপা মৈদিংঙু খুইযোই তোমদোকহাযবদু নোংদা লাইবেন পাখংবগীদি মচানুপানি । নোংদা লাইবেন পাখংবনা মশানৌ মৈতৈলৈমা লাইস্নাগা লোযননা কংলাদা নিথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা ননাই উবোক ঐদি ঈশা শাকং থুংদুনা কোইপাই পাযবা ঙমলে । মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন পাখংবনা পোইবৈ মৈত্রবাক অসি অযুক নুংথিন্দনা খোইযুম লাইগী মশক লৌদুনা ব্রাযেন থৌদাবা অহীং তাংলৌদনা নমু তাইবং মীগী মশক লৌবগা পোইবৈ শিনবা থুংনা ঙাক শেন্দুনা লৈবা খোযমু লাংওন অথুপ্পদু খঙদদুনা মশানৌ লাইস্নাগী পাযমা নুংদা চিংনখি । শাবি ইনিংথৌ নঙনা অযুক নুংথিন্দা খোযুম লাইগী মশক লৌদুনা ব্রাযেন থৌদাবগা ইনুংযাইদা নমু তাইবং মীগী মশক লৌবগা পোইবৈ শিনবা থুংনা কোযনা চংপসে কনাগুম্বী চনু নিঙোল চেংলৌ শকহেনবীগী নাক্তা লৈবক লুথুম্বা খোংবান লানলুম্বা চংপবা নুজাগী পাইমা নুংদা চিংনবে । ইনিংথৌগী তুং ইনবা যানবা চিংঙু থৌগল ফংনবা ননাওসু অযুক নুংথিলনা লাই ওইজগে ইনুংযাইদনা নমু তাইবং মী ওইজগে হাযবকপা মশানৌগী চিংনবা ব্রাফমদু তাবদা পাখংবনা মোমোন নোক্নুনা *ঈশানৌ মৈতৈ লৈমা ইবেম্মা নঙদি পোইবৈতোম্না খুম্হোবকপদা লোযনবকপনিনা* নমু তাইবং মী ওইবদি যাই, খোযুম লাই ওইবদি যাবোই ।

নশাবী ঐদি কোবৌ নোংমদোন থক্তগী তাবকপগুম কুম্নকই হাযবগী ঐবু নোংদা কৌবনি । খোযুম লাই পুম্নমক্কী মকোক্লি হাযবগী ঐবু

লাইবেন হায়নসু খণ্ডনৈ। ইপা গুরুগী মতিক মথৌনা অরুববু খণ্ডিং হায়বগী ঐগী ইমিংবু পাখংবা থোক্লি। অদুনা ঐগী কোলোয় মিংলেনবু লাইয়াম্না নোংদা লাইবেন পাখংবা কৌবিবসিনি। উবোক্কী ময়েক চুম্না বাবীদু তাক্কবগা কাত্তগী উবোক্লা অহলনি হায়নবক্লে। চিংগু থাংজিংনা মকুদা ওনশিল্লগা হায় মকু! নগুনা অহল ওইববা উবোক্কা কাক্কা ফুনবিঙেদা লোম্না চগুশিন্দুনা চাকলুক মকোক্তা ফমদুনা চাকবিবা কবিগীনো হংলকপা থাজিংগী বাহংদু তাবদা মকুসু মশা শাকং থুগুনা খুকমলগা হজ্জংলকই। স্নানা মথুং কাবা লুপানা মফেল ওইবা মুক্তানা য়েনকাপ লোনবা পোইবৈ মৈতৈ স্না লৈবাক্কী লৈতেং ওইবিবিবা খুয়োম লাইয়াম পুন্নমক মগুগা মপুগা কনানা চহী হুনবগে হংবিবিবসিবু অহল ওইববা পায়মা শোইনাইববা না-তাখিববা মকু ঐদি খনফম খংদ্রে। মকু ঐগী চহীদি লাইয়াম্না খংনবিবিবা অদুনি। তাইবং পানবগী মপুবেল অতিয়া গুরু শিদবনা তাইবং মালেম লৈশেন্বীবগে মপুগী পায়মা নুংদা খল্লদুনা স্না মহী পাখংবা মচিন মনাও অনিবু গুরুগী শমু হকচাংদগী পুথোকখি। গুরুনা তাকপিবা মতুং ইন্না স্নামহীনা তাইবং মালেম্বু লৈশেম্বা হৌবক্লবদা মনাওনুপা পাখংবদি নহা ওইবনা অফ-ফত্তা খন্দনা ময়াম্বনা শেমগৎপদু হেক-হেক থুগায়বদগী মালেম লৈশেম্বা য়াবকত্রবদা গুরুগী মফমদা হজ্জংলে গুরুনা মমিগুগী মিংনহাগী পান্দমগুম লংনা ফজববী চেংলৌ শকহেনবী নুজা অমা পুথোকখি। নোংথাংগুম্লা লংনা ফজৈ হাযবগী নুজাগী কোলোয়বু নোংথাংলৈমা মিংথোক্লে। মশক ফজববী নোংথাংলৈমগা চেন-চোংদুনা হবাওনা শান্নবিঙেদা স্নামহীনা লাইবুথৌ মাপল লাই নুবা তবেংকা লোয়ননা মালেম লৈশেম্বা লোইখি।

তাইবং লৈশেম্বা লোইববদা গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না নমু তাইবং মী য়াওবৌ শায়াম উচেক বায়া নাপী শিংবী তুমিং কাগুনচিংবা মথব্রায় পানবা লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক শেম্বা লোইরবদা গুরুনা তাইবং মালেমবু থাদোক্লগা কোবৌ নোঙ্গাবগে খল্লদুনা বা তাননবা মকু ঐবু কৌবকই। স্নামহী পাখংববু পোকপা থোয়ুম লাই পুন্নমক্তী মকোক ওইরিবা অতিয়া

গুরু শিদবা মপুদু ঐগীদি ইমাক্নি। গুরুনা ঐবু ইকু কৌদুনা থোইদোক হেন্দোক্লা ইকায় খুম্নবি। গুরুগী মকুনি হায়দুনা খোয়ুম লাইযাম্না ঐগী ইমিংবু মকু থোনবীখিবনি। অদুগুম লাইযাম্না থোনবিখিবা মিংলেন অদু গুসি ফাওবা হোংদনা লৈজবিবসিনি।

মকুগী মবিক চুম্নবা ব্রাণ্ডাং অদু তাবদা উচেক মযামদা নত্তনা খোয়ুম লাইযাম পুম্নমকসু তুমিন তুমিন লৈনখি। মহৌশাগী ওইবা মকুগী অসুকপা মাযথোং অকিবা মিংযেং অবাউবা মমিৎ অদু উবদা চুম্নি মকুনা অহলনি চহী কুমজা মশিং য়াম্না পুস্সিববনি হাযনবক্লে। অহল নত্তনা অহল শাকন্বা ক্লাক উবোক নখোয অনি ব্রাকোংলো নপু মকুদা লাপ্লে হংযজবো লাউনবকপা লাইযামগী ব্রাদু তাবদা উবোক ক্লাক অনিনা মকোক্তগী মতু অহুম অহুম ফোইবগা লাইযামগী মমাংদা ব্রাকোংনবা চমলৌ লাতোন পামেল উনা অপাকপা থিবকলে। উবোক্লা লাবু হেক্লগা চমলৌ লাভোন থক্তা মকোক্কী মতু অহুম ফোইবগা হাপ্তুনা খোয়ুম লাইযামগী মমাংদা ব্রাকোংলে। লাতোন থক্তা তাবিবা চেক্লা উবোক্কী ঙৌনা ফজববা মতু অহুমদু উবদা লাইযাম্না উবোক্কী মতু অসি লেম্না মাঙহনবা যাদে হাযনবক্লে। নিংথৌগী কোযেৎকী লৈতেং লৈবাংগুম্না ঙাল্লসনু হাযনা লাইযাম্না তাকপিবে। চেক্লা কাক্লা লাবু হেক্লগা মকোক্তগী মতু অহুম ফোইদুনা চংবী লাতোন থক্তা হাপ্তুনা খোয়ুম লাইয়ামগী মমাংদা ব্রাকোংজবে। খোয়ুম লাইযাম্না নুংশিবীদুনা চেক্লা কাক্কী মকোক্কী মতুসে লেম্না মাংহন্দনা তলা পামেল শযিগী উফে থক্তা থমলে। চিংগু লাইগী থৌজানদগী কুমগী নোংলেন নোংহৌবক্তুনা মালেম থন্না চুবক্তুনা শযিগী উফেথক্তা থম্নিবা চেক্লা কাক্কী মতুদো পামেল উবাংদা যেক্তুনা যেন্নিং হুন লৈবাং ওইনা লাংওপ্লে। লৈখোক্তা লৈনা চোংদুনা শিঙেল ওইনা শাংলক্লে। শিঙেল লৈখোক্লা পিকপনে লৈবাং লৈতোম্না পুংবনে চেক্লা কাক্কী মিংথোন লৌদুনা লৈবাং কাক্লে মিংথোনখি।

---------------

# পাখংবগী শাইওন পাউবীলাইগী ৱারী

চহী কুমজা কযাগী মমাংদা থোকখিবা ৱাবিনী। লুৱাং নিংথৌ থাংতেক সুকনাইবনা মশানৌ লৈনা চামল খাম্বীগা লোযননা লুৱাংগী কোনুং লম্মাংদোংদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মহাক্কী হাক্তঙ্গা লৈত্ৰেং ঈশিং চাইবা কৌবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈববা লমলেন কাক্তাদা পোকপা অকনবা নুপা অসি মোইবাং নিংথৌগা যানদবদগী পোক্লফম কাক্তা থাদোক্তুনা লুৱাংদা শাইদাংদুনা লুৱাং নিংথৌগী যেৎথং ওইখি। খুমন লৈবাক্তগী নোংযাই লৈচেং অবাবা কৌবা থৌনা ফববা মপাঙ্গল কল্লবা নুপা অমসু খুমন নিংথৌগা যানদবদগী মবম থাদোক্লগা লুৱাংদা শাইদাংদুনা থাংতেক সুকনাইবা নিংথৌগী ওইথাং ওইনা লৈববে। লৈত্ৰেং ঈশিং চাইবা নোংযাই লৈচেং অবাবা পাথৌ মকুপচা অনি সিনা যেৎথাং ওইথাং ওইবদা নক্তনা লৈবাক্কী অঙন্বা ফম্লাইবা ওইদুনা ৱাযেন থৌদাদুনা লৈখিবনা খুমন অমসুং মোইবাং লৈবাক অনিগী নিংথৌনা লুৱাং নিংথৌ থাংতেক সুকনাইববু কিনা লূনা তৌই। পাথৌ মকুপ শাম্লে। অথৌবা অনিসিগী মপালনা লুৱাং নিথৌনা লমলোন্নবা খুমন মোইবাং লৈবাক অনিবু থওইদে। লোইবী চীংগী নিংথৌ অযাম্বসু লোই চন্দ্ৰনা লোইপোৎ কাহল্লি। অসুম্না অৱাৎ-অপা লৈত্তনা খুৎকন পাঙ্গলনা মনীং মখা তম্না পাল্লক্লবদা নিংথৌ ঙন্বা অঙন্বা পাযমা লৌশিং চাউববা লৈত্ৰেং ঈশিং চাইবগা তান্নদুনা লুৱাং লৈবাক অসি মী লৈবা চল্লক্তে চীংদুম কযা তেমখাযদুনা থুগাযবগা লোক্তক খোংবান ফুনসি উকোন ৱাকোন

তেমথোকসি লৈকুৎ কোংকুৎ ফুনজনসি মী তাহনসি লুৱাং নিংথৌগা খন্নবদু নিংথৌনসু যাবিবে। লৈত্রেং ঈশিং চাইবা অঙম্বনা লুৱাংগী নহা পাখং পুম্নমক কৌখৎলগা উকোন ৱাকোন তেমথোক্তুনা উমংলাই কযা লাইকোন লৈপুং কযা থুগাযবগা লোক্তাক খোংবান ফুল্লকপা উবদা উমং লাই পুম্নমক শাউনবে। লাই শবোই ৬৯ যাখমলোই ৭ উমং লাই ৩৬০ না চিংঙু থাংজিং লাইদা ৱাকৎলগা কেগে খুনদিনবীগী লমযাইদা লাইযাম তিনদুনা ৱাতান্নবদা লৈত্রেং ঈশিং চাইববু যাইবী মথৱায লৌসি লেপ্লবে।

নোংমা লৈত্রেং ঈশিং চাইবা অঙম্বনা লুৱাং লৈবাক পাক চাউনবা লৈচাউ খুনচাউনবা নিংথৌগা ৱা তান্নবদা থেংদোকখ্রে। নোংযাই চবুক লোম্লক্লবদা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা অঙম্বা মবানযাইদা হল্লকপদা লাই শবোই মযাম্না থৎতুনা লৈবম্মে। লাইযাম্না মখুৎ শম্নদুনা লম্বী থুংনা থৎলবদা লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা থৎলিবা লাইযাম্বু লান্না চোংগে খন্দুনা শগোল কন্না থৌজিল্লকপদা লাইযাম্না শগোল চুক্রি পাযবে, খবনা শগোলগী মমৈ যান্নদুনা ফাবক্লবদা লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা শগোল মথক্তগী চোংথবগা মযুম তান্না চেল্লক্লে। মযুম চংখিবন হাল্লবদি ফাবা ঙমহৌববোই খনদুনা লাইযাম্না শমজী খাযনবগা মাযকৈ মবিদা কোইশিন্দুনা ফানবা ফুজিল্লক্লে। লাইযাম্না তান্নবকপদু উবদা অঙম্বনা কোম্হোংদদি লানশিনবা ঙমব্রা যেংগে খন্দুনা চেল্লকপা অদু লাইযামসু খঙলদুনা লাই পাখং খবনা মাঙ থাদুনা চেনখৎখ্রগা কোংম্হোং ৱাংমদা লুমদুনা লৈখ্রে। চেন্না-চেন্না লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা মযুমদা লৈহৌবী মোমনু তালোই খ্বাই লাংমৈবু কৌবকই। শানৌ ইনেমচা থোংজী নাতৈ কাংলগা ইদুগী মৈবা পাযদুনা নশাবীগী যাইবী কল্লো লাউ হাযনা খুৎলাম তোযনা কৌবকপা মশাবীগী খোঞ্জেল তাবদা খ্বাই লাংমৈ ইবেম্মা হিপ্লম্বদগী ফিংনা হৌগৎলকই। লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা কোম্হোংদদি লানশিলহৌগে খন্দুনা চেন্না-চেন্না চোংশিল্লকপদা কোম্হোং ৱাংমদা লুমদুনা লৈবিবা লাই পাখংশিংনা মশম পাযদুনা চিংথবে।

অগুম্বদু লোংনা লৈবাক্তা তাবে। লাইযাম্না চোংশিল্লভুনা মথবাক্তা ফম্লগা মখৌবি মেৎলে। যাইবী থৱায লৌগদবগী হোৎনবক্নে। মতম অসিদা খ্বাই লাংমৈনা ইমুংদগী লৈবগা ফিশা তেম পাযদুনা খবাই থোঙ্গাল তান্না চেন্থোবক্নে। খ্বাই লাংমৈ লাকপদু উবদা লাইযাম্না লৈত্রেং ঈশিং চাইবগী যাইবী থৱায মবিখল পুবগা চৎখ্রে। মোমনু লাইবক চাউবী খ্বাই লাংমৈনা চেনশিল্লভুনা মপুবোইববু কোনখৎপা মতমদদি মবোল লৌবা যাবমদ্রে। মশাবিবু শমু নমদা পোবগা ইমুং তান্না পুশিন্দুনা মাইবা মাইবী কৌদুনা খবায লাইকন্নবদা মীবোল তাবা ঙমদ্রে। অহিং অদুদা মী খবনা লুৱাং নিংথৌদা তাকলুবে। নিংথৌনা মনাই মশলগা লোযনদুনা লাক্লগা মনাইবু কোনখৎলগা কৌবদা মীশক খঙদ্রে, ৱা ঙাংবা ঙমদ্রে। মমিৎনা যেংবদা মঙাইবে। মগী মতৌ উবদা মীযাম পুমমক মখোল থোক্তনা কপনবে। খ্বাই লাংমৈ ইবেম্মা মশাবীগী মখোং কোল্লগা হিক্রা-হিক্রা কপলক্নে। নিংথৌনা চমং হাওখুলদা মনাই থাদুনা লৈত্রেংগী মকপ কবুই তোম্বা কৌহল্লুবে। কবুই তোম্বনা মতু শমু লৈমগা লোযননা হিদাক খাউজাউ পুবগা মতাওগী মথৱায কনবা ঙমব্রা যেংগে খন্দুনা চেল্লকই। কবুই তোম্বনা লশিং মপোপ অহুমদা চাক চদুম অহুম হাপ্লগা যাংকোক্তা হাপ্তুনা খবাই থোঙ্গালদা থোক্তুনা মতাওগী মথৱায মঙা কৌবদা পাইদুনা লৈবিবা মথৱাই অমতমক ফংই মথৱাই মবিদি লাইযাম্না পুখিবনা কৌবদা লাক্তে। কবুই তোম্বনা মানা ফাবকপা মথৱায অমখক্ত হাপচিল্লগা মতাওবু কৌবকই। যাইবী থৱায অমা যাওববদা লৈত্রেং ঈশিং চাইবদু তুম্মুবদগী মিকপ থোবকপগুম মমিৎ শিংলে। মতাওদা চিংনা যেংলগা মিৎলু অনিদা পিগী ঈবা শিন্থদুনা ইতাও ইবুংঙো অঙাং নাউৱা ওইবিবা নপাবি চহুই লৈবোংপাম্বা নচল খ্বাই লাংমৈ অনিসি ইতাওগী নখুৎতা শিন্নববনি। নপাবিনা কাংদোং ফাদ্রি ফাওবা ইতাওনা চেকশিন্না ঙাক শেনবীযু হাযজবকই। মতাউ লৈত্রেংগী ৱাদু তাবদা কবুই তোম্বগী মিৎলু অনিদা পিবাংনা থুমহৎলে। ইতাউ ইবুংঙো পাযমা নুংদা কবিমক্তা চিংনবীগনু ইনাক্তা লৈতে হাযবমঙাই

ঐনা পোকচবা ইপাবিনি হাযবকপা কবুই তোম্বগী ৱাদু তাবদা লৈরেং মথৱায নুংঙাইজবে । শমু লৈমনা চঙশিল্লক্তুনা ইবুং অঙম্বা নচলনা হিংলিবমখৈ ইতা খ্বাই লাংমৈবু অৱাবা তাহল্লোই পাযম' নুংদা চিংনবীগনু অসুম্না পুকমেন পাওমেন্নবম্লগা লৈরেং ঈশিং চাইবা অঙম্বা মথৱাই নুংঙাইনা খমনুং শাৱা তান অমল যাইথোং কুমখ্রে । মদু উবদা তিল্লিবা মীযাম পুম্নমক মখোল থোক্লা কপ্লবক্লে । খ্বাই লাংমৈ ইবেম্মা মশাবীগী মখোং অনিদু কোলগা নোংলেন খোংবশুম কপ্লক্লে । লৈরেং ঈশিং চাইবনা শিববদা কবুই তোম্বনা মচল খ্বাই লাংমৈদা চঠী কুমজা খবদং নপাবি শাবেপ ফাদ্রি ফাওবা লোইবী ইশাইকোন্দা লৈযু হাযবদে খ্বাই লাংমৈনা যাখিদ্রে । অৱাবা তাবক্লবা মতমদা ইবুংঙোনা ইতেং পাংবিযু, মতম খবদংদি যুমদা পাবি চাউনবা যোকখিগে হাযববদা কবুই তোম্বা শমু লৈমা অনিদো হাওখুল তান্না হনখি ।

মশাবী লৈখিদ্রবদা খ্বাই লাংমৈনা মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বদো পাখং শাবেপ ফানবা শামু পাঙ্গল চাউনবা চেকশিন্না যোকই । মপাবিগী খন্দুনা খ্বাই লাংমৈ ইবেম্ম' ইকায ইকি ৱাংমা লান্না কৈবোয লৈকাযদা চৎতুনা তবেৎ শিল-লাঙবা যাওই । কৈথেলদা চমলৌ যেনশাং মনা মশিং যোল্লি । অসুম্না লাইববী পলেমনা ৱানা যোক্লকপা মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বদো নোংমা নোংমগী চাউশিল্লক্তুনা শামু পাঙ্গল চাউবক্লে । পাখং কাংদোং ফাবক্লে, তাবা লৈকায মমান্নবশিংগা শামা মাযোক যাবা ঙমজবে । লৈরেং ঈশিং চাইবনা লৈখিদ্রবা নোংযাই লৈচেং অবাবা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বদো মনিং মখা তম্না পাল্লক্লে । অঙম্বা মহাক্তি মবাইবক থীবনা মপাবি অমত্তা মমিংতা উদনা মমোম লাংলেন অমখক তোমশাৎনজে । মমোমগী কোলোয মিংলেন্না লৈমা সুনুলেম্বী কৌই । নুবা মহাকসু পলেম পম্বৌগী নাত্তা চানিংবা চা শেৎনিংবা শেৎতুনা লৈবকপনা কাংদোং ফাবক্লে । মমোম লাংলেন সুনুলেম্বী অসি মশক মতৌ ফজবী মাগুম্বী চঙখোনবী চনু নিঙোল অতাংবনি । মমোম্না লৈশাবী মপুং মবৈ ফাবকপদা নোংযাই লৈচেং

অবাবদি পুন্সি চেঞ্জেং য়ামুকত্রবোই মনুং মতম চাদনা কোবৌ নোঙ্গানখি। অপোকপা পন্থৌনা লৈখিদ্রবদা মোমনু লাইবক চাউবীদো অপোকপী পালেম্মা নাউকোন্দুনা মতু শোন্না পাল্লি।

লৈত্রেং ঈশিং চাইবগী মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বগা নোংযাই লৈচেং অবাবগী মমোম সুনুলেম্বী নুবা পাখং অনিসি মখোযবু পোকপী ব্রাবক চেৎপী পালেম্মা খবাই থোঙ্গাল লালহন্দবনা চেংলৌ মশক খঙনদে, কোলোয মমিং তানদে। কৈবোয লৈকায ফাওবনা মখোয অনিবু মশক খঙবিদে। লুব্রাং নিথৌ থাংতেক সুকনাইবসি মনীং তম্না পালবসু মবাইবক থীবনা মপাবি মমোম অমত্তা মমিত্তা উবা ফংদদুনা চিংঙু লাইথোং খুদিংদা হৈবাং-লৈবাং কভুনা নীজবসু পীবিদ্রবদা নিংথৌ পুক্লিং খোযদাদে। কেগে মোইবাং লৈবাক্কী চিংঙু থাংজী লাইদা ঙাবম চামা কৎলবদি পাবি পোত্তবা পোকই মমোম শাংতবা শাংলি হাযবা পাউসি তাবদা লেমলৈ ঙাবম চামা ফাবগা চিংঙু খুযা খাদা মপাবি পোকনবা নীজগে পায়মা নুংদা লেপলে। লৈবাক্কী অঙম অথৌ মযামগা ব্রা তান্নবগা কেগে লোত্তাক পাংতা লৈবাক মীযাম চঙনা পাংনৈদুনা ঙা ফাবদা লেমলৈ ঙাবম শুনা ফাবা ঙমদ্রে। নিংথৌ পুক্লিং লাংতক্লবে। লুব্রাং নিংথৌনা মনাই অঙম্বা ফম্লাইবা থাদুনা কেগে নিংথৌ পুবিৎলাই নোংযাই খুমন নিংথৌ অনিদা কেগে লোত্তাক ঈশা মাপলদা চিংঙু ঙাবম চামা ফাবদা তেংবাংবিযু হাযজবক্লে। পাথৌ মকপচা লুব্রাং নিংথৌগী হাযজবা ব্রাদুবু যাবিদুনা খুমন মোইবাং লৈবাক অনিগী মীগা লুব্রাংগী মীগা লৈবাক অহুমগী নহা পাখং মীয়াম হৌদুনা লমলেন লোত্তাক ঈশা মপাল ঈবম খোংলম অমতা চিংথদনা নৈখাযদুনা ঙাবম চামা সুনবা ফাবা হৌবক্লে। হন্দক চিংঙু ঙাবম ফাবসে লৈবাক অহুমগী মীযামসু থোভুনা লোত্তাক খোঙবান্দা লেপ্পুনা যেংনবনে পাংনা মীযাম কুমদুনা নৈবনে মীতনা লোত্তাক অসি থল্লে। নিংথৌ অহুমসু থোভুনা কুম্মৈ যেংলক্লে। নুমিৎ অসিদ' চহুই লৈবোং পাম্বনে নুবা সুনুলেম্বীনে শাবী শানৌ অনিসু ঙাবম চামা ফাবা

যেংবা থোবকপদা থেংনদুনা চেংলৌ মশক খণ্ডনরে কোলোয মমিং তাক্লবে। পাথৌ মকপচা অনিগী নাইতোম শাৎপা মপাবি মমোম অনিসে উনবমক্তদা নুংশিনবে, অপাম ঈবাং হৌনবে নুংশি ঈথক লাংনবে।

খুমন মোইবাং চেংলৈ লৈবাক অহুমগী মীযাম্না নুমিৎ চুপ্পা পাংনৈদুনা লেমলৈ ঙা ফাবদা ঙাবম চামা শুবা ঙমদ্রে। মীযাম্না নৈখাযবদা লোক্তাক পাৎসি ঈশিং অমতা উবক্তে লৈনাং ওইনা উবে। ঙাবম চামা শুনা ফাননবা মীযাম্না লেপ্পা লৈতেনা লোক্তাক নৈখাযবকপা হুমনি শুবা নুমিৎকী কোবৌ কোক্তোন ব্রাযবকপা নুমিৎ চপ যুংবা মতমদা চিংঙু নোংদ্রেন পাখংবা শাউদুনা, লোক্তাক ঈবোলনুংদগী পাখংবগী শাইওন পাউবীলাই কৌবা লাইবেল অদু ঈযাইদা তাউখৎলক্নে। লম চামা শাংবা পাউবীলাইনা শাউদুনা মযা কাথোক্তুনা কামলকপদা মীযাম কাযদুনা চেন্নবে। ঈশিংদা কুমদুনা ঙা ফাবিবা মীযাম অদু ফা ফাদুনা চাবা হৌবক্নে। ঙা ফাবা লেপ্লে। ঈশিংদা কুমদুনা ঙা ফাবা মীদা নত্তনা খোঙবান্দা হৈকক্ কম্বোং হেকচবী নুপী অঙাং ফাওবা ফাদুনা চাবা হৌবক্নে। লৈবাক অহুমগী নিংথৌনা মনাই মশন, অকন-অথৌ পুম্নমক থাদোক্তুনা মখুত্তা থাঙ-তা, লোঙ পাযদুনা মাযকৈ মবিদগী পাউবীলাই হাৎলু হাযনা লাউ খোংদুনা হি তোংদুনা কুমলক্লবদা পাউবীলাই শাউবা হেক্সৎলক্নে। মহাক্কী শাংলবা মকোক অদু থাক্সৎতুনা মযা লাউনা কাথোক্তুনা কাম্বদা মচিন্দা মৈনা ফ্রি-ফ্রি হৌবক্নে। মৈবিনা চাভুনা মী কযা শিবে, যুম কযা চাক্নে। শাংলবা মমৈনা ফুবদা লৈবাক থক-থক নিকই, হাইবদা যুম-কৈ কযামসু থুদেক্নে। খুৎলায পাযবা অকন-অথৌ কনা অমত্তনা মনাক্তা চংশিনবা ঙম্নদ্রে। থাং, তা খুৎলায অমত্তনা মাবু শোকহনবা, নাহনবা, চৈনাখোল পীবা ঙমদ্রে। পাউবীলাই হাৎপগী মহুত্তা মী মশীং নাইদনা শিবক্লবদা লৈবাক অহুমগী নিংথৌ ব্রা তানবে। মাগা শীংনবা যাববোই খন্নবদুনা লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী কৌখৎলগা অথেনপোৎ লাংদুনা নিংথৌ অহুমনা মণ্ডত্তা চবৈ ফি যেত্তুনা মখূ লৈদা তাদুনা মখুৎ লোম্নদুনা হাযজবক্নে।

অমাইবনা লাইহল্লোন কামদুনা লাইশোন-তিনশোন শোন্দুনা চিংঙু নতিক চাউবনি খোযুম নশোং কাংবিগনু হাযনা খযোম লাক্লুনা ঈবাৎ থৌনিবদা পাউবীলাই শাউবা ফবদুনা শাংলবা মশাদু খুদুপ অমদা তেনশিল্লগা ঈশিংদা লুপথবগা মকোক থাঙ্গৎতুনা লৈবে। শবিক চোমজাউ পাযবী লৈবাক্কী অমাইবীনা চিংঙু লাইপাউ পীবক্লে । হে নমু তাইবং নিংথৌ ইসুক ইচাবোই ! নখোযনা ঈবাৎ থৌনিদুনা হাযজবসে ঐ পেল্লে । মোইবাংগী থোংজিন্দা উনা খবা চাউনা শাবগা নুমিৎ খুদিংগী চাক শংবাই অমগা মী অমমমগা নুমিৎ যুংবা মতমদা চাকথাক পীযু । নোংমগী ঐগী চাকথাকসি কাযদ্রবদি লোক্তাক্তা মী কুমদুনা ঙা ফাবা যাবগনি । অসুম্না লাইপাউ পীবম্লগা পাউবীলাইদু লোক্তাক ঈযাইদা লুপথখি । চিংঙু লাইপাউ অসি নিংথৌ অহুম তানবে, চিংঙু চাকথাক কাযহনগনুসি, লোইদাম থাবুম অমমম চুপ্পা চাকথাক পুনসি যানবে । অহৌবা থাসি লুব্রাং নিংথৌনা চাকথাক পুবগে হাযবে । নিংথৌনা লৈবাক্কী অঙম-অথৌ কৌখৎলগা তানবদা লুব্রাংগী খুঙ্গং মাপন্দগী যুমথোং খুদিংগী পালি নাইনদূনা নহা-অহল কাযদনা মী অমগা চাক শংবাই অমগা পাউবীলাইগী চাকথাক পীসি লেপ্পবে । লৈবাক নিংথৌগী যাথং অসি লোইশঙ মচা থাদুনা যুমথোং খুদিংদা চৎতুনা পাউ পীবে । পাউবীলাইগী পালি থাবা হৌবে ।

অসুম্না লুব্রাংনা যুমথোং খুদিংগী পালি নাইনা মী অমগা চাক শংবাই অমগা পাউবীলাইগী চাকথাক হুল্লকপসি কোবৌশিংবুম ২৯ নি শুখ্রে । অবোইবা নুমিংকী চাকথাক অসি চহুই লৈবোং পাম্বা মমা মচাদা মখোযগী পালি থোক্লে হাযনা নিংথৌগী মনাইশিংনা নোংমা মাংজৌননা পাউ পীববে । পাউ অসি তাবদা খ্বাই লাংমৈ ইবেম্মা মপাবি চহুই লৈবোংপাম্ববু কৌশিল্লগা পাবি ইকুংঙো নুংশিবা লাইবক চাউবা নহাক্তি পিক্লা পাম্বৌ শেৎনবনা চানিংবা নবুক থন্দা, শেৎনিংবা ননীং থুংদনা লাযবৰী নমানা যোকচবকপগী পাখং শবেপ ফাবকপদা মঙাইবি । নমা ঐদি নপানা মফম নাইবিঙৈদা চানিংবদা চা শেৎনিংবদা শেৎতুনা নুংঙাই যাইফনা পাল্লক্লুনা অহল ওইবক্লবনি ।

শামা পাঙ্গল শোল্লবী, পুন্সি চেংজেল যাম্লকত্রবী নমা ঐদি হযেং পাউবলিাইগী চাকথাক ওইক্নবগে । পাবি নহাক্লা পাগী পাবেপ তাল্লকউ, পুগী পুবেপ যৌবকউ হাযনা মপাবিবু পাওমেল্লে । মমাগী ব্রাদু চহুই লৈবোংপাম্বা যানিংদে । মহাক মশামক পাউবীলাইগী চাকথাক ওইকুগে হাযবক্লে ।

অসুম্না মমা মচা অনিদো ঐ চৎকে ঐ চৎকে ঙাঙনবদা ঈনুং ব্রাইশিল্লক্লে । অব্রাবগী ব্রাখলনা নুংবংনদুনা তুমথখিবদা খ্বাই লাংমৈগী মমংদা লৈখিদ্রবা মশাবী লৈত্রেং ঈশিং চাইবা লাক্তুনা নমা নচানা কবিগী অদুক ব্রাবিবনো, ইতাও কবুই তোম্বদা তাকলুচো মাদি লাইব্রা তিনব্রা খঙবা মাইবনি তাকপিবে । খ্বাই লাংমৈ মিকপ খংথোক থোবক্তুনা মপাবি চহুই লৈবোংপাম্বা হৌদোক্লগা চমং হাওখুনগী খুল্লাকপা কবুই তোম্বগী মযুম তাক্তুনা অহীংদা থাবম্মী । মমাগী যাথং পুবগা চহুই লৈবোংপাম্বনা অহীং তাংলৌ অথেংবদা মীচিক মীবাওখোল তাবক্তবা মতমদা লোইবী চমং হাওখুল তান্না চেন্না-চেন্না লাকই । তু-খোং নাবক শিংলক শম শমদুনা চেল্লকপনা চমং হাওখুল যৌবে, কবুই থেন্দা ফমদুনা নোং ঙানবা ঙাইদুনা লৈবে । মতম অসি চমং হাওখুলদা মাখাযগী লগ্বাং কৌবা লাই অদু হবাওবগী হুমনি চনবা নুমিৎনি । নুমিৎ অসিদা কুবাক লমদাইনবগী হান্না থেংনবা শা খঙদে নমু তাইবং মী খঙদে অফংবা অমা ফাবগা শবেল চন্নবগীদমক্তা অযুক অঙনবদা হাও পাখং মঙানা শা থিবা থোবকপদা ঈশিংখোং মযা কবুই থেন্দা ফমলিবা চহুই লৈবোংপাম্বগা থেংনবে । মখোয মঙানা ফাগদবগী হোৎচিল্লকপদা চহুই লৈবোং পাম্বা মতোমদগা ফুনবে । ঙাহাক ফুনবগা মঙানা হেঞ্জিল্লক্তুনা ফাবে । মখুৎ পুন্দুনা হবাওবুং তান্না পুবক্লে । চহুই লৈবোং পাম্বনা ঈপা কবুই তোম্বা উনবা লাকপনি হাযবদু তাদনা মখোয মঙানা চিংদুনা পুখৎলকপসি শমু লৈমনা মবোই হাও লৈশাবী অনিগা লোযননা ঈশিংখোংদা ঈশিং শোকপা কুম্লকপদা থেংনদুনা হংবদা মতা খ্বাই লাংমৈগী মপাবি চহুই লৈবোংপাম্বনি

খঙলবদা মশাবিনা কবুই তোম্বদা তাকলুবে। কবুই তোম্বনা চেল্লক্ভুনা চহুই লৈবোংপাম্ববু থাদোক্লগা অহীং তাংলৌ অথেংবদা মাগী নাক্তা লাকপগী মবম কবিগীনো হংবিবে। ঙসি নুমিৎ যুংবদা লোক্তাক্কী পাউবীলাইগী চাকথাক পীবদু ইমা-ইচাগী পালি থোক্লে। ইপানা চানবীদুনা ইমা-ইচাগী যাইবী কনবিযু হাযজবকপা মপাবি শক্লবা চহুই লৈবোংপাম্বগী ব্রাদু তাবদা কবুই তোম্বা থিন্দনা থাংজ তবেৎনা শাবা থাং অদু পুবগা শমু লৈমদা তাক্লমলগা মপা-মচা চেল্লক্লে। মখোয অনিনা চেন্না-চেন্না লাকপনা ঙাংখা খুলগী খুঞ্জিন উমং মখোং যৌবকপদা কবুই তোম্বনা লেপতুনা পাবি ইবুংঙো নঙনা হযেং অব্রাবা তাবক্লবা মতমদা মফম অসিদা লেপ্তুনা নমায লোক্তাক্তা ওন্দুনা হা ইমান ঙাবাক পুংদোংবা হাযনা অহুম্লক কৌ। চোথে পুংদা পোকপা লোক্তাক খোংবান্দা চাক্তাবা নপা লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা যোক্লম্বা কাওবেল ষনজাউ অমা লৈবনি। মানা কাবক্ভুনা নহাক্কী অব্রাবা কনবীবগনি, অঙম্বা মতেং পাংবীবগনি।

অসুম্না মচাদা মবম পুম্নমক তাকপিবগা লেপ্তুনা মযুম তান্না চেন্না-চেন্না লাক্লে। অসোমদদি খ্বাই লাংমৈনা নোং হেক ঙানবগা কৈবোয লৈকাযদগী চেং নীকবগা পাউবীলাইগী চাকথাক হুন্নবা চাক শংবাই অমা থোংবা লোইবে। চাকযাম অদু শংবাই অমদা হাপচিল্লগা মপাবি হল্লকপা ঙাইদুনা লৈবে। কোবৌ ব্রাতোন লোম্লক্লবদা নিংথৌগী থৌদা পুবা লোইশঙ মচা অমা লাক্ভুনা মতম ওইবে চৎলসি হাযববে। খ্বাই লাংমৈনা ঙাহাক্তা ঙাইবিখো ইপাবি চহুই লৈবোংপাম্বা লাক্লগনি হন্না-হন্না হাযজববু কোবৌ কোক্তোন লোমলেক্লে, নুমিৎ যুংগদৌবে চৎলসি তকসিনবদগী খাঙবা ঙমদদুনা মোমনু লাইবক চাউবীদো চাক শংবাইদু পুবগা লমলেন লোক্তাক পাংলকপদা মবুং কবুই তোম্বগা মপাবিগা লম্বীদা থেংনবে। চহুই লৈবোংপাম্বনা মমানা পুবকপা চাক শংবাই অদু পুবগা মপা কবুই তোম্বগা লোযননা পাউবিলাইঙ্গী খাবা শাবিবা মফম অদু তান্না লাক্লে। মফম অদু যৌববদা কবুই তোম্বনা মচানা পুবিবা চাক শংবাই অদু লৌথবগা

মাবুসু যুমদা হনখ্রো তাকপিবে। চহুই লৈবোংপাম্বদি যেংনিংদুনা মযুমদা হন্দনা খবা চৎলগা চবোং হাবুং মকমদা লুমদুনা যেংগদবগী লোৎতুনা লৈবে। কবুই তোম্বনা লোক্তাক খোংনুংদা কুমথবগা মপোপ চুম্বা লুরাংতৌ অমা মাগী থাংজ তবেৎতা শাবা থাংনা মখোং থেংনা যাল্লে। লুরাংতৌ অদু লম ওন্দুনা ককলে। থাওদা লাইরা শোল্লগা তৌগী মখোক অদু মাপল খোক্লা খাযদোক্লে, লোংশা মাপল লোংবা লোং শাবে। মচিল মাপল লোংবা লুরাংতৌগী লোং অদু পাযবগা কবুই তোম্বনা চাক শংবাই অদুগা পাউবীলাইগী খাবা তাম্না কুমথবক্লে। খাবা মথক্তা চাক অদু থম্লগা কবুই তোম্বা ঈযাইদা মনঙ্গন ওন্থোক্তুনা খোঙ্গাই চন্দুনা ফমদুনা লৈবে। নুমিৎ যুংলকুবদা মাগী চাকথাক চাগদবগী পাউবীলাইনা লোক্তাক ঈযাইদগী তাউখৎলক্লুনা খাবা তম্না চংশিল্লকপদা কবুই তোম্বনা খাবাদা ফম্লগা চক চাবিবদু উবে। মদু উবদা পাউবীলাইদি শাউবনা মযা কাথোক্লুনা মবৈ তিংথোক্লগা ফ্রি-ফ্রু কাম্লক্লে। মানা শাউবদা মমৈ হাইদ্দা লোক্তাক লৈনাং তাবে। ঈশিং মনুংদা ঙা মযাম লৈবা ঙমদদুনা তাউখৎলে। পাউবীলাইনা মযা লাউনা কাথোক্লুনা কবুই তোম্ববু যোৎকদবগী ঙংদুনা পাইশিল্লকপদু উবদা তোম্বনা মনাক্তা থম্লিবা মচিন মাপল লোংবা লুরাংতৌগী লোংজিন্দা লাইরা শোনবদা লোংশা মাপলগী মচিন্দা মৈবি 'ফ্রু-ফ্রি কাম্লক্লে। লোংজিন অদু মৈনা পুমঙাং ঙাঙলে। পাউবীলাইনা শাউদুনা মযা লাউনা কাথোক্লগা যোৎকদবগী চোংশিল্লকপদা কবুই তোম্বনা মগী লোংনা পাউবীলাইগী কশমদা থিল্লে। মৈচাক ফংবদা চৈনাখোল ফাওববদা পাউবীলাই মমায ওন্দুনা চেল্লে।

মৈগী মৈশানা মশা পুম্নমক চাকথেক্লুনা লোক্তাক ঈবোলনুংদা লৈবা ঙমদদুনা কংফান্দা কাখৎলগা ওন থোইনা খোং শাউদুনা চৈনাখোল খাংলম্লগা পাউবীলাই খুদক্তা শিবে। কবুই তোম্বনা মখুত্তা পাযখিবা থাং অদুনা মতুপ তবেৎ থোক্লা কক্লে। ঈনা ঈখোং ওইনা চেল্লে। পাউবীলাই শিবগী পাউ তাবদা নুংঙাইদুনা লৈবাক অহমগী মীযাম পুম্নমক থোবক্লুনা

য়েংনবে, নিংথৌ অহুমসু থোবক্নে। অশিবা লাই অসি থম্লবদি কিনবগনি খন্দুনা লৈবাক মীয়াম্না মোইবাং খোংজিন তুবেন্দা ইন্থদুনা থাঙ্গ চীংলম্ভা পুবগা খোঁদাক তাদুনা পুমলেন পাংতা তাদুনা পুমখি। লুব্রাং নিংথৌ থাংতেক সুকাইবা পেল্লদুনা কবুই তোম্বদা ইপুনা পাম্বা তাকপিয়ু। ইপুগী নপালদগী লৈবাক মীয়াম হিংলিবনি হায়বক্লবদা কবুই তোম্বনা মখুৎ লোম্নবগা ননাই নপুনা পামজবদি ইতাউ লৈত্রেং ঈশিং চাইবগী মপাবি চহুই লৈবোংপাম্বসি মপানা ওইবম্বা ফমদা হাপ্লিয়ু হায়জখি। নিংথৌনা চহুই লৈবোংপাম্ববু খুদম্ভা লুব্রাংগী ফম্লাইবা হাপ্লিবে। হযেং মতিক মপা চাবগা পাগী পাবেপ যৌহনগে তাকপিবে। অসিদগী কবুই তোম্বা মথব্রায় নুংঙাইনা ময়ুমদা হনখি। চহুই লৈবোংপাম্বগা লৈমা সুনুলেম্বীগা নুবা পাখং অনিনা নুংশিনবগী পাউসি তাবদা পলেম মমা খ্বাই লাংমৈনা চঙুনা সুনুলেম্বীগী মমাদা মচানুপী পীয়ু হায়বক্নে। মপা হাঙজগী নুংশিনবক্লবা তবা চাকলুক অমত্তদা চামিন্নবক্লবা অথৌবা অনিগী মচা অনিদো থাজনবে অফবা নুমিৎ থা যেংলগা তাউজিং হৈজিং কাদুনা লুহোংসি য়ানবে।

নোংমা লুব্রাং নিংথৌ থাংতেক সুক্রাইবনা মনাই মশলগা লোযননা যাবৌ শাদানবা চৎপদা লৈমা সুনুলেম্বীনা লাইজ ঈপাল লাংগদবগী মখুত্তা পুন অমা পায়বগা তুবেন্দা কুমলকপদা মশক মতৌ চংখোনবী নুবাগী মাযথোং থম্বালদু উকবদা মপুগী পায়মা খোযদাখ্রবোই পালেম পাম্থৌ কনাগী মমোম্নো হংলক্নে। কোবৌ নোঙ্গাখ্রবা নোংয়াই লৈচ্রেং অবাবগী অমত্তা পোকপী মমোম্রি কোলোয় মিংলেন্না সুনুলেম্বী কৌই নহা ওইনা ফম্লাইবা চহুই লৈবোংপাম্বদা তাউজিং হৈজিং কাদুনা থাজখ্রে হায়বা মনাইশিংগী ৱাদু তাবদা নিংথৌ পুক্রিং খোয়বাংলে। নুমিৎ অদু য়াওবৌ শা অমত্তা ফাদনা হল্লক্নে। নিংথৌনা তবেৎ তবা ৱাখল তৌবগা চহুই লৈবোংপাম্ববু খাবম হাওখুলদা লোইপোৎ থৌবা থাগে, হাওয়াম্না হাৎতুনা চহুই লৈবোংপাম্বনা য়াইবী থব্রায় থাখ্রগা লৈমা সুনুলেম্বীবু

তালোয়শিংদা চনগে পায়মা নুংদা চপ য়ুংনা লেপখ্রে । খাবম হাওখুল হায়বসি অকন-অথৌ য়াম্না লৈবা শাথিবা হাওখুলনি । লৈত্রেং ঈশিং চাইববু কিবদগী চহী খুদিংগী লুব্রাং নিংথৌদা লোইপোৎ কাবম্বনি । লৈত্রেং ঈশিং চাইবা নোংযাই লৈচ্রুং অবাবা অঙম্বা অনিনা লৈখিদবা নুমিত্তগী লোইপোৎ কাবভ্রবা হাওখুলনি । নিংথৌসু কিবনা লোইপোৎ থৌবা চৎপা ঙমদদুনা লৈবিবনি । লুব্রাংগী অঙম-অথৌ কনাগুম্ববু নিংথৌনা ব্রায়েল চৈবাক পীগে খল্লবদি য়াইবী লৌবগী মহুত্তা খবাম হাওখুলদা লোইপোৎ থৌবা থাবম্মী । খারম হাওখুলদা লোইপোৎ থৌবা চৎখিবা অঙম অথৌ কনা অমত্তা মথ্থায় হিংনা হল্লক্তে । অসিগুম্বা লৈবাক নিংথৌগী অকনবা চৈবাক অসি মবাল লৈজদ্রবা নহা ওইনা ফম্লাইবিবা চহুই লৈবোংপাম্বদা পীবিবসি নিংথৌনা লৈমা সুনুলেম্বীবু পাম্বদগীনি । মপাবি চহুই লৈবোংপাম্বনা খাবম হাওখুন্দা লোইপোৎ থৌবা চৎকনি পাউসি তাবদা পলেম মমা খ্বাই লাংমৈদো মপাবিবু কোন্দুনা কপ্লক্লে । চিংঙু খোয়ুম নোংদম্বা অমত্তা পোকচবা ঈপাবিগী লাইবক্তা ওয়্বোক্লা থীনা তম্বিখ্রেদকো হায়না ঙাহাক কপলুবগা নিংথৌগী সনা যাথংবু কিবদগী মপাবিনা চানবা তবা চয়োম য়োম্বিবে । পলেম মমাগা পুকমেন পাউমেম্নবগা চহুই লৈবোং পাম্বা লুব্রাংগী খোংমী লানমী তমবা নুপা ৫০ পুদুনা খাবম হাওখুন্দা লোইপোৎ থৌবা চৎখি।

নোংমগী লম্বী চৎলগা খাবম হাওখুল য়ৌবে । খাবমগী পাম্থোংদা লেপ্তুনা খাবমগী খুল্লাকপা থোবকউ লোইপোৎ থৌবা লাকই হাযবা তাবদা মবোই হাওদা পাও পীবা চৎখ্রে । লুব্রাং নিংথৌনা মনাই মশল থাবভুনা লোইপোৎ থৌবা লাকপগী পাউসে তাবদা খাবম খুল্লাকপা শাউদুনা হাওবুং য়ৈদুনা মবোই হাওয়াম খোমুগা হুয়েল লানগীদমক্তা শেম শাদুনা লৈখ্রে । পাউ অসি চমং খুলগী খুল্লাকপী কবুই তোম্বগী তালোয় শমুলৈমনা তমদা পোৎ-চৈ লৈবা কুমলপদা তাবে । মানা থুনা য়াংনা মোইবাং তাম্না চেনখিদুনা মতা খ্বাই লাংমৈদা তম্মুবে । ইতা ইবেম্মা

নপাবি চহুই লৈবোংপাম্বদি খাবম হাওয়ামগা হুয়েল লাম্ব্রেংনগদবগী শেম শাদুনা লৈহৌরে। খারম হাওয়ামগী মখুত্তা নপাবি শোয়দনা য়াইবী থব্বায় থাবা তাবে। লাউ ইতা ইবেম্মা ঐগী ইতুং ইল্লকউ, নপাবিগী য়াইবী থব্বায় কনবা ঙন্না যেঙুসি হায়না মখোয় অনিনা চেল্লন্তুনা ঙাংখা খুঙ্গিলগী উয়ুং মখোং যৌবক্লে। শমুলৈমনা মতা খ্বাই লাংমৈদা নশাবী লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা লোইবম্বা লোক্তাক খোংবান্দা চাক্তাবা ঙাবাক পুংদোংবা-কৌবা কাওবেন ষনজাউ অদু কৌখৎলগা নপাবিগী যাইবী থব্বায কন্নবা পাসি তাকাপিবে। শমুলৈমনা তাকপিবা মতুংইন্না খ্বাই লাংম্মৈনা মমায লোক্তাক পাত্তা ওন্দুনা "হা ঈমান ঙাবাক পুংদোংবা হায়না অহুম্নক কৌবদা মচুম তাববা লাইওইববা ষনজাউ অদু চেল্লক্লে। খ্বাই লাংমৈনা মকোক খুমদুনা ষন অদুদা খুকম্নগা খাবম হাওখুলদা লোইপোৎ থৌবা চৎখিবা নতাও লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা পোক্লম্বা ইপাবি চহুই লৈবোংপাম্বগী যাইবী থব্বায কনবিক হাযজবক্লে। তাইবং মীবোল খৎলবা কাওবেল অদুনা মমৈ থেকৎতুনা খাবম হাওখুল তাম্না চেনখি। অসোমদা খাবম হাওয়ামনা মখুৎতা থাং-তা চোঙ পাযদুনা কুম্নথবক্লগা চাহুই লৈবোংপাম্ববু পলোন শানা কোযশিনখ্রে। খবাম খুল্লাকপনা থোবক্তুনা চহুই লৈবোংপাম্বগী তাংজ লুবেন কক্লগা পীযু হাযবক্লবদা মবোই হাওযাম্না হাৎকদবগী খুৎলাই পায়দুনা মাযখৈ মবিদগী তকশিল্লক্লবদা চহুই লৈবোংপাম্বা চেনফম তৌফম খঙদদুনা চপ লেপ্তুনা লৈবিঙৈদা ঙাবাক পুংদোংবা কৌবা কাওবেল অদুনা খোং লাউদুনা চেল্লক্লগা খাবম হাওয়াম পুম্নমক তানখাযবে। হাওয়াম কীদুনা চেনখ্রে। চহুই লৈবোংপাম্বনা লুব্বাংগী তমবা ৫০ গা লোয়ননা হুল্লক্লে। মপা ঙাবাক পুংদোংবসু লোক্তাক পাংখ্রে। খাবম হাওখুন্দা লোইপোৎ থৌবা থাখিবা চহুই লৈবোংপাম্বদি হাওয়াম্না হাৎতুনা য়াইবী থব্বায় থাবম্নগনি খন্দুনা লুব্বাং নিংথৌনা লৈমা সুনুলেম্বী লৌকনবা মনাই মশল থাবক্লে। পাউ অসি তাবদা লৈমা সুনুলেম্বীদি মযুমদা লৈবা য়াদদুনা তাইবং কনা অমত্তা

খংহন্দনা মশাবী চহুই লৈবোংপাম্বগী ময়ুমদা লোয়া চেল্লকুনা লোংলবে। লৈমা সুনুলেম্বী লৈতবগী পার্ডসি তাবদা নিংথৌ পুক্লিং খোয়শাডবে অহীং তাংলৌ অথেংবদা মনাই মশল মযাম থাদুনা খুঙ্গং লৈকায় শিনবা থুংনা চাইথোক্তুনা লৈমা সুনুলেম্বীবু থিবা অহীং অসিদা চহুই লৈবোংপাম্বা ময়ুমদা থুংলবে। পার্ডসি তাবদা চহুই লৈবোংপাম্বনা মশানৌ পুবগা কবুই তোম্বনা তাকপা মফম ঙাংখ খুলগী খুঞ্জিন উয়ুং মখোংদা লোংতুনা লৈবে। মনাই অমনা নিংথৌদা চহুই লৈবোংপাম্বগা লৈমা সুনুলেম্বীগা অনিনা লোংতুনা লৈবিবা মফম অদু তাকলুবে। নিংথৌনা মনাই অকনবা তমবা নুপা মঙাগা লোয়ননা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা ঙাংখা খুঞ্জিন লমলেন উয়ুং মখোং তাম্না লাক্লে। নিংথৌনা মনাইশিংগা লোযননা লাকপদু উবদা চহুই লৈবোংপাম্বনা লোক্তাক পাংতা ওন্দুনা 'হা ইমান ঙাবাক পুংদোংবা হাযনা অহুমলক কৌবদা লোক্তাক খোংবান্দা চাক্তাদুনা লৈবিবা কাওবেল ষনজাউ অদু চেল্লক্লে। চহুই লৈবোংপাম্বনা খুকম্লগা নপাবিগী যাইবী কনবিয়ু হায়জবক্লবদা ষন্না চেনশিন্দুনা লুব্রাং নিংথৌ থাংতেক সুক্লাইবু মবুক্তা মচিনা লেংদুনা হাংলে। নিংথৌ শিববদা চহুই লৈবোংপাম্বা লৈমা সুনুলেম্বী শাবি শানৌ অনিদো য়েক্লা তিংখং লৈতনা নুংঙাই যাইবী মবাং কাযনা পানখি।

---------------

# থাঙ্গা কারাং চীং

তখেল (ত্রিপুরা) কৌবা লৈবাক্তা শুবন কৌবা নিপা অমা লৈবম্মী। লায়ববদা মাগুম্না লায়ববা লৈতদুনা মমিং চংলি। তখেল লৈবাক্তা শুবন লায়ববা হায়বদা খংদবা লৈত্রে। নিংথৌ ফাওবা খঙনবে। মাগী নুপী লৈতে, মচা লৈতে। ফক্লাং খাদবা য়ুম অমদা মথন্নতা লৈবম্মী। নোংমা মানা অথেংবদা হঞ্জিল্লকপদা ইমুংদা লাইফদিবী লাইবেম্বীনা ফজববী নুপি অমা ওইদুনা লৈবম্মী। শুবন্না হংঙি- "নঙ কনানো ?" লাইফদিবী লাইবেম্বী হায়বদু ঐনি খুম্মি। শুবন্না মমাংঙৈদা অহল-লমনশিংনা লিবিখিবা রাবী অদু নিঙশিংলক্তুনা লাইফদিবিনা ইল্লিবা ইন্নফি অদু মুল্লগা লোংতুনা থমগ্রে। মফি যাওদনা চংপা যাদবা ওইবদগী অদুম মাগী নুপী ওইনা লৈমিন্নবে। মতম খবগী তুংদা মচানুপা অমা পোক্লে। মচা অদু লেপ্পা কোযনা চেল্লে। অদুদা নোংমদি শুবন যেংদুনা হায ঐসে চেল্লবোই ঐগী ফি পিবো তকই। মচাসু লৈবে চেল্লবোইদগুম্না খন্দুনা ফি অদু পিবে। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা চেনখ্রে। শুবন লায়ববা গতি লৈতবনা অদুম লৈবে। খবগী তুংদা নোংমদি মানা চংথোকখ্রিঙৈদা লাক্তুনা মচাবু অমৃত পিথকই অদুগা মচাদা রাবি তাকই। মতম অসিদা শুবন মমা মচা ঙাংনবসি মপান্দা তাই। লাইফদিবিনা হায নঙগী পাবুংদা তম্মু হয়েংদগী ইমাদি লাক্লবোই। নপাবু অয়ুক অঙনবদা মাঙদা চেল্লিবা তুবেন্দা লাকউ হায়য়ু। ইমানা চিবোং নাইনা পানবা হি ওইদুনা তুবেন্দা তাওবমগনি। চিবোং ময়াইদা খুদুপ অমা শাংবা থাং অমা য়ানগনি, থাং

*অদু নপাবুংবু লৌ হায়য়ু । লৌবগা পুজা তৌ । অচা অথক পিগনি,* য়াইনি । নিঙবা পুন্নমক পিগনি হায়য়ু । হায়বিবা ব্রা অসি শুবন লায়ববনা মপান্দা লৈদুনা তাই । শুবন লায়ববনা ইবেম্মা নঙ চৎখ্রনু হায়দুনা চংঙুবদা মাবু উবদা মাংখ্রে । মথবাই নুংঙাইতনা অহিং লৈবে, নোং ঙানবদা তুবেলদা চৎলুবদা হিদু তাউদুনা লৈবমদুনা চিবোংদগী থাং অদুহেক্তা লৌবদা হি মাংখ্রে, থাংদু পুদুনা লাক্লে । মানা পুজা তৌদুনা নীবদা নিবিবর্মখে থোকই । ইনাক খুল্লে মমিং চৎলে । নিংথৌ অদুনা মাবু কৌখৎলে, মবম হংবদা শুবন্না লোইনা চিংথদনা তম্মী । নিংথৌনা নঙগী থাং যাইওইবা অমা লৈ হাযবা তাদুনা নঙবু এনা কৌবনি । নপা নচাগী পুন্সি লোম্বা এনা থাক্কনি, থাং পিয়ু । নিংথৌ কিবদগী ফবে হাযদুনা থাং কৎলে । তখেল নিংথৌনা সভা মযাইদা থাং পুজা তৌদুনা নিবে অনিংবা, পোৎ পী, সভা ঙক্লে । থাং থমখ্রে অদুগা মান্নবা থাং অমা শুবন্দা পিখ্রে । অদুগী নোংমা লৈবগা থাং অসি মণিপুব তম্না পাইবক্লে । চীংজাউ কয়া লাল্লক্তুনা লোক্তাক্তা তাববে । পাৎয়াই অসিদা উকক লৈদুনা চৎলি থাং নাক-যেৎ তুংদা খুদুপ য়াংখৈগী লমসি কোঙ্গোলনা চীংগুম্মী । থাং অসিনা মনিং তম্না শানবকপদা থাঙ্গবাকপগী সোবাকদা চংঙে । লুদা চংলবদি মযাই চম্বা তাবদুনা লুচিনখোঙ্কী লুবৈ হাইদৎতুনা লুখা ফাক্না থনম্লগা থোবক্লে । অদুদগী হৌদুনা সোবাকনা লুখা ফাক্লবিবা অসিনি । অদুদগী পাৎযাইদা লৈবা অতাওচিংদা কাখ্রে । থাংনা কাদুনা লৈখিবদগী অতাওবা চীং অসি মফম লেংখিদ্রে অমসুং তাওদুনা কৌইনা চৎলম্বা তোকখ্রে । মমিং থাঙকচীং কৌখি । হৌজিক লোম্না তৈনবক্তুনা থাঙ্গচীং হাযনা খঙনবি ।

খুমনদগী থবান কৌবা লায়ববা নুপা অমা লৈবম্মী । যাম্না লাযববদগী মমিং চৎলে । মাবু থবান লাযববা হাযনা খঙনৈ । মাবু পোকপা মপানা (অতাওচীং) থাঙ্গচীংসে মাগী ইঙখোল অমসুং মবলনাই চীং ওইনা থম্মি । মীওইবগী মপোকসি অমব নম্ভবনীনা শিবে মপা

শিববদা উপাই লৈত্রদুনা য়োল্লে। মতম অসি মোইবাং লৈবাক্কী নিংথৌদি কাবা কৌই। কাবা নিংথৌনা চীং অসি লৈবে। কাবা নিংথৌনা তা অমগা থাং অমগা ফৌ শংবাই অমগা ষনবী অমগা ঙাকং শবেং অমগা হাযবিবা পোৎশক অসিনা মমল ওইদুনা খুমন্দগী মোইবাংনা লৈবে। কাবা নিংথৌনা লৌবদগী কা শাবদা লৌদুনা কবাংচীং কৌখি। হৌজিক মাবু থাঙ্গা কাবাংচীং কৌনবি। লমদি খুমনগীনি চীংদি মোইবাংগীনি।

-------------

# শেংলবা একাদশীগী হৌরকফম

হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা একাদশীগী বাফম অসি ধর্ম্মগী ওইবা লাইবিকশিংদা কয়া উবা ফংদে। অদু ওইববসু হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা একাদশী হায়বা অসিদি য়াম্না মক ওইবা থবক অমনি। মবম অসিনা হৌজিক ঐখোয়না একাদশীগী হৌবকফমগী অময়সুং ওইবকপগী মতাংদা খবা যেংশিন্নসি। নোংমা অর্জুন্না শ্রী কৃষ্ণগী মফমদা অসুম্না বাহং অমা হংখি, বাহং অদুদি অসিনি 'হে কৃষ্ণা ননাই ঐহাক্না খঙজনিংবদি মতৌ কবম্না একাদশী হাযবা অসি ওইথ্রিবনো অদুগা একাদশীবু ব্রত তৌবগা মদুগী ফলনচিংবা কবম্না ফংবনো হায়বগী মবম খুদিংমক ননাই ওইবা ঐঙোন্দা চিংথবা লৈতনা শুগাযনা তাকপীয়ু।' মতম অদুদা ভগবান শ্রী কৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা চিংথবা লৈতনা একাদশীগী হৌবকপগী বাবিবু শুগাইনা তাকপীবম্মী। হে অর্জুন সত্যযুগ্তা 'মুব' হায়না কৌবা তমখিববা হিংচাবা অমা লৈবম্মী। মুবগী মপাঙ্গল কনবা, তৌবা ঙম্বা অদুদা লাই পুম্নমক থক-থক নিক্না কিনবম্মী। হায়বিবা হিংচাবা অসিনা ইন্দ্রদেববু জয় তৌদুনা লাইয়ামশিং অসিবু মাগী মখা পোলহল্লম্মী। ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামশিংনা মুব কৌবা হিংচাবনা ওংনৈবা অদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা অশিবা লৈবাক্তা লৈদুনা শিবা মহাদেববু নিঙজবম্মী। লাইযাম্না অসুম্না হায়জবম্মী 'হে মহাদেবা প্রভু নহাক্না অমুক্তং থৌজানবীদুনা ঐখোয়গী অবাবসি অমুক্তা কোকপীয়ু।' মতম অদুদা ইকুংঙো মহাদেবনা ইন্দ্রদেবদা হায়বিবম্মী। 'হে দেবেন্দ্র নহাক্ন অবাবশিং অদুদগী কোক্নবগীদমক ভগবান শ্রী বিষ্ণুগী মফমদা

চৎলু ।' অদুগী মতুংদা ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম্না ক্ষীব সাগবদা চেপ্পুনা লৈবিবা শ্রী বিষ্ণুগী মফমদা চৎলম্মী । অমসুং খুকমদুনা হায়জবম্মী । হে লাইশিংগী দেবতা ঐখোয়না ইবুঙো নহাক্কী নফমদা হন্না-হন্না খুকমজদুনা হায়জবি । হে মধুসুদন, হে হিংচাববু মাংহনবীবিবা হে জগৎকী মবুংঙো, হিংচাবশিংগী ওৎনৈবা খাঙবা ঙমদ্রবা ঐখোয়না নহাক্কী নখুয়াদা চঙজবী । মবম অদুনা হে দযাগী সমুদ্রগী মশক ওইবিবা ইবুংঙো নঙনা জগৎপু শেম্বীবনি অদুগা জগৎকী ফত্তববু মাঙহনবনি । শেম্বীবসু নহাক্নি । থোবকপসু নঙোন্দগীনি, চঙজফমসু নঙোন্দনি । ব্রহ্মসু নঙনি, নহাক্তি মফম খুদিংমক্তা পোৎ খুদিংমক্তা লৈবনি । নঙদি খঙদা উদবা লৈতবনি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিযা, লৈবাক, নুমিৎ, থা, মন্ত্র-যন্ত্র পুম্নমক নঙনি । ঐখোয়বু হিংচাবশিংনা স্বর্গদগী তাম্থোকপিদুনা মতম অসিদা ঐখোয অশি লৈবাক্তা লৈজবে । হে তোল্লবগী মরুপ ননাই ঐখোয অৱাবা অসিদগী অমুক্তদি কনবীয়ুগবা ।

মতম অদুদা শ্রী বিষ্ণু ভগৱান্না হাযবম্মী হে দেবতাশিং নখোযবু অৱাবা পীবিবা হিংচাবা অদু কনানো ? মহাক কদাযদা লৈবগে ? অকিবা পুম্নমক থাদোক্তুনা অচুম-অচুম্বা মবমশিং অদু হাযযু । মতম অদুদা ইন্দ্রদেবনা হায- "হে মধুসুদন ব্রহ্মা শাগৈদা নাবি জংগ হাযনা কৌবা হিংচাবা অমা পোকখি । মহাক্না মুব হাযনা হিংচাবা অমা পোকই । মহাক্নি হৌজিক ঐখোযবু ওৎলিবসি । অদুগা মহাক্তি চন্দ্রবতি কৌবা খুঙ্গংদা লৈ । মহাক্কী মপাম্বোম পাঙ্গলনা সংসাবগী অযাম্বা শরুক জয তৌবে । মহাক মশামক জগৎকী মপুনি হাযনা লৈখ্রে । নুমিৎ থা, যম, ইন্দ্র নুংশিৎনচিংবা পুম্নমক্কী মফম মুন্দুনা মাগী ওইবে । হে থৌজালগী মবুংঙো নহাক্না মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবা অদুবু হাৎলগা ঐখোযগী অৱাবসি কোকহনবীয়ু ।" দেবতাশিংগী হাযজবদুদা শ্রী বিষ্ণুনা হায- "হে দেবতাশিং নখোয পুম্নমক চন্দ্রবতিগী নগাবদা চৎলগা হিংচাবা অদুগা লান শোক্লৌ, ঐসু মফম অদুদা থুনা লাক্কে ।" শ্রী বিষ্ণুগী যাথং ফংলদুনা লাইয়াম পুম্নমক

চন্দ্রবতী কৌবা নগবদা খুঙ্গংদা লাক্লগা হিংচাবগা লান শোক্লবম্মী। অদুবু লানফমদুদা লাইয়ামশিং অদু মিকুপ অমত্তা খাণ্ডবা ঙমলমদে। মতম অদুমক্তদা বিষ্ণুসু মফম অদুদা লাইযামগী মতেং পাংবা লাক্লম্মী। অমুক হন্না ভগৱান বিষ্ণুগা হিংচাবা অদুগা লান শোক্লবম্মী। মতম অদুদা হিংচাবা মশিং লাকঙমদনা খুৎচু খুৎলাই পাযদুনা লানফম অদুদা চোংথোক্লম্মী। অযাম্বা হিংচাবা শ্রী বিষ্ণুগী মখুত্তা তুম্না শিখি। মমৈথংদা মুব কৌবা হিংচাবগী মপাঙ্গলনা কনমনখিবনা খুৎলাইনা কান্নবকত্রবা অদুদা মখোয অনি মলযুধ তৌনবম্মী।

মতৌ অসুম্না ভগৱান বিষ্ণুনা লাইযামগী অৱাবা কোক্লবগীদমক্তা চহী লিশিং কযা হিংচাবা অদুগা লান শোক্লবম্মী। অদুবু হিংচাবা অদুবু হাৎপা শুকঙম ঙম্নমদে। মমৈথংদা ভগৱান বিষ্ণুনা পুক্রিং ফাথবগা হিমাবতী কৌবা গুফাদা বদ্রিকাশ্রমদা চৎলম্মী। ভগৱান বিষ্ণুনা গুফা অদুদা হিপ্লম্মী। মতম অদুদা মুব হিংচাবসু বিষ্ণু হাৎননবা মতুংদা ইম্নবম্মী। বিষ্ণুনা তুমদুনা লৈবা অদু মুব হিংচাবনা হেক উবদা খল্লম্মী ঙসিদি পুন্সি অসিমগী য়েক্ল তিংখং লৈতনা যেক্লবা অসিবু হাৎলগা ঐ নুংঙাইনা পাম্লগদবনি হায়না খল্লম্মী। হাযবিবা মতম অদুদা হে অর্জুন ঐনা মুব কৌবা হিংচাববু হাৎননবা তৌখদা ঐগী হকচাংদগী নুপী অমা চোংথোক্ল-ক্তুন। হিংচাবা অদুগা মাগা অকনবা লান শোক্লবম্মী।

মতৌ অসুম্না নুপী অদুনা লান শোক্লবদা হিংচাবা অদুগী খুৎচু খুৎলাই অমদি দোলাইনচিংবা লোইনা য়ানখায়দুনা মাঙহল্লম্মী। অদুগী মতুংদা মুব হিংচাবনা শাওবদুনা নুপী অদুগা মল্লযুধ তৌবম্মী। অবোইবদা নুপী অদুনা লৈমাইথক্তা লংথবম্মী। মতম অদুদা মুব হিংচাবদু ব্রাম্ভদুনা তাবম্মী। খুদক অদুদা নুপী অদুনা হিংচাবা অদুগী মঙক কক্লম্মী। মুব হেক শিবা অদুদা হিংচাবা পুম্নমক পাতালদা চেল্লম্মী। শ্রী বিষ্ণু ভগৱান্না তুম্নম্বদগী হেক হৌগৎলকপা মতমদদি হিংচাবা অদুনা শিদুনা লৈবম্বা অদু উবম্মী। মদুবু উবগা কনানা হাৎলিবনো খন্দুনা ঙক্লম্মী। মতম অদুদা

নুপী অদুনা মখুৎ লোম্নবগা হায়জবম্মী- "হে ভগবান হিংচাবা অসিনা ইবুংঙোবু হাৎকে তৌবা অদুদা ঐনা ইবুংঙোগী হকচাংদগী চোথোক্লগা মুব কৌবা হিংচাবা অসিবু হাৎচবনি।" পেলদুনা বিষ্ণু ভগবান্না নুপী অদুদা নঙনা অপাম্বা বব নিননবা হায়বম্মী। মতম অদুদা নুপী অদুনা হায়বম্মী- "হে প্রভু ননাইবু বব ফংজৌ হায়ববদি ঐগী ব্রত তৌববদি ব্রত তৌবিবা মী অদু পাপ পুন্নমক কোকুনা স্বর্গ ফংবা ওইসনু। অদুগা ঐগী ব্রতগী ফল তংখাই অমনা নেংমদা চবা অমা চাবা মীদুনা ফংসনু অদুগা ফল তংখায় অমনা নুমিদাং চবা হেনবা মীওইদুনা ফংহনবীয়ু অসিগুম্বা মীওইশিং অদুনা হিংলিঙেগী মতমদা লল থুম য়াম্না মবাং কায়না লৈজদুনা নুংঙাই যাইফনা পানজবগা অবোইবা মতমদা নহাক্কী ননাক্তা লৈজবা পীনবীয়ু।"

অসিগুম্বা বব অসি পীনবীয়ু হায়না নুপী অদুনা নিবম্মী। নুপী অদুগী বাসি তাবগা ভগবান বিষ্ণুনা অসুম্না হায়বম্মী- "হে ইবেম্মা নহাক্ন ঙসি একাদশী নুমিত্র পোক্লে, মবম অসিনা নহাক্কী নমিংবু ঙসিদগী হৌনা একাদশী হায়না থোল্লবনি। অদুগা একাদশী নুমিত্র ব্রত কৎলবা মী অদু শোযদনা পাপ কোকপা ওইসনু অদুগা অবোইবা পুন্সিদা ঐবু ফংজদুনা ঐগী লৈফমদা লৈবা ফংজসনু। অদুগা নহাকসি ঙসিদগী হৌনা অফবা ফল পীবা নুমিৎ পুন্নমক্তগীসু থোইনা হেন্না নঙগী ব্রত কৎপনা হেন্না ফল লৈবা ওইসনু।" হায়বিবা বব অসিবু পীবম্লগা বিষ্ণু ভগবানসু মাঙখ্রে, অদুগা নুপী অদুসু মাঙখ্রে। মবম অসিনা হে অর্জুন একাদশী চবা হেনবনা তীর্থ মযাম কোযবদগী হেন্না ফল লৈ হায়বিবনি। একাদশী ব্রত তৌববা মীওইশিং অদু যেক্লবনা খুদুম চনবা ঙমদে। শিথবকপগী একাদশী ব্রত তৌবগা ববী অসি তাজববা মী অদু বিষ্ণু-লোক্তা লৈদুনা চহী কল্প কযামকম পূজা তৌবগী ফল ফংজে। ববী অসিতা তাজবদা শকক মবি থোকপগী শকক অমা একাদশী ব্রতগী ফল ফংজে। অদুগা মী হাৎপগী পাপসু কোকপা ফংজে। মবম অসিনা একাদশী ব্রত তৌবা অসি অবায়বা অমদি নত্তে। যাম্না চেকশিন্না তৌগদবনি। মসি একাদশীগী তেন্নখ্না হৌবকপগী ববীনি।

---------------

# হোলী 'য়াওশংগী কুম্ঘে'

---

১- হিন্দু ধর্মগী কুম্হৈশিংগী মনুংদা যাওশংগী কুম্হৈ অসিনা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা অমসুং য়াম্না ফজবা মতিক মগুন লৈবা কুম্হৈ অমনি। হায়বিবা কুম্হৈ অসি হিন্দু ধর্মবু চৎপা মীওই খুদিংনা অহল নহা অঙাং খাঙনা পাখঙ নৈশাবী খদিংমক্তা যাওশংগী কুম্হৈ অসিদা শক্ক যাবা যাম্না মক ওইবা হিন্দুশিংগী কুম্হৈ অমনি। হিন্দু ধর্মদা লৈবা জাৎ তোঙান-তোঙানবদা লৈবিবা মীওই খুদিংমক্তা মশা মশাগী জাতিগী চৎনবী নিতি নিয়মগী মতুংইন্না মশা মশাগী মথৈবাক্তা চান-চানবগী মতুংইন্না যাওশং কুম্হৈ অসিবু পাঙথোকই। হায়বিবা কুম্হৈ অসি পাঙথোকপগী মতমদি যাম্না নুংঙাইবা মতম হায়বদি বসন্ত ঋতু চংলকপা লমদা থাগী মনুংদা পাঙথোকপা কুম্হৈনি। লৌউবা অমসুং শিল্পী কয়ামকমসু মহৈ মবোংনচিংবা লোকপা লোইশিনবা অমসুং চানা-থক্লবা খুদিংমক অবৈবা মীনসু লৈতবা মীশিংনসু মশা মশাগী অবৈবা মখৈ খোমজিন্দুনা পৈশিল্লবগী মতুংদা হায়বিবা যাওশং কুম্হৈ অসি পাঙথোকই। মবম অসিনা যাওশংগী কুম্হৈ অসি পাঙথোকপা মতমদা লাইববা অমসুং ইনাকখুনবা হায়বা অসিনচিংবসু কয়া খঙবা ঙম্বা লৈতে। কনানা লাইববনো কনানা ইনাকখুনবনো কনামতনা তাকপা ঙমদে মবমদি মখোই লোইনা যাওশংগী হবাও কুম্হৈ অদুদা চপ মান্ননা শক্ক যামিম্লে। হায়বিবা য়াওশংগী কুম্হৈ অসি লাক্কদবা থা ২/ ৩ ৱাৎলিঙৈদগী হৌনা অয়াম্বা হিন্দুগী ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্তা যাওশংগী কুম্হৈগীদমক্তা থৌবাং তৌনববা যাম্না মতিক

মগুন চাউবা কুম্মৈ অমনি অদুগা কনাগুম্বা অতোপ্পা অবাপ্পা লৈবাক্তা চৎখিবা ওইববসু, অতোপ্পা লমদা থবক শুবা চৎখিবা ওইববসু, সিফাই খনখিবা ওইববসু, অবাপ-অবাপ্পা লৈবাকশিংদা চৎখিবা ওইববসু অযাম্বা যাওশংগী কুম্মৈগী মতম অসিদা মশা-মশানা মাগী-মাগী মবৈবাক্তা মশা-মশাগীময়ুমদা পুন্না য়াওশং কুম্মৈ য়াওননবা মাঙজৌননা লাক্লবা ঙাক্তনি।

মতৌ অসুম তৌনা হিন্দু ধর্মগী মীওইশিংনা যাওশংগী কুম্মৈ অসিবু পাঙথোকপনি। অদুগা হিন্দু লৈবাক হায়না খঙনবিবা ভাবত অসিগী মনুংদা য়াওশংগী কুম্মৈবু নিংথিনা মপুং ফানা পাঙথোক্লিবা মফমশিংদি উত্তব প্রদেশ, বিহাব, বঙ্গাল, অসাম, মধ্যপ্রদেশ অমসুং মণিপুবনচিংবা মফমশিংদা যাওশং কুম্মৈ অসি য়াম্না মপুং ফানা পাঙথোকই। অদুম ওইনমকপু যাওশংগী কুম্মৈ অসি পাঙথোকপা মওংদি যাম্না খেৎননা উবা ফংই। হায়বদি উত্তব প্রদেশ, বিহাব, মধ্যপ্রদেশনচিংবা মফমশিংদদি মখোযনা য়াওশং মৈথাবা 'হোলিকা দহন' হায়না যাম্না মতিক লৈনা পাঙথোকই। মখোইনা হযেং অসি হোলিকা দহন ওইববদি ঙসিগী অয়ুক্তগীনা হয়েং হাযবদি হোলিগী নুমিৎকী অয়ুক্তগী পুং ১২ ফাওবা নোংমগী তঙখাই অমা অঙকপা ফংনা সোবোক লমজাও অমসুং লৈবক অমদি য়ুমশিংদা অবেব অমসুং মচু মখল মখলগী মচুশিং অদু ঈশিংদা তিশিন্নগা মমা মচা মচিন মৌপ্পা মৌ লৈশাবী অহল অঙাং খাক্তনা অমদি লৈবক শবক খিদনা অবেবনা পুমঙাং ঙাংদুনা অঙকপা হোলিকা দহন কুম্মৈ অসি পাঙথোকই। মচু মখল মখলগী বঙ তিশিন্দুনা য়াওশংগী কুম্মৈ যাম্না চাউনা পাঙথোকই। অদুগা যাওশং নুমিৎকী পুং ১২ হেক তাবদগী কনামতনা অবেব অমদি অতোপ্পা মচু অমতসু পাযদুনা মীঙোন্দা চাইবা অমদি তৈবা তৌনদ্রে। অদুগা যাওশং নুমিৎকী পুং ১ হেক তাবা মতমদগীনা মশা-মউ শেংনা ঙৌখিনা ঈকজথোক্তুনা মশা-মশাগী অবৈ-অবৈবা সনা লুপা অক অনান কয়ামবম্না লৈতেংদুনা নুপি অঙাং লৈবশিংনসু মাগী-মাগী ইমুংশিংগা লোযননা মপান্দা থোক্লকই।

অদুগা পাখং লৈশাবীশিংনসু ঙম্বা মখে কে-নৌদুনা অমদি অঙাং অহল খাক্তনা লোইনমক মশাগী য়ুমগী মপান্দা সহব অমদি ফজবা মফমশিংদা মেল্লা য়েংবা চৎনৈ। অদুগা সহবগী মনাক্তা লৈবা লম্পাকশিংদা অচৌবা য়াওশংগী কুম্ভে অসি পাঙথোকই। অদুগা লাইফমশিংদা চৎতুনা খুকমজদুনা ভজন কীর্তন অসিনচিংবা কযা য়াওশংগী কুম্ভেদা পাঙথোক্লে। মবম অসিনা উত্তর প্রদেশ, বিহার, মধ্যপ্রদেশনচিংবা মফম অয়াম্বদদি য়াওশং কুম্ভে অসি নুমিৎ নিনিদগী হেন্দনা য়াওশং পাঙথোকই। হায়রিবা নুমিৎ নিনি অসিদগীদি মখোইনা যাওশংগীদমক্তা অতোপ্পা থৌবাঙ অমুক তৌবা লৈতে।

২- বঙ্গাল অমসুং অসামনচিংবা মফমশিং অসিদদি খজিক্তং খেৎনবা য়াওশংগী কুম্ভে অসিবু পাঙথোকপগী মওংদা ঐখোয়না উবা ফংই। বঙ্গাল অমসুং অসামদা লৈবা হিন্দুশিংনদি যাওশংগী কুম্ভে অসি নুমিৎ হুম্নিদগী হেন্দনা পাঙথোকই। কৈদৌঙৈদসু মখোয়না নুমিৎ ৫ নি অসি যাওশং কুম্ভে ওইনা পাঙথোক্তে। অদুগা মখোযনা যাওশংগী কুম্ভেদা পৈশা মুনবা অমদি নাকা থেংবা অসিনচিংবসু কবি অমত্তা তৌনদে। হাযবিবা বঙ্গাল অমসুং অসামগী হিন্দুশিংনসু হযেং যাওশংনি হাযববদি ঙসিগী অযুক্তগী হৌনা মখল-মখলগী অবেব কযা নোইদুনা মাইদা তৈনদুনা সবক অমদি লম্বী অমসুং য়ুম-য়ুমদা চৎতুনা মমা মপা মচিন মনাও অঙাং অহল খাক্তনা অবেববু অমদি মহি ওইনসু হৈনদুনা চাইনদুনা যাওশংগী কুম্ভেগী শকক অসি ফংমিন্নে। অদুগা লাইফমশিংদা চৎতুনা ভজন কীর্তন্নচিংবা কযা অসি শক শোন্দুনা ঈশ্বরবু খুকমজবা মক ওইনা চৎনৈ। যামদ্রবদা মখোযনা নুমিৎ হুম্নিদগী হেনদনা মখোযনা যাওশং কুম্ভেবু পাঙথোকই। অদুগা হাযবিবা নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদদি যাওশংগা মরি লৈনবা কবিমতা পাঙথোকপা লৈতে। মতৌ অসুম তৌনা মথক্তা পনখ্রবা লৈবাকশিং অসিদা লৈবিবা হিন্দু ধর্মগী মীওইশিংনা হাযখ্রবা নিযম নিতি অদুগী মতুং ইন্না হৌজিক ফাওবদা অতৎপা লৈতনা যাওশংগী

কূপ্পে অসিবু পাণ্ডথোক্নি। অসিদসু নত্তনা পৃথিবীদা লৈবা হিন্দু ধর্ম চৎপা জাৎশিংনা হায়বিবা নিয়মশিং অসিগী মতুং ইন্না মখোয়গী মফম মফমদা লৈবাক লৈবাক্তা য়াওশংগী কূপ্পেবু থোইদোক হেন্দোক্না ধর্মগী কূপ্পে ওইনা পাণ্ডথোকই। হায়বিবা মফম অসি ভাবত অমসুং পৃথিবীগী ওইনা য়াওশংগী কূপ্পেবু পাণ্ডথোকপা অদুগা য়াওশংগী কূপ্পেগী ওইনা নুমিৎ শিজিন্নবগী মশিংনচিংবা ঐখোয়না শেংনা উবা অমদি খঙবা ঙম্মে। হায়বিবা কূপ্পে য়াওশং অসি পাণ্ডথোকপগী মতাংদা হৌজিক ফাওবদা ভাবতকী অয়াম্বা মথক্তা পনখ্রিবা লৈবাকশিং অসিদদি মীওইশিংনা তৌদুনা লৈবিবনি।

৩- **মণিপুরদা হোলীগী কূপ্পে :**

মণিপুব হায়না কৌবা লৈবাক অসিদা লৈবিবা হিন্দু ধর্মবু চৎপা অমসুং গৌবিয়া ধর্মবু লৌশিল্লবা মীওইশিংনদি হোলীগী কূপ্পে অসিবু য়াওশং কূপ্পে হাযনা কৌই। হোলি অসিবু য়াওশং হাযবগা খঙনৈ। মবম অসিনা মণিপুবদা চৎথবিবা যাওশংগী কূপ্পে অসিগা অতৈ-অতৈ লৈবাক্তা চৎনবিবা হোলীগী কূপ্পে অসিগা যাম্না কা হেন্না খেৎননা উবা ফংই। যাম্না খেৎননা লৈবা ওইববসু মণিপুবগী হিন্দুশিংনা যাওশংগী কূপ্পে অসিবু হোলিগী কূপ্পেনি হাযনা অদুমক চৎনবক্নিবনি। মবম অসিনা হৌজিক ঐখোয়না খেৎনবশিং অদু খবদি য়েংমিন্নবা ফৈ। মণিপুবদা যাওশং মৈ থাবগী মওংগা অতৈ লৈবাকশিংদা মৈ থাবগী মওংগসু মান্নদবা লৈ। মণিপুবদা যাওশং মৈ থাবা অসিদি চৈতন্য মহাপ্রভুগী পোক্নফমগী শঙ অদুবু মৈ থাদোকপনি হাযনা অযাম্বনা লৌবগী মবমনা যাওশং হাযবিবা মিংথোল অসি লৈবিবনি। মবম অসিনা যাওশং মৈ থাবা অসিসু যাম্না খেৎনবা লৈবিবনি। গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগী মপোক্তা য়াওশং অসিগা য়াম্না নক্নবা অমতা ওইবগী কূপ্পেনি হায়না মণিপুবদা যাওশংগী কূপ্পে অসিসু যাম্না চাউনা পাণ্ডথোকপা কূপ্পে অমনি। মণিপুবগী য়াওশং অসি লমদা থাগী মনুংদা পাণ্ডথোকপা কূপ্পে অমনি য়াওশং থা

মমাংগী থা অমা অনি ব্রাৎলিঙৈদগী হৌনা মণিপুর হায়বা লৈবাক অসিদদি য়াওশংগীদমক মী খুদিংনা থৌবাং তৌনৈ। নুমিদাংদা লৈশাবীশিংনা ময়ুমগী শুমাংদা ফৌনচিংবা শুনৈ। অদুগা পাখণ্ডশিংনা লৈশাবীগী য়ুমদা কোইবা চৎলগা লৈশাবী অমসুং পাখণ্ড অনিনা ফৌশু লণ্ডনদুনা নুংশি নুঙোলগী ব্রাবী কয়াবু শানৈ। মণিপুরগী য়ুম অযাম্বনা অঙাংশিংদগীনা অহল, হনুবা ফাওবা পুক্লিং নুংঙাইনা লৈবা মতমনি। লাইব ইনাকখুনবা খাযদনা মী খুদিংমক্কা মশ-মশাগী চান্ন-শেৎবা ফিবোল ফজ-ফজবা কযা বজাবদা চণ্ডুনা অমদি সহবশিংদা চণ্ডুনা লৈনবা মতমনি। মবম অসিনা যাওশংগী থা অসিদি মণিপুরদা বাজাব অমসুং সহবশিং অসি হাযনিঙাই লৈতনা অসূক্কী মতিক মী তিনবা অচৌবা কূম্মৈ অমনি। লংফৈদা চৎখিবা মীওইশিংনসু যাওশং নংননবা য়ুমদা অনৌ অনৌবা ফিবোল লৈদুনা য়ুম-য়ুমদা লাক্লে।

মণিপুরদা পাঙথোক্লিবা যাওশং অসিগা অতৈ লৈবাকশিংদা পাঙথোক্লিবা অসিগদি মান্নদে হাযবদি অতৈ লৈবাকশিংদদি নুমিৎ নিনি অমসুং খুম্নিদগী হেন্দনা হোলি যাওশংবু পাঙথোক্লে। অদুগা মণিপুরদদি নুমিৎ মঙানি চুপ্পা যাওশং অসি পাঙথোক্লে। মতৌ অসুম্না য়াওশংনি হাযনা লৈকায়-লৈকায খুদিংগী লমজাও-লমহাং অমদা শঙ পুংকক্ চাউবা অমমম শাই, হাযবিবা শঙ অদু মতোন তুমহল্লি অদুগা মযাইদা অব্রাংবা অমা ঈ ওইববসু চক ওইববসু যোমদুনা উচিব্রানি হাযদুনা যাওশং হাযবদি শঙ খুদিংগী হাপ্লে। হাযবিবা শঙ অদু লমদা থাগী পুর্ণিমা হাযবদি য়াওশং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৫/ ৬ ফাওবগী মনুংদা মহাপ্রভু অদুবু শঙ অদুগী মনুংদা লেংশিল্লবা মতুংদা আর্তি অমা তৌবগা মহাপ্রভুনা হেক লেঙথোকখিবগা হাযবিবা মতম অসিমক্তদা মৈ থাদোকখি। চাকখিবা উৎ অদু মী অযাম্বনা লৌবগা লাইবক্তা নম্লে। অদুগা অচাকপা মৈখাক লৈহৌবনচিংবশিং অদু লৌবগা ফত্তবা লাই চংদনবা হায়দুনা কোম্থোং অমদি ইংখোলদা লংশিন্দুনা থম্লে। অদুগা ইবোইননা

য়াওশং মৈ হেক থাবগা অঙাং অমদি অহলশিংনা ঙম্ব মখৈ যুম-য়ুমদা থুনা চম্ভুনা হবিবোলা লাওদুনা পৈশা অমদি অচাপোৎনচিংবা নিবা অমসুং খায়বা চৎনবম্মী। অদুগা লৈবম্লিবা য়ুম খুদিংমক্লসু অঙম-অঙম্বা পৈশা ওইববসু অচাপোৎ ওইববসু লাক্লিবা মীওইশিং অদুদা পীবম্মী। অসিগী মতুং নোঙ হেক ঙানবগা অয়ুক্তগী হৌনা অঙাংশিংনসু লৈশাবিশিংনসু অবাকপ মীশিংদগী ফি মুন্দুনা পৈশা লৌবম্মী, হাযবিবা অসি অযাম্বা নুপিমচাশিং অমদি লৈশাবীশিংনা যাওশংদা তৌবা থবক অমনি। লৈশাবীশিংনা পাখঙশিংদা নুংশিবগা লোয়ননা পৈশানচিংবা পিনৈ। অদুগা নুপামচাশিংনা মখুৎতা অবেব পায়দুনা নুপিমচাশিংদা অমদি মখোয মশা-মশাদসু তৈনৈ অদুগা মচু মখল কযা থিৎতুনা নুপা নুপী খাক্তবা মখৈ মহি হৈনদুনা সবক, য়ুম অমদি লমজাও কোম্বোং খুদিংদা অঙকপা ফংনা অবেব তৈনদুনা যাওশংগী হবাওবা অদুদা শকক্ ফংমিন্নৈ। অহল-লমনশিংনা নুংথিলদা ধোলক পাযদুনা অমদি যৈদুনা পলা মযাম লেপ্তুনা মমাংদা ফিবাল অমা পাযদুনা গোবিন্দ অমদি বাধা মাধবতা চৎতুনা নুপিশিংনসু ধোলক পাযদুনা, ফিবাল পাযদুনা লাইফমশিংদা চৎতুনা হোল্লি শকপনি হাযনা চৎনৈ।

অসিগা লোযননা নুমিদাংদা শুমাং অমদি লমহাং অপাকপদা লৈকাই-লৈকাইগী ওইনা থাবলনচিংবা কযা চোংদুনা যাওশংগী কূম্মৈ অসি মপুং ফাহল্লি। থাবল চোংবা মতমদা মশানৌ নুংশিনবা নুংশিনবী কযানা খুৎকা-খুৎকা পাইদুনা লেংজুম-লেংজুম ঙান্দুনা যাম্না নুংশিননা চোংমিন্নৈ, মসিবু থাবল চোংবা হাযনা ঙসি ফাওবা চৎথবি। থাবল চোংবা মতমদা বেন-পার্টিশিংনা ঢোলক অমদি ঢোল যন্ত্র খোংদনা যাম্না ফজবা মওংদা থাবল অসি মপুং ফাহল্লি। অয়ুক নুংথিলগী মতমদনা নুমিৎ ৫ নি অসি লেপ্তুনা লম্বীদা, সবজা, কোম্বোংদা ফি মুনবা, অবেব তৈবা, মণিপুরগী যাওশং মনুংদা চৎথৈ। নুমিৎ ৫ নি অসি হেক লোয়বগা যাওশংগী শেন মুনবা অমদি অবেব তৈনবগী থবক্তি লোইশ্রে।

যাওশং নুমিৎ ৫ নি লোইববসু থাবল চোংবদি অতৎপা লৈতনা নুমিৎ খুদিংগী লৈকায অমদা নত্রগা লৈকায় অমদা থা অমা চুপ্পা চৎথদুনা লৈ। অদুগা থা অমগী মতুংদদি যাওশংগী থাবল চোংবা অদুসু লোইশিনখি। অসিগা ইবোইননা য়াওশং ৫ নি হেক লোইবগা লৈশাবী মচাশিং, পাখঙ মচাশিংনা অমদি অহল-লমন খুদিংমক্লা যাম্লা হবাওবগা লোযননা চাকচা-হৈজানৈ। অদুগা লৈশাবীশিংনসু হবাওবগী চাক চামিন্নে। অমদি মখোযনা নুংশিজবা মশানৌশিংবু বার্তন তৌই। পাখঙশিংনসু নুমিদাংদা লৈশাবীশিংগী মফমদা চত্তুনা চাক চাই অমদি ব্রাবী ব্রাতাই শাই অবোযবদদি মখোযনা অঙম্বা পৈশা অদু পুখম-পুখমদা থাদনৈ। অদুগা ক্ষানচিংবা চাদুনা নুমিদাংদা মঙ্গোলদা ফমিন্নদুনা লিকোনচিংবা ফজবা মওংদা শান্নে, পাখঙশিংনা থাদবম্বা পৈশাশিং অদু খোমজিল্লগা লৈশাবিশিংনসু খবা খাইগৎনবগা লৈকায লৈকাযগী ওইনা মমিং চৎপা যাত্রাব্রালিগী লিলাশিং কৌদুনা শান্নহল্লি। মসিদা লৈকাই লৈকাইগী মীপুম খুদিংমক্লা পুন্না হবাও হবাওনা যেংমিন্নদুনা যাওশংগী হবাও কূম্মৈগী থৌবম পুম্নমক অসি লোইসিল্লি। হাযখ্রবশিং অসি মণিপুরদা হোল্লি যাওশং পাংথোকপা চাউবাকপা মবমশিং অদুনি-মথক্কী থৌবম অবিবা মতমগীনি, হৌজিক্কা খবা খেন্নখ্রে।

**৪- হোলি অমসুং য়াওশং হৌবকপগী মতাঙ :**

হোলি হাযবা ব্রাহৈ অসিদগী যাওশং হাযবা অসি হৌবকপগী মবম অদুদি। হোলি কূম্মৈগী হৌবকফমদ্ খঙলগা যাওশংগী মবমদা শেংনা খঙবা হাযবদু ওইবে। হোলিগী কূম্মৈ অসিগী মবমদা হাযদোকপা অসি যাম্না অকুবা অমনি। বেদ, পুরান, উপনিষদনচিংবদা হিন্দু ধর্মগী ওইবা লাইবিকশিংগী মনুংদা হোলিগী মবম অসিদা কযা উবা ফংদে। মবম অসিনা হোলি কূম্মৈগী মবমদা খবা অমুক থিজিনবা দবকাব ওইবে। মবম অদুনা অমুক খবা য়েংমিন্নসি। হিন্দু ধর্মগী মতুং ইন্না যুগ হাযবসি মবিখক উবা ফংই। হাযবিবা যুগ মবি অদুগী মনুংদা সত্য যুগ হাযনা

কৌবা যুগ অসিগী মুনংদা হোলি কূম্মোগী মবমদা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈবমে। মদুদি অসিনি সত্য যুগ অসিদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। হায়বিবা নিংথৌ অদুগী মমিংদি হিবন্যকশ্যপ হায়না কৌবম্মী। হিবন্য কশ্যপ হায়বা নিংথৌ অসি য়াম্না মতিক মগুন লৈবা নিংথৌ অমনি। মতম অদুদা নিংথৌ অসিনা শিবা মহাদেববু নিঙবা অদুগা মাগী প্রজা পুম্নমকসু শিববু নিঙবনি। মহাক্কী লৈবাক অদুদা শিববু নিঙদবা লৈববদি হেক্তা মাঙহনবা, হাংতোকপা নিংথৌনি। হাযবিবা মতম অসিদা মহাক্কী মচানিপা অমা পোক্লে। মচানিপা অদুগী মমিংনা প্রহ্লাদ হাযনা কৌই। প্রহ্লাদনা পুঙকক চাউবক্লবা মতমদা মপানা নিঙলিবা লাই অসিবু শোল্লু অমদি নিংউ হায়বা যাবমদে। নিংথৌ হিবন্যকশ্যপনা মানা পোকচবা মচানিপানা শিববু নিংউ হায়বা য়াদে হায়বা হেক তাবদা যাম্না নুংঙাইতনা মহাবানিবু কৌদুনা অমদি মহাক্কী অচানবা মনাইশিং কৌদুনা মচানা শিববু নীঙউ হাযবা কবম্না যাদবনো হাযবা অদু শুগায়না হংলম্মী। অদুগা মচানিপা প্রহ্লাদনা শিববু নিংবা যানবা মখোযনা অকনবা থবক থৌবাং কয়া পাযখৎলম্মী। নিংথৌগী থৌবাং পুম্নমক অদু লোইনা অবেস্বা তাবম্মী। হিবন্যকশ্যপ্পা অহানবদা প্রহ্লাদবু থেম-নৌদুনা শিববু নিংনবা হাযবম্মী। অসিদা মচা প্রহ্লাদনা ইযামক যাবকত্রবদা মমৈথংদদি নিংথৌ অসি হাযনিংঙাই লৈতনা শাওনীংলম্মী। নিংথৌগী যাথং মতুং ইন্না শিবা নিঙবা যানবা অকন-অকনবা অকিবা মফমদা পুদুনা অমসুং উহন্দুনা অৱাবা কযামকম পীবম্মী। অকি-অখঙ কয়ামকম তৌববসু প্রহ্লাদনদি হবি হাযবা মিং অসিবু থাদোকপা লৈখিদে, মচানিপা প্রহ্লাদনা শিববু নীংউ হায়বা যাদ্রবা মতম অসিদদি নিংথৌ হিবন্যকশ্যপ্পা মচানিপা প্রহ্লাদবু হাৎলগে হায়না মপুক্রিংদা খল্লক্লে। নিংথৌ হিবন্যকশ্যপকী হোলিকা কৌবী ব্রহ্মাগী ববদগী মৈনা চাঙ্ভবী মচননুপী অমা লৈ। নিংথৌনা প্রহ্লাদবু হাৎনবা রাখল খল্লকপা মতমদা মাগী মচননুপী মৈনা চাঙ্ভবী হোলিকাবু নিংথৌনা নিঙশিংলক্লে।

নোংমা নিংথৌনা মচননুপী হোলিকাবু কৌদুনা প্রহ্লাদবু হাংনবা য়া তান্নরম্মী। নিংথৌনা হোলিকাদা হাযবম্মী, ইবেম্মা নঙদি ব্রহ্মাগী ববদগী মৈনা চাকপা লৈতবনিনা ঐগী কোনুংগী লম্পাক অসিদা অচৌবা মৈগী কুণ্ড অমা শেম্নবা থৌবাং তৌগে অদুগা নঙনা প্রহ্লাদবু পমদুনা কুণ্ডগী মনুংদা চংউ, মতম অদুদা প্রহ্লাদবু মৈনা চাক্তুনা তুমখিনি নঙদি হিংগৌনি। হাযবিবা য়াফম অসিদা মচননুপী হোলিকানা হবাও হবাওনা য়াজখিবম্মী। মচননুপি হোলিকানা হবাও হবাওনা যাখিবা অদুদা নিংথৌনা পেন্দুনা মাগী লৈবাক শিন্না থুংনা মাগী পাউমিশিংদা পাউথাঙ য়ৈদুনা পাউ থাখিবম্মী। ঐগী লৈবাক্কী মনুংদা লৈবিবা প্রজা খুদিংমক্না মশা মশাগী খুঙ্গংশিংদা উ-য়ানচিংবা কঙহল্লগা ঐগী কোনুংদা পুখৎলক্কদবনি। অদুগা অসুম্না হাযবম্মী- খুঙ্গংশিংদা সহবশিংদা উ-য়া য়াবেক্তুনা খাযবা মতমদা প্রজা কনা অমত্তনা অপনবা পীবা যাবোই, কবিগুম্বা অপনবা পীবা মীওইশিং অদু নিংথৌগী অকনবা দন্দি পিগনি হাযনসু লাউথোক্লম্মী। মবম অসিনা লৈবাক অসিদা লৈবা মীপুম খুদিংনা অঙাংদগী অহল ফাওবা থা অমা অনিগী মমাংদগী হৌনা লৈকায লৈকায়দা, খুঙ্গং খুঙ্গংশিংদা, যুম যুমদা চৎতুনা উ-য়ানচিংবা তাক্লবসু তাকত্রবসু অপাম্বগী মতুং ইন্না লৌদুনা পৈশিল্লগা থম্মু।

মতৌ অসুম তৌনা প্রজা পুম্নমক্না হাযবিবা অসি তৌবম্মী। নুমিৎ অদু শুববা মতমদা লৈবাক লৈবাক্তগী প্রজা পুম্নমক্না মখোয মখোযনা থমজিনখিবা উ-য়ানচিংবা অদু লোইনা পুবক্তুনা নিংথৌ হিবন্য -কশ্যপনা শেম্লিবা মৈগী কুণ্ড অদুগী মনুংদা উ-য়াশিং অদু থমদুনা অঙকপা মৈগী কুণ্ড অমা ওইনা চাকখৎলক্লম্মী। তাঞ্জা অসিমক্তদা নিংথৌ হিবন্যকশ্যপ্না মচানুপা প্রহ্লাদবু কৌথোক্তুনা মচননুপী হোলিকাগী মখুত্তা মৈনা চাক্তুনা মাঙখিনবা শিন্নখি। মতম অদুদা নিংথৌগী মচান্নুপী হোলিকানা য়াম্না হবাওনা মীয়াম প্রজাগী মমাংদা নাপলগা লোয়ননা প্রহ্লাদবু মাগী মতম্বাক্তা পম্লগা নোকমি নোকমি তৌনা মৈগী চাউববা

অঙকপা ফংনা চাক্লিবা মৈগী মৈনুংদা চংখিবশ্মী । অঙাং ওইরিবা প্রহ্লাদনা কবিসু চিংনবা লৈতনা মপুক্লিংদা হবিগী মিংবু শোঞ্জদুনা মনে হোলিকাগা লোইননা হবাও হবাওনা মৈগী কুণ্ডদা চংবদু য়াবশ্মী । হায়বিবা মতম অসিদা প্রজা পুম্নমক্না য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা প্রহ্লাদদি শোয়দনা শিবগনি হোলিকাদি মৈনা চাক্রোই হিংগনি হায়না প্রহ্লাদবু নুংশিনা শোন্দুনা মমিংতা মপি তানা মীং-না কুণ্ডমখে মৈগী কুণ্ড অদুদা য়েংদুনা লৈবশ্মী । মীয়াম্না লাংতক্লবগা লোয়ননা মৈগী কুণ্ড অদুগী মনাক্তা নকশিন্না য়েংদুনা লৈবশ্মী । যাম্না ঙকপা থৌদোক অমনা মৈনা চাক্লবোই হায়না খন্নবিবা নিংথৌগী মচননুপী হোলিকাবুনা মৈনা তুম্না চাকখিদুনা উং ওইখ্রে, অদুগা মৈনা শোয়দনা চাকখ্রগনি হায়না মীয়াম প্রজাশিংনা খন্নবিবা প্রহ্লাদ অঙাং অদুদি মৈনা মৈবিক অমা ফাওবা চাক্তনা লৈবা অদু মীয়াম প্রজা পুম্নমক্না উবশ্মী । নিংথৌ হিবন্যকশ্যপ্না মচননুপী হোলিকাবু মৈনা তুম্না চাকখিবা অদু নিংথৌনা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবা অমসুং শাওনিংবগা লোয়ননা মবাই লুক্না নোম্লদুনা চিন্না তৌদুনা লৈবশ্মী । প্রহ্লাদনা মৈগী কুণ্ড মনুংদগী অশোক-অপন কবিমতা য়াওদনা থোক্লক্লুনা মপাবুং নিংথৌগী মাঙদা চপ লেপখি । নিংথৌনা শাওমনখিদুনা প্রহ্লাদদা শংত্রিক য়েংলগা নাকন্দগী থাশাং অমা শংতোক্লুনা মখুৎতা পাযবগা হায়বশ্মী । নঙনা হবি হবি হায়বিবা অদু কদায়দা লৈবনো ঐঙোন্দা শেংনা তাকউ । মপাবুং নিংথৌগী যাথং মতুং ইন্না প্রহ্লাদনা খুমজখি । পাবুং মহাবাজ ঐনা নিঙজবিবা হবি হায়বা ইবুংঙো মহাক অদুদি সর্ব ব্যাপনি । হায়বদি মফম খুদিংদা লৈবা জগৎ সংসারবু শেম্বীবা মপুনি । মহাক্তি ওইনিংবতা ওইবা শক্তি পুম্নমক্কী মপু ওইবা অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক্কী ভগৱান সুশ্রী হবি হায়না কৌবা ইবুংঙোনি ।

নিংথৌ হবিন্যকশ্যপ্না মচাগী ব্রাফম অদু হেক তাবদা শাওবনা মৈ হৌখ্রদুনা মাগী মাঙ্গোলগী লিক্লাই যুম্বী অদু য়েংদুনা হায়বশ্মী 'য়েংউ নঙগী হবি হায়বদু ঐগী লিক্লাইগী যুম্বী অসিদসু লৈবমগদ্রা ?' মতম

অদুদা মচানুপা প্রহ্লাদনা নোক্রদুনা মপাদা হুন্জংচখি । পাবুং মহারাজনবু লৈবমগনি হায়না নিঙবিববদি লিক্লাইগী যুম্বী অসিদসু ঐগী হরি অদুদি শোয়দনা লৈবমগনি । নিংথৌ হবিন্যকশ্যপ্পা ম্রাহৈ অসি হেক তাবদা ফমফম্লাংদগী ফুক হৌগৎলগা মখুৎতা পায়রিবা থাংশাং অদুনা মহাক্কী লিক্লাইগী যুম্বী অদু থবৎ লাওনা ককথৎপদা ইবুংঙোদু মকোক্লা নোংশা মশানা মী নবসিংহ মুর্তি লৌদুনা লিক্লাই যুম্বী অদুদগী চোংথোক্লকুনা খুদক অদুমক্তদা নিংথৌ হরিন্যকশ্যপ্পু মতম্বাক্তা ফৈবমননা পমখৎতুনা নোংশাগী মখুৎ ওইবা খুজিল শাংনা য়াওবা মখুৎ অনিনা নিংথৌ হবিন্যকশ্যপকী মবুক্তা থিংজিন্দুনা মবুক অদু হোগায়রগা মথিবোং-মরিন অদু চিংথোক্লুনা হাংলম্মী । থৌদোক অদু প্রহ্লাদনা হেক উবদা মখুৎ লোঞ্চদুনা খুকমজরম্মী । অমসুং মাগী মবুঙো শ্রী হবিগী চবন্দা হুন্জচবম্মী- হে জগৎকী মপু ওইরিবা শ্রী হবি ঙসিগী য়াইফরবা নুমিৎ অসিদা ঐহাক্কী পাবুং মহাবাজ হবিন্যকশ্যপ্পু ইবুংঙোমক্কী অশেংবা খুৎনা লৌশিনবীবা অসিদা ঐহাক্কী অমসুং পাবুং মহাবাজগী ওইনা হায়নিংঙাই লৈতনা অপেনবা অমসুং নুংঙাইবা নুমিৎ অমনি । হে জগৎকী মপু ওইবিবা ইবুংঙো শ্রী হবি নহাক্কী চবন্দা পাবুং মহাবাজবু কখোক্লুনা শিন্নজবি মবম অসিনা ইবুংঙোনা স্বর্গগী মফম অদুদা পাবুং মহাবাজবু থম্বীখিবা অদুদা মচা ঐহাক্কী পুন্সিগী মহৈ যাঞ্জবে । মতৌ অসুম তৌনা সত্য যুগ অসিদা নবসিংহ হাযনা অবতাব তৌদুনা হবিন্যকশ্যপ্পু লানবিখি । হাযবিবা হবি মতম অসিদগী হৌনা হোলি অমুসং যাওশং হাযবা অসি ওইখিবনি অমসুং থোক্লকপনি ।

মথক্তা হাযখিবা হোলি অমসুং যাওশং অনিগী মবক্তা য়াম্না খেৎনবা অমা হিন্দু ধর্মদা লৈবিবা মীওইশিংনা উবা ফংই । হাযবদি হোলি হাযবা হিন্দুশিংগী ধর্মগী ওইবা অচৌবা কুম্মৈ অসিগী হৌবকপদি হবিন্যকশ্যপকী মচননুপী মৈনা চাকখিবা অদুদগী হোলিকা হাযবা মিং অসিদগী হোলি হাযনা সত্য যুগতা মযেক শেংনা ইদুনা লৈ । অমবোমদা

গৌবাঙ্গ প্রভু পোকপা লীলাগী ৱাবী ওইনা নুমিৎ অসিদগী লৌদুনা য়াওশংগী কুম্মৈ অসি পাঙথোকই । চৈতন্য মহাপ্রভুদি শক ১৪৮৫ দা বঙ্গালদা পোকই । অদুগা মানা পোকপা মতম অসিদা যুগ মবিগী মনুংদা অবোযবা যুগ হাযবদি কলি যুগ অসিগী মনুংদা পোকপনি অদুগা হোলি হাযবা হিন্দুশিংগী কুম্মৈ অসিদি সত্য যুগতগী লৈবম্লবনি । চৈতন্য মহাপ্রভুনা শক ১৫৩৩ দা মাগী পুন্সি লোইদুনা শিখি । মবম পুম্নমক অসিনা মবম ওইদুনা মণিপুবদা পাঙথোক্লিবা যাওশংগী চাউববা কুম্মৈ অসিবু কদাইদগী হৌবকপনো অদুগা কবম্না য়াওশংবু নুমিৎ মঙানি চুপ্না লম্বীদা সবক্তা যুম-যুমদা অবেব তৈনদুনা নুংঙাইবিবা অমদি নুমিদাংদা মৌ লৈশা, অঙাং অহল খক্তনা থাবল চোংদুনা নুংঙাইববা কুম্মৈ অমা ওইনা পাঙথোক্লিবা অসি কবম্লনো ? হাযবা ৱাহং অমা লৈফম থোকই । সত্য হাযনা কৌবা যুগ অদুদা হোলিগী দহন হাযনা হৌবকপা অসি ঐখোযনা শেংনা উবে । অদুগা হোলিগী কুম্মৈ অসি সত্য যুগতগী হৌজিক ফাওবা অসিদা হিন্দুশিংগী ওইনা যাম্না মকুওইবা অচৌবা কুম্মৈ অমা ওইনা লৈবি । মবম অসিদা কলি যুগতা যাওশং অসি লাকপা ওইবগদি যাওশং হাযবা অসি হোলিদগী লাকপা ওইববদি যাওশংগী কুম্মৈবু পাঙথোকপিবিবশিংনা যাওশংগী কুম্মৈবু অমুক যেংবিদুনা অচুম্বা মওংদা নিযমগী মতুং ইন্না যাওশংবু হোলিগী কুম্মৈগা মান্নবা মওংদা পাঙথোকপনা চুমগদবা মাল্লে, নত্রগা য়াওশং হাযবা অসিদি তশেংনা চৈতন্য মহাপ্রভুনা পোকপদগী যাওশংগী কুম্মৈ অসি চৎথদুনা লাকপনি, হাযবা তশেংনা খঙবা লৈববদি হোলিগী কুম্মৈগা মান্নবা ওইবা ইযা যাবোইদবনি । হৌজিক্তি হোলিগী হৌবকফমগা যাওশংগী হৌবকফমগা যাম্না খেৎনবগী মবম্না মণিপুবদা লৈবিবা হিন্দু ধর্মবু চৎপিবিবা অমসুং গৌব ধর্মবু চৎপিবিবা গুরুজনশিংগী মফমদা মতিক চাদ্রবা ননাই ঐহাক্না কবিগুম্বা ৱাহৈ খবদং হঙৎচবি মদুদি মণিপুব হাযনা কৌবা লৈবাক অসি যাম্না মকুওইবা চীংনা ইকোয কোইশিন্দুনা লৈবা লম অমনি অমসুং

লোন্তাক পাংনা মুংশেল ওইবিবা লৈবাক অমনি। চীংগী মফমশিংদসু মীতৈ চীংমী কয়ামকম খুন্দাদুনা লৈ। হায়বিবা লৈবাক অসিবু মৈতৈ লৈবাক হায়নসু খঙনৈ।

লৈবাক অসিদা লৈবিবা মীতৈশিংনা মশাগী ধর্ম নিতি নিয়ম কযাবু ঙাক্না চৎতুনা লৈবিঙেদা মীতৈগী নিংথৌ পামহৈবগী হাকথক্তা নোংচুপলোমদগী শক ১৭১৬ ফাইবেনগী ২৩ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা মাগা লোয়ননা মকপ অনিগা লোয়ননা অমনা ভগবানদাস অনিশুবনা নবানদাস অনি অসিবু পুদুনা শন্তিদাস কৌবা নিপা অসি মৈতৈ লৈবাক্তা থুংখি। অদুগা ব্রাহ্মোইদা লৈবিবা স্নামহিগী কোলুবু থুগাইদুনা শক ১৭২৯ গী ব্রাকচিংগী ১৫ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা নিংথৌ পামহৈবনা মৈতৈ ধর্মগী চৎনবী নিতি নিযম পুন্নমক থাদোক্তুনা মযাংমচা শান্তিদাসকী মফমদগী অনৌবা লাইনিং অমা লৌখি। অদুগা শক ১৭২৬ শজিবুগী ১৫ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা নিংথেম পুখ্রি মপান্দা বামজী প্রভু লিংখৎতুনা লাংপা হৌখি। অদুগা শক ১৭৫৯ দা পোইনুগী হুম্রি পানবা ইবাই নুমিত্তা গুরু বিযাসকবনা তাক্তুনা নিংথৌ চিংথংখোম্বা (ভৈগচন্দ্র) না কাইনদগী গোবিন্দ শানবা থৈবোং অমা যাম্লি। সাপম লুখোইনা চহী অমবোম শাবগা শক ১৭৭৬ কী হিয়াঙ্গৈগী ১২ নি পানবা ইবাই নুমিৎকী য়ুথক অমা চংলকপদা মণিপুবদা উনা শাবা গোবিন্দা অভিশেক তৌবগা মন্দিবদা পুশিনখি। মসিগা লোযননা মৈতৈ লৈবাক অসিদা গৌবিযা ধর্মবু হাযবদি হিন্দু ধর্মবু পুশিনবা হৌখি। লোয়ননা মৈতৈগী য়ুমগী শুমাংদা বৃন্দা তুলশি থাবসু হৌখি।

মণিপুব ইতিহাসকী লৈমায মঙাদা চৈথাবোল কুম্বাবা লমায ১২০ দা অমসুং ভৈগচন্দ্র লাবৈ লাথুপ লমায় ২৩-২৯ দা অসুম্না ইদুনা হায়বি, মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক মণিপুবদা জগোই বাশ লিলা শান্নবা হৌখি। শক ১৮২৫ দগী ১৮৩৪ ফাওবা ভৈগচন্দ্রনা নিংথৌ ওইববা মতুং মচানিপা গম্ভ্রীব সিংহগী হাকথক্তা জগন্নাথ, বলবাম অমসুং সুভদ্রাগী

মুর্তি লিংখৎপা হৌখি। মসিগা লোয়ননা মণিপুব লৈবাক অসিগী মনুংদা কাং চিংবা অমসুং ষন শেনবা অদুগা মণিপুবদা দল-যত্রা হাযনা য়াওশংবু চৈতন্য মহাপ্রভুগী পুজাগী যৌবমগা মবি লৈননা হৌদোকখি। মসিদগী হৌনা মৈতৈ ঐখোয়না হিন্দুগী লাইনিং-লাইশোন, কযাবু অদুগা হিন্দুগী হবাও কূম্মৈ কয়াবু ঐখোয়গী ধর্ম ওইবগুম্না চৎনবা হৌখিবনি। অসিদসু নত্তনা কৃষ্ণ জন্ম, বাধা জন্ম, বামন জন্ম অদুগা দুর্গাপুজানচিংবা হোলিগী কন্মৈ অসিবু যাওশং হায়না খায়দোজ্ঞনা তোঙান-তোঙানবা লাইনি-লাইশোন্নচিংবা কযামকম অসি মীতৈ ঐখোয়না চৎথবিবা অসিনি। হানদি মীতৈ ঐখোযগী মী শিবগা অশিবা মশা অদুবু লৈবোন চল্লম্মী, মীতৈ ঐখোযনা হিন্দু ধর্ম হাযবদি গৌবিযা হেক ওইখিবদগী মীতৈগী অশিবা হকচাংবুসু মৈদা থাই অদুগা লাইবক্কী অষ্টি মচেৎ অমসু লৌদুনা বৃন্দাবন্দা গঙ্গাদা থাদবগী থবকসু অশেংবনি হাযনা লৌনরম্মী।

মতৌ অসুম তৌনা মীতৈ লৈবাক মণিপুব অসিদা যাম্না চাওববা অওনবা অমা লাকখিবনি। মবম অসিনা মণিপুবদা যাওশং হাযবা ব্রাহৈ অসি তশেংনা হায়ববদি সত্য যুগতগী চৎনবক্লিবা হোলিগী কূম্মৈ অদুনি হাযবা অসিদা থোইদোক্লা অবানব লৈবোই। অদু ওইববদি যাওশংগী কূম্মৈ অসি পাঙথোকপগী মওং অসিসু হোলিগী কূম্মৈদা পাঙথোক্লিবা অসিগা মান্নহনবা অসিনা হেন্না চুম্বা অমা ওইগনি হাযনা নিঙজৈ। নত্রগা যাওশং হাযবা কূম্মৈ অসিদা হোলি হাযবা কূম্মৈ অদু নত্তে তোঙানবা চৈতন্য মাবু নিঙশিংবগী য়াওশংগী কূম্মৈনি হায়বগনা যাওশংগী হৌবকফম অদু যাম্না শেংনা যেৎননিংঙাই লৈতনা পুথোকপা তাবে।

অদু নত্রবদি মণিপুব হাযবিবা মীতৈ লৈবাক অসিদা হৌজিক্কী মতম অসিদা যাম্না চয়েৎনবা অমা ওইবে। মবম অসিনা মণিপুবদা লৈবিবা মৈতৈ ইচিল-ইনাওশিংনসু য়াওশং অমসুং হোলিগী অচুম্বা মওংদা শেংনা চুম্না পাঙথোকপা য়াননবা থীবিয়ু হাযনসু নিঙশিংজবি। হৌজিক্কী মতম অসিদি যাম্না চাওখৎলবা মতমনি, লাইবিক-লাইশু যাম্না হৈনববা অমসুং খঙবগী

থাক অসি অশুঙ্কী মতিক থাংলবা মতম অসিদা অশুক লুববা চহীগী ওইবা খ্বাইদগী চাউববা কুম্মৈ য়াওশংবু চুম্না খঙদনা পালন অসি তৌবম্রবদি নুংঙাইবগী মহুত্তা হেন্নদুম অৱাবগী মরমদা চংশিনবসু ওইবম্বা য়াই। মবম অসিনা মণিপুরদা লৈবিবিবা ছাত্র-ছাত্রী নহাবোল খুদিংমক্লা ধর্মগী ওইবা হবাও কম্মৈগী অমসুং য়াওশং কুম্মৈগী হোলিগী মতাংদা মিকপ থোক্তুনা য়েংশিনবা মতম ওইবে। হৌজিক্কী মতম অসি খ্বাইদগী লুববা মতম অমনি হাযবদি চুমদবা, শেংদবা, খঙদবা থবক অমত্তা তৌবা যাদবা মতমনি। মবম অসিনা হৌজিক-হৌজিক ঐখোয়না তৌবিবা ধর্মগী ওইবা থবক-থওং কয়ামকমদা অমদি কুম্মৈ-ঈশৈগী মবমদসু যাম্না চেকশিন্না ইশাগী, লৈবাক্কী, ইজাতিগী ওইবশিং অদুবু নিংথিনা য়েংশিন্দুনা চুমথোকপা যাবমখৈ চুমথোক্তুনা অশেংবা অমসুং অচুম্বা য়ুম্ফম অদুদা লেপ্পা মতম ওইবে। মবম অসিনা ঙসিদগী হৌনা মীতৈ লৈবাক মণিপুরদা লৈবিবা মীতৈ মচা পুম্নমক্না অঙম্বমখৈ হোৎনদুনা মৈতৈগী ওইবা অচুম্বা, অশেংবা অমদি ধর্মগী মবি লৈনবা মখৈ অদু থিদোক্তুনা ইজাতিগী কলচব অমসুং নিতি-নিযম, ফিজেৎ-চাকচা, থাঙাং-শাঙাং পুম্নমক অসি পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংগী মফমদা শেংনা তাকপা অমদি শন্দোকপা মতম ওইবে হাযনা হাযজনিঙই।

# ঙারীয়ান চীংজেং / ঙাপ্রুম চীংজেং থোনবা চীং-তম খুন্দাবা

খুন্দা লৈতাকখিবা অমদি অমুক নৌনা খুম্থোক-খুল্লিংদুনা পানখিববু কংলৈ শংলেল পুবা পুয়াদগী শম্নপ্পা খবদং পীজবি ।

*ঈশিংনা লৈতাক-খুন্দাকখিবা :*

থাঙহী ঙাংঙোই কংলৈ 'মোইবাং' দা মবাংবনা পোক্লম্বা "লনহাংঙম্বা" অসি য়াম্না হৈ-শিংবা কুকম 'মৈতৈ' লৈবাক্কী মৈহৌবোল খঙবা অমা খোইয়ুম লাইগী তিনখোং-লাইখোং চৎলম খঙবা, খঙদ-হৈতবা লৈতবা, মমিং-মথা চৎপা, তাইবং অপোকপগী অথোইবা অমা ওইদুনা কুকম লৈবাকপুসু শুপ্না পল্লম্মী । লনহাংঙম্বগী তাল্লোই নাওপুবিববু পোক্কদবা কুমজা মতম হেনমল্লদুনা পুকম থৌনিদুনা নাউবাবু পুহং-পাউহংগে তৌই । অদুদা লৈবাক্কী মিনোকখোল কনবনা কৌথোকপা ওইনা নাউবাবু থোকখিদুনা পলেম শীনযোমনুংদগী লবাই লেম্ফু শম্নাং খাযনা লৈচিন শেনফ্রাগুম, নুংফাইগুম্না পাইথোকখ্রগা চৎখি । লনহাংঙম্বনা মচানি হাযবসু মহায়বা, পোক্তববা মপোকপা, মনাক্তসু লৈতনা মফম খঙদনা মাংখিবা মবম অসিনা মবুক্তা নুংঙাইতবা, অবাবা কয়া ওইখিবদগী মচা অমতং তাইবংলেন্দা ফংজগে চপ য়ুংনা নিঙখ্রে । নোংদম্বা লাইযিংথৌ অশিবা লাইবু পুকম লাইপাউজগে বাখন্দুনা অঙাওবগী পান্দমগুম্না মায়কৈ সলাই খঙদনা নোংচুপ হাবমগী চীংশাংলোমদা উমং-বামং, চীংখোং-চীংযা, লাক-তাই খুদিং কোয়না চৎতুনা অচিকপা লম থিবক্লে । অদুদা

ঈশিংখোং অচৌবা অমা চেল্লদুনা উ-ৱা, হৈ-লৈসু চংখোম্না হৌবম্মী। নোংচুপ হাবমগী চীং অচৌবা অমগী লোকচাও অমা থেংনবে, লোক অসিগী ঈশিং অদু নোংচুপ পাংনা মনিং তম্না চেনখিবা ঈশিং ইবম অচৌবা অমা ওই। 'মফম অসিদা ঐগী লাইনিংফম নিংথিনা শেমদুনা চাবা, তুম্বা নিঙশিংবা লৈতনা লাইয়িংথৌ অশিববু পবৈ চেৎনা থাগোম্নদুনা নিঙজগে' হায়দুনা মফম অদুদা মতম শাংনা চাদ-থক্তনা নিঙলক্লে। লনহাংঙম্বনা লাইনিংলিবসি কায়হন্দ্রবদি নোংদম ফাৎলম 'লিলা' কায়বা তাবে হাযদুনা অশিবা লাইনা মনাও পাখংবদা খঙহল্লি। অদুদা পাখংবনা লনহাংঙম্বগী লাইনিংলিবদু থুগায়নবা খাবা তাওবোইনাই তবেং থাবকই। মতম অসিদা মতিক মঙাল লৈববা মখোয় খাবা তাওবোইনাই তবেং অদুনা মানা-মানা ঙম্বা মতিক মঙান পুথোক্লদুনা মালেম্বু থক-থক নিক্লা খাক-লাও খোংনা ঙংদুনা লনহাংঙম্বনা লাইনিংলিবা মফম অদুদা তাববে। মখোয তবেংমক্কী হৌ লাওনা ঙংলকপা অকনবা যাউৱা খোম্থোক্তুনা চীংজাওগী লোকনুংদুদা হক্লা লৈখিবনা চীং অদু নিংখাইবগুম্না ঙংদুনা পুমনিন নিন্না লৈবম্মী। মদুদা লনহাংঙম্বনা খংদুনা লাইনিং পবৈ কাযদুনা মমিৎ খঙপাং পাঙথোবক্লগা য়েংথোকখিবম্মী। অদুদা চীং মতুম খিনবগুম্না ইবং লংনা, মথুপ ময়াং থেক্লা মখোয় তবেংমক মনাঙ্গা তাদুনা লৈবম্মী। মশক অদু উবদা লনহাংঙম্বা মবুক তাথিনা শাওখিদুনা 'ঐনা নিঙবা মবমসি কাযনবা খুজিল থৌবাংলিবা ওইববোইবে, খঙগনি হায়দুনা তুং হন্না যেংথোবকপদা মনাঙ্গা মতাং তবেংনা শা-লম চনবা লুৱাং তৌ হাপুং অমা হৌবা উবম্মী। তৌ অদু খুদাপ অমা ফুক্তুনা তাউবোইঙাইগী লাইমিং মিংখৈ হাপ্তুনা মখোয় তবেঙুদা য়ৈখি।

লনহাংঙম্বগী লাইমিংনা কনবনা মখোয তাউবোইনাই তবেংনা লৈবা, খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঙংদুনা চীংজাও তম্না চেনখৎনখি। মখোয তবেংকী মখোংনা খোংথবম্বদা চীংমাই অদু নিঙখায়দুনা লোক্কী লাইজ ইবম কম্না চেল্লিবদু ফুন্দুনা ঈশিং চেন্দনা মৌখৎতুনা লৈবে, ঙাইহাক

লৈবগা তাউবোইনাই মখোয় তবেংনা হোগায়দুনা লোত্তাক তাম্না চেন্নখি। মখোয়না চেন্নখিবা মবম অদুদা লোক্তুগী ঈচেল খোঙলম অচৌবা অমা ওইদুনা অপনবা লৈতনা অকি-তুজুং ওইনা ঈশিং অদু চেনশিনখি। লোকচাও অদুগী হান্না চেল্লম্বা ঈশিং ইবম্বু চীংজাওসিনা নিঙখায়দুনা ফুন্দুনা মেনখি হায়দুনা চীংগী মমিংবু 'মেনদে লৈকিনথা চীং' কৌখি।

ঈশিং অসিনা অপনবা লৈতনা নেংগাংদনা চেনশিল্লক্তুনা খা মাইকৈ তম্পাকশিং ইথুমদুনা তাইবং মখৈ লৈবা যাবা খাঙফম অতোংবা য়েংদুনা চেন্নখি। ঈশিংসিনা চেম্থখিনবা ইবম মতিক চাবা লৈতবনা নোংমা-নোংমগী ইথুম্নকপনা অৱাং পাংনা চেন্শিল্লক্তুনা কুকম লৈবাকপু তাইবং খুন্দা লৈতাবা ঙমদবে। অতোংবা ঈশিং থুমলোইদবা যেংনদুনা লোইবী চীংদা তাংজ ফবা লম থিদুনা মানা-মানা খোংদানিংবা খা-অৱাং, নোংচুপ-নোংপোক মায়কৈ মবিমত্তা চেন্দুনা খোংদাদুনা লৈনবক্লে। নোংমা কংগদ্রা মকংদে, ঈশিংনা চাউবা নোংমা-নেংমগী হেনগৎলক্তুনা লৈবক্লে। কুকম লৈবাকপু নুংশিবনা লোইবী চীংশাং অকোইবদা লৈদুনা চীংদা লোক তাযদা চাবা যাবা মশক মখৈনা তাইবং থৱায হিংনবগী অহাওবা মশক ওইনা চাদুনা খাঙদুনা তাইবং কোইজাযনদুনা লৈনবম্মী। মুৱাং লনহাংঙম্বগী ঈশিংনা কুকম লৈবাক, কংলৈ পুংমাইযোনবু লাইজ ইথুমখিবনা লৈতাক খুন্দাকপদগী লৈবসি লৈহৌঙেদগী লৈবকপা ইনুঙবুঙগুম কুমজা মতম নুংশাংনা লৈবক্লে।

*খুম্ভোক্তুনা অমুক হৱাওবা :*

অসুম্না লৈপাক অসি নিংথৌ কাংলবদা তাইবং মীওইবসু লৈত্রবদা, খোইয়ুম লাইযাম্না ৱা-তান্নবে, "ঐখোয়গী মীবা পোংথোক লৈপাক অসি লাইনা থাবা লৈপাক্লী। লৈপাক অসি মপু পান্দবে। খোইয়ুম লাই ঐখোয়গী মপু থিবসি। নিংথৌ পাল্লবদি তাইবং মীসু হল্লক্কনি। হৌজিক লৈপাক অসি কাযবে" হাযনা চীঙংু লাইয়াম খন্নববদা নোংপোক নিংথৌ কাযনৌ চীংশোম্বনা হায়বে- "লাইজ তবং ঈশিং অসিদি ঐনা চিংথোক্তুনা

কংহন্নবগী থৌবাং তৌবগে । লাইয়াম নখোযনা নিংথৌ মপু থিকও” হাযনা থৌশিল্লম্লগা নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চীঙশোম্বনা হাওবে খা শম্থোং পাংনা কুমথবক্তুনা মেন্দে চীঙগী লোক্কী ঈশিং লৈতাক তুবেন্না লোক্তাক্তা চেনশিন্দুনা তাববা ঈবম্ভু হান্না অনৌবা ঈবম অমা পীখি । অদুগা খানমলোন চীঙশাংগী মৈবম পাংনা খোঙ্গাখিদুনা মখুৎসু যোৎসুক্রা চীংযা ঙা থিনগাযদুনা হুৎলগা ঈশিং চেন্নবা লম্বী শেম্মী, মমিং ‘চীঙনু হুৎ’ মিংথৌনখি । ঈশিং ফাৎপা লোইবদুনা খোঙঙ্গাবকপদা ঈশিংনা ঈবাওখোল চাউনা থুনা যাঙনা চেনখিবনি মযেং থুনা তাখিদুনা চীঙচেং অমদা হৌবা উ অমগী কাবোং মশাদা চাউববা লেমলৈ ঙাকপী অমা ঈশিং কংখিবনা হান্দুনা উশা কাবোং অদুদগী লাম্থোকপা নংহৌদনা উশা অদুদগী লাম্থোক্তনা ঈশিংদা চোংথবা ঙম্নবা চোং-ফন্দুনা হাইদনা যান্দুনা লৈবম্মী । অদু নোংগীবু ‘ঙাবীযান চীংজেং’ হাযনখি । মফম অসিদগী নোংচুপ পাংনা লাকপদা লাইজ ঈবোন্নুংদা লৈফুৎ লৈবাযদা লৈবা মপুক্রা মথানা চৎপা মশক অমা মশিং লাকঙমদনা চীঙ অচেঙবা অনিগী মবক অতেম্বা খবদা মখোয মশেন মবক্তা মশা-মশা লৌশিন-যেৎশিন্নদুনা লৈবম্মী । অদু নোংগী ‘ঙাপ্রুম চীঙজেং’ হাযনখি । অসুম্না কুকম লৈপাকপু ঈশিং কংখ্রদুনা মালেম লৈতাবক্লে । অকুৎপদা ঈশিং খবা তুংহৌবা নত্তনা পুমকং কংনখ্রে ।

লৈপাকসিদা লৈবিবা কোইযুম উমলাং পুম্বা মাগী মাগী লাবোয শীংলোযগা লোযনদুনা লাই পাখং, লাই নুবানচিংবা লোইনা কংলৈ পুঙমাযযোন্দা খোঙ্গাবক্লে । খোইযুমশিং নৌনা খুম্থোক্তুনা লাই নিপা নুপিশিং পবেং লেংদুনা হবাও শৈহৌ তম্মী । মতুঙ নোংঙানবা নুংথিল পোপ্তা হুনবা মতমদা খোইযুম লাই মখৈনা শগোল কাঙজৈ শান্নদুনা নুংঙাইনৈ । মফমদি ‘ব্রাহৌ ব্রাবোয় লাংদাই পুঙদা থোক্তনা শান্নে । মমায় নোংচুপ ওন্দুনা মখা যৈবা খোইযুমশিংবু পনঙাকপদি মার্জিংনে । পনঙাকচন্না ‘খম্নাঙবা’ । পল্লকচন্না ‘ঈবোঙ নিংথৌ’ । লাঙজৈনা

'ঈকোপ নিংথৌ'। পঞ্জেন পল্লকচন্না 'ঈবোঙ নিংথৌ'। পঞ্জেনচন্না 'নোংশাবা'। পঞ্জেনবনা 'পাম্ভোইবা'। মমায় নোংপোক ওন্দুনা অৱাং য়ৈবদি- পনঙাকপনা 'থাংজিং'। পনঙাকচন্না 'খোবী ফাবা'। পল্লক চন্না 'ৱাঙবৱেন'। লাঙজেনা 'যাঙ্গাই নিংথৌ'। পঞ্জেন পল্লক চন্না 'নম্বুল লাকপা'। পঞ্জেনচন্না 'ওক্লবেল'। পঞ্জেনবনা 'লোযযা লাকপা'। কাঙজেবোই তবা-মবী লাংগোই তোংদুনা কাংহু লেংদা থোংদুনা মহৈ মহৈ নোংপোক নোংচুপ লেপ্তুনা লৈনখ্রে। মতম অসিদা লৈময়োল খুন্দা অহানবা অৱাং কৌক্র অসুপ্পনা কাঙদ্রুম খুম্ভা পায়দুনা 'হনত্রে' লাউদুনা কাঙদ্রুম হুন্দুনা অকী-তুজুং লৈতনা শান্নখি। কাঙজে লোইদুনা কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা খোঙ্গাবক্লে। লাইবেম্বী ঈমা মখাঙনবী নোংপাক লোযবাঙ পাম্ভোইবীনা লুচিংনা লাইবেম্বী তবা তকক্লা শীন্দুনা অনৈ চাজা যুকৌনা পুক্রিং হবাও তয়াম্লে। মতুঙ খোংযাই লমজেন তাম্লে। নোংপোক পাম্ভোইবীগা, সনা কোঞ্জিন লাংবগা লমজেন খোংযাই তান্নখিববু কোঞ্জিন লাংবনা থোইবে। কৈ-যেন শান্নবে। কৌক্লনা তোকপা ওই, থাংজিংনা ক্যাম্বা শাই, ঔগ্রি হংগেল হি হোন্না লাইবোই লাংওন ওইবে।

*<u>খুজীন থৌবাঙবা</u>* :

খোইয়ুমশিং অসুম্না হবাওবা লোইবদুনা খোইয়ুম যোযবেল ফমদা ফম্না লৈপাক্কী মিংলেন ৱাখল্দুনা হৌখিবা মিংলেন মরম্বু নোংপোক লাই অচিনবা শাংথ-লেমথনা লীবকখি। নোংদম্বা মপুগী মতিকপু খোইয়ুমশিং খঙনা তাহল্লি। মতম অসিদা কংলৈ পুঙমাযযোল ঈথুমনুবগী অযাম্বা তাইবং, খোইয়ুম পুম্বা লোইবী কনা খাঙলুবা, কংলৈ ৱাংমা লানখিবশিংবু অমুক খব-খব মুশি-মুশি তমদা তাবম্ভুনা নৌনা খুম্ভোবক্লগা খুন্দা-লৈতাদুনা পানবা হৌবক্লে।

খোইয়ুম উমং লাই মখৈনা তানদুনা নমু তাইবং লৈবা মখৈবু খুন্দা-লৈতানা লৈবা ঙমদনবা থৌঙম থৌপুববু লাবোয় শিংলোয় লৈবা মখৈনা খুজীন-থৌবাংলক্লে। লৈবিবা তাইবং নমুশিং পুম্বদি নোংমা-নোংমগী

মতিক মঙাল, মথৌ মঙম খব-খব শোম্বকপনা খোইয়ুম উমং লাই শবোয ঙাবোয়না লাকচ খুদম চল্লক্লে । খোইয়ুম লাইশিংগী মশকপু তাইবংশিংবু উহল্লম্ভবে । তাইবং কনাগুম্বা চীক্লা চৎপা উবগা খোইয়ুম লাইশিং ঙম্না থোক্ভুনা তাইবঙ মীবু মাঙনবা থৌবাংঙি । তাইবং য়ুমদা চান থক্লবা থম্বা অচা-অথক, কোল-লীক লৈববু লাইশিংনা ৱাতাম্নবগা খঙহন-উহন্দনা চঙদুনা পুদুনা, চাদুনা হেক-হেক চৎখিবা থৌবম অসিতনা নোংগাংদবে । তাইবঙাশং লৈবদা কাঙথংনদবে ।

থৌবম অসি উব খঙলদুনা অৱাং লাই খুন্দা অহানবা কৌক্লনা থাংজিং. ৱাংব্রেন খোইয়ুম লাই অনিবু কৌখভুনা ৱাতানৈ । থৌবম অসিবু লৈঙাক-লৈথিঙনবা 'লৈনুঙ যাখু যাবীচা' বু হায়জদুনা যাথোক থৌনি মবন্মু থৌঙম থৌপুহন্দবা যাদে । নত্রবদি খোইয়ুমলাইশিংনা তাইবংশিংবু লৈহল্লবোইদৌবি । থৌবম অসিবু ওইনবা খোইয়ুম অনিনা তৌবে' হাযদুনা শিন্নবে । থৌদাবু থৌপুনা খোইয়ুম থাংজিং, ৱাংব্রেন অনিনা পুকম থৌনিনা লৈনুং যাখু যাবী চনুবু কংলৈ পুঙ মাযোন্দা মমিংবু 'নোংদা নোংখললেম্বী' কৌনা যাথোক্ভুনা লৈহল্লে ।

<u>*লৈপাক অমুক তাকখিবা* :</u>

মতম অসিদা হৌ কেগেলশ্ম-হনবগী মযুম মোইবাংগী লুচিংবা হৌ কেগে ঙাংজেং লৈতকপনা হৌ কেগে পুঙগী থৌবু থৌঙাক পুবদা "খাম্বী লৈকোইবা (লীকোন শান্নবা) চনু নীঙোল পাউশানা ফাৎলম অমা হৌখি । অসিদা মোইবাং পাখং হেঞ্জুনহাগা, নুবা লাইবৌলেম্বীগা শাবী শানৌ অনীনা ৱাশক তেমশিংনদুনা খাম্বী লৈকোই শান্নদুনা লৈ । অদুদা উমং লাই শবোয ঙাবোযশিংনা মাঙননবা খুজীন থৌবাংদুনা অহীংদা হেঞ্জুনহাবু থেমথোকলুবগা য়াংলৌ লম্ম-খাঙ লমলোঙ অহূম ফাংবদা তাবা চান্নবা শানা লৈবম্লগা হেঞ্জুনহাবু মাঙহন্নবা থৌবাঙখ্রে । পাউ অদু তাবদা মশানৌ লাইবৌলেম্বীসু চেল্লভুনা হেঞ্জুনহাবু কোন্দুনা অমং থবৈ থাখ্রে । থৌবম থৌদোকপু তাবা, উবদা তাইবঙ লৈবা মখে

মাগী মাগী ময়ুম থাদোক্তুনা 'লৈপাক অসিদা তাইবং ঐখোয় লৈবগী য়াইফ লম্বী তানফংলবোই উমং লাই অসিনা লৈবিবা মখৈদি লৈপাক অসি থাদোক্লসি' হায়দুনা লৈফম কাঙথক খঙনদনা মানা মানা চৎনিংবা লম্বী যেংদুনা চৎনবক্নে । ঙাংজেং লৈতকপনা মচা মনাও খোমদুনা লৈফম কাঙথঙ খঙদনা পঙচৎ চৎনখ্রে ।

থরাবেল, মচন লাই খুৎলোংবী, মনাও পোইবৈতোন, মদাইবেম লাইনাওতাবী, মচা তবুংশিংদবুং, মদাইবেম সম্বোং পুনেম্বা চনু, মচা অবেং, পামিং (পাশিং), কাবুং অসিনা লুচিংদুনা নোংপোক হাবমলোমদা খোংদাখ্রে । লৈনুং যুচাখা চনু ঙাংশাবীনা পোকপা ঙাংহুম্বোক, ঙাংনিংশিং মচিন-মনাও অনিনা লুচিংদুনা কাঙলুপ অসিবু নোংপোক খোঙদাবদা য়াওবে । লৈমা তানুনা পোকপা থবোংনচিংবনা চীঙদা কানা নোংচুপ পাংনা চৎখবে । হুযমু লৈমনা পোকপা লমলেকশাংগা, নুঙঙৌ ঈমথঙবগা অনিনা লুচিংদুনা নোংপোক লৈহৌ চীঙদা চেন্দুনা লৈবে । খোঙলৈশঙগী লুপ অমসুং চীঙদা কোইজাইনদুনা লৈখবে । লৈপিবেন্না পোকপা তৌবিনখাগী মচা তৌবেল খুবনা পোকপা তৌখাবোলগী মচা খাপীগা, থাপা লৈবোলগা অনীগী কাঙলুপ্না মখা মাযকৈ পাংনা লৈকা ইজাইনদুনা লৈখ্রে । লৈচীক নিংথৌ চনুনা পোকপা ঙানবা লৈচীকপদি মাগী মুপকা লোয়নদুনা মঙাং লাইবকচনগী শান্ন-ফম চীঙ্খ্রে নোংপোক্তা খাঙদুনা লৈখ্রে ।

*নোংলুম পীবা*

উমং লাই শবোয লাবোযশিংগী থৌঙম থৌবম উবদা লৈনুঙ য়াখু যাবী নোংদা নোংখল লেম্বীনা তাথীবে । তাইবঙ কনা লৈঙমদবনা মাযকৈ শল্লাই খঙদনা শানফম্নু কোইজাইনহনখি মবম উবদা "নমু তাইবঙব্ কন্ননবা যোকপীবা ঙম্বা ঈপাবী অমা পোক্তুনা হৌ কংলৈ লম্ম-হনববু লৈঙাক-লৈশঙনবা থম্লগে" রাখন্দুনা লৈপাক নিংথৌ কাংলবদা, কাংথঙ নাইদ্রববু কাঙথঙ পুথং নাইহনগে হায়বগী নোংদা নোংখল জেম্বীনা

লৈপাক নিংথৌ কাংলবদা, কাংথঙ নাইদ্রববু কাঙথঙ পুথং নাইহনগে হাযবগী নোংদা নোংখল লেম্বীনা অমবক ময়ুম চাবী হাগে (ময়ুম পানগে) হাযবগী শান্নফম কোইজাইনবদা কোইয়ুম তাইবঙ কনা মউ থাবীনবা তানফংখিদবে । মতুং অদুদা কানদ্রে হাযদুনা পুকম থৌনি ব্রাখন্দুনা 'নুমিৎ পুঙদা' ফমদুনা কোবৌ হনববু পুকম থৌনিনা চাবা থকপা, তুম্বা পোত্থাবা লৈতবা কুমজা মঙা চুপ্পা য়োযমাযাই অঙানববু ইবী চেৎনা পুকম লৈপাযনা থাগৌনা লাইনিং পাবৈ চেৎনা থৌনি ব্রাখল থাবক্কে । পিবিংনু, অহুমনু, মাযবেঙ হৌবা চনু, নোংদা নোংখল লেম্বী, ঈমজাও লৈমা ওইবী, লৈমা অহুমক তানফংবী, নিংথৌ অহুমলক তানফংবীগী পুকম থৌনিবোন্দা খাঙবা ঙমদ্রদুনা 'পুবিংলেলবু' থাগৌদুনা থৌবু থৌঙম তাক্তুনা কোবৌ হনবা মালেম অঙানবনা মহাক্তগী মহাক ওইবা মশক অমা (নোংলুম) ওইনা পুথোক্তুনা পীবে । পুবিংলেম্না নোংলুম্বু মযাদা উম্লগা পুকম থৌনি থাগৌবা মফমদা লাক্তুনা ব্রা ঙাঙলকপদা মবোল লৌফম খঙবা ঙমদবে । নোংদা নোংখললেম্বীনা 'তাক্লিবা হাযবক্লিবা মবম্বু ঐবু খোংগুন তাঙমদবে । নঙগী নযাদা উমলিবা অদুনা কবিনো ' মদু থম্লগা তাকপীয়ু" । পুবিংলেম্না নোংলুম মযাদগী লৌথোক্লগা মখুৎনা পাযদুনা হায- "নোংদা নোংখললেম্বী । নঙনা পুকম থাগৌবা লাই অদুনা পীবকপা নোংলুম্নি লৌও । নোংলুম অসিনা নীংলিবা থৌবম্বু থৌঙম থৌবুনা তাইবং শকথোঙদা মপোক অথোয চঙখোল্লবা অমা ওইনা থোক্লক-পোক্লক্নি, চেকশিন্না থাগোম্নজৌ" হায়না পীবীবে । তাকপা থৌবম পুম্বা যানা ফিগাও শানা যাদুনা নোংলুম্বু লৌহৌবে । লৌহৌদুনা য়াহৌবা মফম্বু 'যাবীবোক' কৌনখি । নোংলুম উম্না ব্রা ঙাঙবদা মবৈ লোম্বনা ব্রা ঙাঙবগুম ঙাঙনা পুবকই হায়দুনা পুবিংলোনবু 'পুবৈবোম্বা' মিহুল তমদুনা মফম অদুদগী নোংপোক পাংনা চৎখিদুনা নোংপোক লৈহৌচীঙদা থুপ্তুনা অমুক লৈখি ।

নোংদা নোংখললেম্বীনা তাক্লম্বা থৌবম্বু থৌপুনা কুমজা অমা

চেৎনা চান্না কোন্দুনা থম্মী, ওইঙমদে। পালেম উগী উথুল অহোবদা কুমজা অমা থম্মী, ওইঙমদে। মতুং কুমজাগী চহি থাজদা হৌ কংলৈ সনা পুঙমায়য়োনগী নুংকোং (নুংজেং) পাৎকী মযাদা পামেল উবৈবোম অমগী মখোঙদা ফিবোয়-ফিঙাম শুনা থাদুনা কুপ্পুনা থমলে। পলেম ঈমা লৈমগী মতম্বাক্তা শিন্নখ্রে।

খৃ: গীনা ৬ শুবগী মনুং ইঙাথাগী থানিল য়ুমশকৈশ নুমিৎকী নুংথিল পোপ্পা হেক হুনবদা মতীক মঙান্না খাম্বী মৈত্রং অবাবা মৈজাও হৌবগুম্না মায়কৈ শিন্না পুমঙান ঙান্দুনা তাইবং মপোক অথোয চঙখোল্লবা অমা ওইনা চোংথোবক্তুনা লৈববে। লৈবা উবদা লৈনুং য়াখুয়াবী লাইবৈমনা মপুক্লিং মকা লান্না লৈজদুনা মপুক্লিং অৱাবা ৱাখল কোক্লে। মফমসিবু 'অকোকশঙ' কৌএ। মফমসিদা কৌক্র লাইলোংবা, নোংপোক পাম্থোইবা, ৱাংব্রেন, থাংজিং খোইয়ুম মবীবু খোংঙ্গাবক্তুনা ৱাতানৈ। নাউৱা অঙাংগী মমিংবু 'নোংদা লাইবেল পাখংবা' কোল্লোয মিং কৌএ।

*তাইবংশিং কৌথোকলুবা* :

খৃ: গী ১১ শুবা, নোংদা লাইবেল পাখংবগী চহি কুমশিং মঙা হৌবদা লাইথিংথৌ অশিবনা লাংওন্দুনা নমু তাইবং মীগী মশক লৌদুনা পুন্সি নুংশাংনা পাল্লক্লবা অহন অমগী মশক ওইদুনা লাক্লগা নোংদা লাই পাখঙববু থেমথেক্লে। "পাখংবগী পলেম মমা ওইবিবী নোংদা নোংখল্লেম্বী নহাক্না লৈপাকসিদা লৈবম্না তাইবংশংবু উমং লাইনা লাকচ-খুদুম চনবদগী খুন্দাক-লৈতাক্না লৈফম খাঙথঙ খঙদনা কোইজাইনখিবা, য়ুমহোং-খুলহোংখিবা মখোযবু অমুক খুন্দা-লৈতাহন্দুনা থমগে নিংলিবা অসি ঐনা তাইবংশিংবু কোয়না থিবন্বগা পুবীবক্নে। নংনা তাইবংগী নুংঙাই-যাইফনবা নোংদমগে, তাইবংগী মীচঙ চঙগে শাবী ৱাশক্লবদি অহনগী মতম ওইববা পুন্সি নুংশাংনা পাল্লবা ঐনা ঈমানা তাকপা থৌবম পুম্বা থৌঙম-থৌপুজগে। ঈমানা নিংবা মবম অসিদদি থৌঙম্লবা থৌবুবীয়ু।"

"অহন ওইবা নঙগী নখোঙ খানা খাসনু। কোল্লোয মিংনা

কবি কৌবিবগে ? শাঙলেম্না কদায়দা লৈবীবগে ? অহনবু ঐনা য়াম্না মুম্না খঙখিবা ওইনসু তৌই। কনানো হংলবসু হায়দোকপা ঙমদে।"
"ঐবু খঙলমগনি, উবমগনি। ঐদি কোয়না চৎপনিনা ঐগী শঙলেন থমদে। মফম খুদিং শিনবা থুংনা নোংমগী মনুংদা কোযনা নুমিৎ খুদিংগী লৈবনি। ঈমিংদি কনানা 'শিদবা পোইনাউতা' থাকৌই। ঐ চৎলগে, নমু তাইবংশিং নঙগীদমক কৌকখিগে" হাযবম্লগা চৎখ্রে।

নোংপোক হাবম পাংনা লাক্নুনা থৱাবেনগী মচন লাই খুৎলোংবীগী কাঙলুপকা, পোইবৈতোন খোঙফাঙ অতোনবা, মদাইবেম লাইনাউতাবীগী কাংলুপকা ঈশিং অচৌবা অমগী মপান্দা খুন্দাদুনা মফম অদুদা লৈবম্বা মীশিং অদুনা ঙাংবা মবোলগা লোলদীম্নদবনা কাঙবু অনীদু হাম্না লৈবম্বা মখোয়দুদা "ঐখোযসু নখোযগী লোলবু তাংদুনা মফমসিদা লৈবগে" হাযনা লৈমিন্নখি হাযদুনা 'তাংবো খুন' হাযনা তাংদুনা লৈবম্বদুগা উন্নবে। লাই শিদবনা তাইবংশিংদা হায়বকই- "তাইবং নখোযগী নুংঙাই-যাইফ নোংদম্বীনবা কংলৈদা হৌজিক মৈদিঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা মযুম তবেৎকী পিবা ওইনা যাথোক্লে। মবিম লৈপাক তাংবনা অফ-নুঙাই তানফংলবোই" হাযনা খঙহল্লবদা থৱাবেলগা, মচল লাই খুৎলোঙবীগা অনিদি খুম্নোকসি হাযবদা যানিংদ্রদুনা মখোযগী কাঙবুদি "অশুক লৈহৌবগে" হাযদুনা লৈহৌই। পোবৈতোন্না লুচিংবা মচা শীঙদবুঙ, মদাইবেম শম্লোঙ পুনেম্বা চনু পাম্নদুনা পোকপা অবোং, পামিংনচিংবা লুপ অমা, ঙাবেলহনবা লৈনুঙ যুচাখা চনু ঙাংশাবীগী মচা ঙাংহম্লোক, মদাইবেম ঙানুবোম্নচিংবা লুপ অমা, খাবা ফাম্তোংবা, মহৌশৈ নিংথৌবা অনীনা লুচিংবা লুপ অমা, তাখুক লুখোই, তাংকোই অনীনা লুচিংবা লুপ অমা। লুপ মঙামাবু লোয়ননা লোইবী চীঙৱাং থক্তা কাবক্লবগী লোইবী চীংদোল তম্লবগা লাই শিদবনা হাযবকই, "তাইবং মৈতৈ লুপ মঙামা। নখোয় পুম্নমক্না কংলৈ তম্না চৎঙমলো। লোইবী চীংদা পানখ্রবা মৈতৈ লুপকী কাঙবুসু কোইজাইননা মবৈবি। মখোযগী

মফম্লাংদসু পাউদমলুখিগে” হায়ববদা, লুপ মঙানা হোয-য়াখিবে। অদুদগী লাই পোইনাউনা চীঙগাবম লম্বী চৎনা কোযনা পাউজেল্লে।

মতম অসিদা মীবমলেন্দা লৈহৌবিবা থব্বাবেন্দি মদোম তবক লৈববু নুংঙাইবকত্রদুনা থোক্লগে হাযনা লুপ মঙাবুসু তাহল্লবসু তৌদনা লম্বী শমপৎ হূনা লাকপবু চাবা, থকপা, তুম্বা থোইনা থিখিদবে। মানা হেন্না খোঙব্বায় মাঙ থানা ব্বাযথুংনবা লাক্লুনা নোংপোক হাবম খোঙদা-নববু নোংচুপ হাবম শানবা হাযদুনা লম্বা থৈনা লাক্লবগী থাঙহি ঙাংঙোই, হৌখুবোই লমশাঙ লাক্লগা নোংপোক খোঙ্গাবক্লুনা কংলৈপুঙদা চঙখিবে। ময়ুম পিবা মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখঙবগা উনবদা কংলৈ মপু পিবনা মৈতৈ তাইবং লাকপা উবদা পুক্লিং হবাও তযাম্লা তাইবঙ অবাকপবু কৌশিন্না থমখিবে। লাই শিদবা পোইনাউতানা হাযবম্বগী মতুঙ ইন্না থব্বাবেন্না লৈশী-লৈথোন্না মচন লাই খুৎলোঙবীবু লাইস্না কৌনা লুহোং লৈবাংনা নোংদা লাইবেল পাখংবদা কভুনা লুতীল্লে। লাকইবা থব্বাবেলগী লুপা পুম্নমকপু যাম্লা লুনা নুংশিনা মখোযনা হাযবতা থৌপুনা পাখংবগা লৈবা হৌবে।

লোইবী চীঙদা পোইনাউতানা পাউজেলবদা লমলেকশাংদি “ঐদি লোইবা চীঙদা অশুম্বা লৈদুনা নোংদা লাইগী লমশেংবা ওইদুনা লৈঙমজবগে। তমদা অমুক পানঙম্লবোয” হাযববগী লোইবী চীঙদা লৈহৌবে। মনাও নুঙঙৌ যুমথাঙবগা, খোঙলৈশঙগা অনিনা লুচিংবা লুপ অনিগা লোযননা তম্পাক লমদা খোঙ্গুম্লক্লে।

<u>*লাম্ভেংনবা :*</u>

পোইবেতোন্না লুচিংদুনা লাকপা লুপ মঙামানা যাংলৌ লম্বী শম্লা লাকপবু তম্পাক যৌবক্লে। “পুম্নমকনা থাদোকখিববা, উমং লাইনা তাইবঙ খুম্ভাক-লৈতাকহখিববু অমুক তান-ফংদুনা ঈয়ুম লমদম খুন্দাবগনি, ঈনিং তম্লা পাঙ্গবা ঙম্লগনি, যাবগনিদো” নীংখলখিবগা মপু হবাও-তয়াম্লা পুঙ-সেন যৈনা লাউ-খোংদুনা কংলৈ পুঙ তম্লা খোঙ্গাবক্লে।

অদু নোংদা ময়াম্বা থৱাবেন্না মপুক তাথৌ শোইনাইখিবনা ময়ুম পিবা নোংদা লাই পাখংবদা "খোল্লাউ অসিবু তাববা ? মনীং তম্বা তাইবং নোংপোক খোঙদাখিববা, তাইবং লমহেনবা কাঙবুনা খুল্লিংনা কংলৈ পুঙমাযযোলবু পামখিবগী, হুয়েল লান্দাবকখিববু তম্পাক তাবক্তনবা তৌবীয়ো" হায়না ৱাহোম্লবগী, পুকথীল ৱা থোইনশিনবু থাজখিবনা মখুৎসু মখুৎলায় পায়না লোয়যিল-খময়িন পুনা থোক্তুনা পোইবৈতোন্না লাক্কদবা মাযকৈ তম্না লান্দাবক্লে । পোইবৈতোনগী কাঙবুনা থকপা লোইদুনা ঙহাক পোথাদুনা থেল অমদা লৈবিঙৈদা নোংদা লাইবেল পাখংবনা অপনবা লৈতনা পুহং-পাউহং তৌদনা লাঞ্জঙলক্তুনা লাক্লিবা পুম্ববু তুংবুন লীফানদুনা ফাবে । মখোয়না পুবকপা খুৎসু -খুৎলায়, সেৎনা পান্না, অচা-অথক খিবীকসু মুল্লে । মফম অদুবু 'লাম্বেংনম' থাগৌবদগী 'লাঙঙথেল' হায়না মিংগৌখি । মফম অদুদগী কংলৈ পুংমাযযোল তম্না পুবকখিবম্মী ।

পোইনাউতা লাই শিদবনা চীঙদা লোক্তুনা খাঙঙম্বা তাইবং মখৈশিংবু পাউজেন্না কোয়না থেমদোকলুবদা অযাম্বদি 'চীঙদা অশুম মবৈবগে' হায়না লৈঙমহৌদুনা, খোঙলৈ শঙগী লুপকা, ঙানবা লৈচীকপগী লুপকা কাঙলুপ অনিগা লোয়নদুনা লাকপদা, পোইবৈতোনবু অৱা নোংদম তম্বা উবদা তাথীদুনা খোঙশৈঙগা, ঙানবা লৈচিকপগা অনিদা 'নখোয় পুম্বা হৌ কংলৈ যৌনবা লাক্লে । ঐদি খোঙৱায় মাঙথবম্লগে। নখোয় খ্বাইগী ৱায়থুংফম যৌবাংলমগে' হায়না মাঙথানা লাক্তুনা কংলৈ সনা পুংমাযযোল যৌবক্তুনা নোংদা লাইবেল পাখংববু কৌথোক্তুনা মফমদা ৱাহোম্লকই, "ময়ুম তাইবং লুচিংবা ! তৌঙম্লিবা অসিবু কবিনো ? ঐনা পাউজেল-পাউতাকপিদুনা মপুক হবাও-তয়াম্না নোক-খেনা লাউদুনা লাকচবা তাইবং মৈতে ঙাক্তনি । নংঙোন্দা ওইদবা ৱানা পুমথীল থৌশিল্লিবা অদুদি থৱাবেল হায়বা ময়াম্বনি । নদাইবেম ওইবী অদুনা অনিমগী মচম্নে । পিযাইনু কৌবীনা পোকঙম-শাংঙমজবা মপাবী মমোম ঙাক্তনি ।

থব্রাবেল কৌবা মহাক্তি ঐনা কংলৈ পুঙদা থোকঙমসে হায়বদা, থোবক্লবোই হায়দুনা মপুক-মবীন শেংদনা, লুতুং ব্রাসু ব্রাখন্দবা মানা কবম্লা কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা খোঙ্গাদুনা লৈবম্বসিনা কবম্লা লুচিং অহন ওইবম্লিবা ? মুনহা মপুক থাদবনা তৌগদবা চৎলম্বু অহল মানা মচৎলে” হায়না খঙহল্লবদা, লুতুং লীফা-নকবা নুপা মঙাবু থাদোক্লে। খোঙলৈশঙগী কাঙলুপকা, নুংঙৌ যুমথঙবগী লুপকা অনিমসু থুংলববগী লুপ তবেং মানা লৈপাকসিগী তাইবঙ খুন্দাবা হৌবা যুম ওইনা মৈদীঙগু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মহাক-থক্তা অমুক নৌনা খুন্দাবা হৌনবা থৌশীল নোংদম্লে।

*মা-মাগী লৈফমশিং :*

লাইশিদবা পোইবেতোন্না তাইবং মৈতৈশিং মানা-মানা লৈগদববু থৌশি নোংদম হৌবেং,- “ঙাংহুম্লোক, ঙাংনিংশিং নকোয নচীন-ননাওগী লুপ্তি “হৌ কেগে লম্ম-হনব” না কোনবা লমদা খুন্দাবো।০। খাপী, খাপা লৈবেল, খাপা ফস্তোংবা নখোযগী লুপ মখৈনা “হৌ থবৈ লম্ম-হনবা” দা খুন্দাবো, থব্রাবেল নঙগী লুপ্লা “হৌ শেল্লোই লম্ম-হনব’ দা খুন্দাবো, অবোং নঙগী কাঙলুপ্লা ‘হৌ লানলোই লম্ম-হনবা’ দা খুন্দাবো, পোইবেতোন নঙদি “হৌ থাঙব্রায লম-হনব” দা খুম্লোক-খুন্দাবসি। অদু নোংদা লাইবেল পাখংবদা অমুক হাযখিযে- “কংলৈ মপু পিবা। নঙগী লৈঙাক-লৈশম্বা খুন্দা-লৈতাবা মপুং ফাঙম্লা থেমদোকপদা লুচিং থৌবাঙনা থোক্লগে হাযবগী যাঙমদুনা তুবম খোংলম যাংলৌ লমশাঙ শেম্লা লাকঙম্লিবা পোইবেতোন ব্রাখল চাওবদি মাগী লুপ্লা লৈবদা নুংঙাই যাইবী মবাঙ কাযনা পাঞ্জবনা মবম লম্বু থিঙম-য়েংঙম্লা লৈশুনো। ঐদি চৎলগে, নঙনা ঐবু উননিংবা মতমদা কৌবকর্উ, ঐসু মবাক্কে” হাযবম্লগা চৎখ্রে।

*পোইবৈতোন খুম্লোকপা :*

নোংদা লাইবেল পাখংবা, ঈবেন্মা লাই খুৎলোঙবী লাইস্না অনিনা

লুচিংনা অশায-অশমগা লোইননা হৌ থাঙব্রায় লম্ম-হনবগী মনুঙ কোনবা চঙনা লময়েংলকপদা কুকম চীঙগী নোংচুপ থংবা লোকশা নাগদা লৈবা অতেম্বা লম খবা থেংনদুনা খুদোংচাগনি হায়দুনা মবায পোইবেতোন, মবুঙগী লৈনবা শঙলেল শেম-শাবীদুনা লৈহল্লে। লম অদুগী মমিংবু অতেম্বা লম থিদুনা লৈ 'লমতেন (লমদেং)' থাকৌবে।

খৃঃ গী ১৩ শুবা মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী কুমশীং ৭ শুবদা পোইবেতোয়া লৌউবগী মবমদা য়াম্না থব্রায যাওনা লৈপাক্কী চাকহোঙনবা থৌবম থৌবু হৌবদা মাগী পাই মনুঙদা ফৌ মযোম অনি যাওবম্মী। ফৌ ময়োম অনিদুনা ফৌদী মক ওইনবা লম মচেৎ খবদা চাবী লিংনবা থৌবুববু মযোন অনিদগী ফৌ চাবী অদু ফোযবগী লোংইবা লিংথোকপগী লোইবা ঙমদবে। অদু নোংদা নোংদম্বনা নোংদম্বীববনি হাযদুনা মাগী কাঙলুপ মখৈ হৌদুনা লৌ লিংনবা থৌবাঙহন্দুনা নোংচুপ হাবম শীন-থুংনা লৌ লোইনা উবে। মবাই থব্রাবেন্না লুচিংদুনা ইংখোল কোইবগী মবম‥ মনা-মশীং হব্রাই-শীংব্রায, হৈ-বা লফু লতংনচিংবা থাদুনা কাংলুপ অসিনা লৈপাক্কী ব্রাঙনবা থৌবাঙ থৌ পুবে। অবোংগী-কাঙলুপ্পা শা-ষনবু যোঙনা শঙ্গোমগী মবম্বু শেমগৎলে। খাপীনা ফান্তোংবনা চুদগী চুহী লৌদুনা চুহী হাযবা মশকপু পুথোক্লবা থৌবাঙ তৌবা হৌখি।

*খুৎশা-হৈবা তানহনবা :*

মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী চহী কুশীং ১১১, খৃঃ গী চহী ১১৭ শুবা কুম অসিদা মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখঙবা, ময়ুম তবএক পিবানা লুচিংদুনা পোইবৈ তমদা তাবশিংবু মা-মাগী মখুৎনা শাবা হৈবা মখৈ পোৎকী পোখোক হেনগৎনবা শাহল্লে। হৈ-শিংবা হেনবা পুথোবকপা পোৎশক অযাম্বা লন-মথুম পীদুনা মপুক হবাওহন্দুনা পুথোবকপা পোৎকী মঙাল হাপ্পী। লৈপাক্কী ওইবা থবক্তি তেংবাঙদুনা সুহল্লী। শাদা হৈবা লান্দা থৌবশিং নিংথৌ ফি শাইজোনবা মনা পীদুনা লৈপাক ময়ুম পুম্বদা শীন্ন-থুংনা খঙহল্লী। লোইদাম শজীবু থাগী হুন্ন

পানবা কোবৌ শগোলশেন্দা মৈদীঙগু নোংদা লাইবেল পাখংবা, ঈবেন্মা লাইস্না, পুবৈবোম্বা, লুব্রাং খুম্থিবা, ঙাংহন্থোক, নোংদম্বা মাযচৌ তাংঙখা নুংকাই মবিবা, কাইবীবোন শঙলেল পুবা মাযচৌ মুব্রাং লনহাংঙম্বা, নোংপোক অচিবা, খম্লাঙবা, ব্রাংব্রেন, থাংজিং, লোয়য়ালাকপা, কৌক্রু, মাবহনবা (মার্জিং), লৈনুংঙ খুং-খুং অচিবা, উমং লাই লৈবা খৈবীক্কা, তাইবং পুম্বগা যাকাবক্তুনা কংলা ব্রাযেল কুচু শঙদা ফম্লুবে । অদুদা নোংদম্বা খুং-খুং অচিনবা- "কংলৈ পিবা ঙসি মযুম পুম্বনা নয়াথং থৌপুনা হৈজবা মখুংনা শাবা মপুক ব্রাখলগী তানফংজবা মথৌ মঙসু শেম-শাদুনা পুনবক্লিবসিনা মযুম যেল্ পম্না খুদিংগী যুমদা-যুমখায়বা ওইনা মযুম মশীং যাম্নবা তৌঙম্মু । মযুম অমদগী মশিন শিনফমদা মযুম অমনা শিন তাদুনা শুফদে । মযুম কনাগুম্বনা সুবম্বা তৌববদি লাইবকচনগী লুবু মুক্তুনা অপকম্বা যুমদাঙবনি খঙনবা, মযুম যুমদাঙলবা মশক মমীংদা পুযাদা ইদুনা থম্মু । মা-মাগী মপা মপূগী মতীক মঙালবু যেংদুনা থৌ পুনবদি লাইবকচন্দা নামূঙবনি । মবম অসিবু থৌ পিনা লুচিং পিবা নঙনা লাইসু মীসু নোংদম শিনতাক্লা থমগনি" নোংদম্মী ।

<u>*য়ুম খাযবা :*</u>

লুব্রাং য়ুমগী মৈযেং চাম্বনা মৈ থোকপা থৌদু নূঙ অমদগী খাম্বী মৈ লৌনগা মৈহুম মৈবা চাউনা থাদুনা মৈহুম মৈবা অদুনা মশা পুম্বা যোম্লা কোযনা লৈনা হাইনা চঙলক্তুনা খাম্বী অদুবু কৎলি । মযুম লুব্রাংগী খোঙলৈশঙনা লাংগোই শগোল অমা তোংলগা অনাপ্পা, অথাপ্পা লৈফমদগী মতুঙ মমাঙ য়োম্বা তেনজৈ অমা শাদুনা কোযনা লংলক্তুনা লৈপাক তিনফম মযাযদা হুঞ্জিল্লক্তুনা মালেম লৈমায-থক্তা ব্রাযবা তেনজৈগুম্বা অদুগী মচীন্না য়ুংহন্দুনা কৎলৈ । অঙোম শাখায়না লাইয়ুম কা অমা চীবোঙ নাইনা শাদুনা কৎলি । অমনা তুবী লাইবেল অমা কৎলি । অমনা লোঙশা মচীন তবেৎ থোক্লা পানবা অমা কৎলি । অমনা তাউবা হুয়চীন-হুযয়া থৌজবু শাদুনা কৎলৈ । অমনা লোইদাম থাজগী মায়কোয

অকোযবা লৈওঙবু তমজবা শীঙেল লৈবাং অঙৌবা অমা শাদুনা কংলৈ। অমনা চবৈ ফি অমদা মচু মঙাবু যেক্তুনা কংলি। মখোয় ঙম্নমকপু মনা মথুম পীদুনা মাগী মাগী খৌবম যেংদুনা য়ুম খাইহল্লে। মোইবাং লুপ অমনা সনা থোঙজাওবু তম্না থোঙ অমা শাদুনা কংলি। অমনা পোল্লাং হাযবা অবনবা লুক অমা শাদুনা কংলি। অমনা চাইবেল ঈশাযফু ঙাংখা কৌবা অমা শাবগা কংলি। অমনা ওক্কী মশকপু শাদুনা কংলি। মানা মানা হৈজবা খুৎ-শাগী পুথোক্তুনা কংপদা মনা-মথুম পীদুনা মা-মাগী মথৌ শিল্লম মতুঙ ইন্না য়ুম্নাক শাগে তোঙান তোঙান খাযনা থোন্দুনা ময়ম যেলুপ পুম্নমক খাযখি।

<u>চেংলৈবু থেম-নৌবা</u> :

পোইবৈ তমগী তাইবংশিংগী মনা-মথুম ফংবগী পাউনিলখোলগী ঈব্বাযখোলবু লোইবী থক্তা পানখিবা চীঙগী ফুরূপ কযা নাতা-নবদুনা মতুঙ কুমজাদা চীঙদা লৈবা চেংলৈ লমলেকশংগী লুপ অমসু লৈহৌবোন্দা লাক্তুনা নিংথৌগী মনা ফি ফংগে হাযদুনা কংলৈ পিবাগী মফম্নাংদা "কংলৈ মপু মৈদীঙঙু পিবা-ও। "নদাইবেম তযুম ঐখোযসু নিংথৌ নথৌজাল ফংজানিংই" হাযদুনা "কোঙযাঙ ৱানা পজেঙ ঈংলগা লীনা লীফা-লীপুন্দুনা লুক অমা মখোঙ কোযনা, মখাঙ নাইনা লুক্কী মপান অকোয়বদা তুবী লীশা-খোইশা, লীথুপ-লীবোল, চুকপুন-লীপুন, পবৈ ওকখ্রৌ পাংফ-শা।" অমনা "খাংচেক-ফকশা লীবোল-লী থুপ লোন্দুনা পবম লীথাঙ কুম্না-মঙা, লাইযেক তকক্কী, পাফল চাম্ম-নীপানগী পবম্নু লীথাঙ শুনা লোন্দুনা শাবা লুকমায উবদা খোযজঙ-খোযদাবা ওইদুনা মৈদীঙঙু পিবানা হংই- "ময়ুম যেংলূপ কনানা শাবনো ? লুকমায় অথেল অনী অসিবু মপুক ৱাখল থৌয়াঙঙিদা।" লমলেকশাংনা পাউখুম্মী- "ঐখোয় চেংলৈ য়ুম্না শাবকপনি। হৌজিক্তি নোংপোক উয়ান্দুনা মকেঙ পুঙনা পানঙমজবে।" মৈদীঙঙু পিবা পাখংবনা হংখি- "অদুদি ঈশানৌ নুঙঙৌ য়ুমথঙবগা য়ুম অমতনিদনা। ময়ুম চেংলৈসু হৌ কংলৈ লম্ম-

হনবদগী হৌখিবা মুম্নি। ময়ুম্বু মুংহনবা অসি নামুঙ চংলম্নি। হৌ কংলৈ লম্ম-হনবগী তমগী অকোয়বদা লৈঙম্নবা তৌঙম্নে। মতম খবা থব্রায়বু হিংনবা থৌপুবদা নোংমগী অফঙবা মশক্লা তাইবঙ থব্রায় হিংনবগী চীঞ্জাক অহাওবা মশক ওইনা চাকবা মশক অদু থাদোক্লসি। হৌ কংলৈ লম্ম-হনবগী পুগী চংলম ঈচীঞ্জাকপু লাইবকচনবু থৌ পুনা চা-থক্তুনা লৈবসে। লাইবক চনগী যেলূপ মাগা শাখায় মাপন্না হৌ কংলৈ লম্ম-হনবা সনা লৈপাক পুঙমায়য়োলগী যাইফ-নুংঙাই থৌ পুনবা তৌঙম্লসি কোবৌ ঙসিগী।"

লনলেকশাংনা পাউখুম্লকই- "ময়ুম পুম্বগী নোংদম্বা কংলৈ সনা পুঙমায়যোলবু লৈচঙ-লৈফম্বা। ইথৌ-ইঙমদি কাউঙমদনা থৌপুজগে। চাঙমলূববা চীঞ্জাক্লীনা থাঙম্বা ঙমগনি নীংঙমদবে। ঈপানাং, ঈপুনাং কী চংলম ঈচীঞ্জাকপু তানফংদ্রবদা, নীংশঙলক্তুনা চাঙমলূদনা তু লূখায তাবক্তুনা লৈঙম্বা থোকঙম্বা ওইবম্লকনি। অব্রাবা মতমদা ব্রাযবু হিংনবা চংঙম্লকপা চীঞ্জাক অসিবু থাদোক্তুনা হন্দোকপা তৌজববোয। চীঙশাং অকোযবদা কোযনা পাম হোংজদুনা ইনীংবু তম্না লৈঙমজবা তানফংজবগে। তমগী অহৈ-অশিং, অকন-অথৌবদা চানবী-কূবীবা নোংদম্ববু নিজগে মপুগী খুযা খাদা।

লৈনুঙ খুং-খুং অচিনবা নোংদম্মী- " কংলৈ পিবা। ময়ুম চেংলৈ অসিদি পাগী পুগী লৈহৌ যেলূপ চীঞ্জাকসু চাখিদবে। পউশা য়াউব্রা ইব্রায-ইনিল লাইযেক চনগী শুদনা পাউশানশ্রে। হৌ কংলৈ লম্ম-হনবগী লাইবকচনগী-চীঞ্জাকসু তিম্নখিদবে। নামুঙ চীঞ্জাকপু চাদুনা লৈববনিনা মখোয় অসিবু কোবৌ ঙসিদগী 'হোংচাই হাও'থাকৌনা থম্লসি। ময়ুম যুম্ফম লৈঙম্বসু লৈতবে। মীচীঞ্জাকসু চাবা যাবা যাদবা নামুঙ মবমসু খি-যেংদুনা কোবৌ নোংমগী চাবা যাবা লৈঙম্বা কংগং লৈতবা মশক্লা অহাওবা চীঞ্জাক ওইনা লৈবনিনা মখোয় অসিনা লৈবম্বা মফম্বু 'হাওকপ চীঙশাঙ' থাকৌনবসি। মখোয় খিবীক্লা কংলৈ ঈবোলবু

পাউশাবদা য়াউৱা শুনা পাউশাদবে ।" মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা হায়- " ময়ুম চেংলৈমা ! নখোযনা লীশা-খোইশানা শাবকপা লূকমায় অথেল লূক অসিবু ঐগী কোযজঙ-খোয়দাবা, থৌকাউগ্রবা লীবোল-খোইবোলবু ঙসি ঐবু নীংশিংনবা মবন্থু ওইহনসিদা ঐগী ইপুক হবাও তয়ামজবগী ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজবে । মসিগীদমক পাখংবা ঐনা শেংলিবা খ্বাঙশেং ফিচোল অসিবু নখোয়দা ঐনা পীবিবনি । ফি-বোল অসিবু তানফংবা মহাক অদুবু য়ৈবা চৈবা তৌফবোই । মীচৈ-মীয়ৈ পীববদি পাখংবা ঐবু যৈবা চৈবগী লঙজবদু তানফংজবা ওইসনু । অদুগা নখোয়গী চংলম্বু কাউদনবা নয়ুম লৈহৌফম লূগী লৈফম্বু থাদোক্তুনা লৈনিংবা লৈফমদা হোংদুনা লৈঙমখি । অফঙবা চাবা যাবা য়াদবা লৈতনা অমদি অখাকপা লৈতনা অহাওবা ওইনা চাওয়া লৈঙমখি কাউদনবা নমীংবু 'হোংচাই (খোংজাই) হাও কৌবসি ।

<u>চীঙদা লৈবা লূপ অমা</u> :

মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী চহি কুমশীং ১৩৮ দা চীঙদা পনবা লূপ অমা লাক্তুনা মৈদীঙঙু পিবাদা পুকম লৈপাযবৈ, "ননাই ঐখোয চীঙদা লৈবা ঐখোযসু শাদা-লান্দা হৈ-শিংবা অকন-অথৌশিং য়াওবক্রবদি তমগী অকন-অথৌনা মনা-মথুম ফংবগুম্বা ঐখোযসু ফংজগে , পীনবীবা নোংদম্বীয়ু" হায়ঙম্মী । মৈদীঙঙু পিবানা হংঙি-"নখোয়দি লৈফম কদাযদা লৈঙম্মীবা ? চীঙ্গাক কবি চাদুনা হিংঙম্মীবা ?" চেংলৈগী ঙামৈশিং লুচিংবনা হাযজৈ- "ঐখোয় অসি হৌ ঙাংঙৌই লম্ম-হনবা চীঙদা লৈবম্বনি । উমং লাইশিংবু কীবদগী লৈচাযনদুনা 'অৱাং উখোঙথেল চীঙদা পান্দুনা লৈঙম্লে । অফংবা মশক্লা তাইবং থৱায হিংনবগী ইচীঙ্গাক ওইনা শা, ঙা, উনা-লীংনা অফঙ-অফঙবা চাবা যাবা মশক মখৈবু চাদুনা পালক্লিবনি ।" মৈদীঙঙু পিবানা হায়-"নখোযপুম্বা ! তমদা লৈবসি । পাগী পুগী চীঙ্গাকপু চাদুনা অৱাবা মতমদা থৱায হিংনবগীদমক্তা চাকববা চীঙ্গাক মখৈ থাদোক্রবা তৌবসি ।"

লুচিংবা ঙাংলৈশিংনা হায়ৈজে- " ঐখোযদি চীঙ্গাক অসিবু থানবদা ৱাঙমুনি। চীঙদা অশুম লৈঙমদুনা হাওকপ চীঙসাঙবু লমশেং-তুশেংবা ওইনা লৈঙমজবগে । ঐখোয়গী থৌবম খুদিংগী যাইফনবা নোংদম্বীবা ওইবিয়ু । মীবমলেম্না য়েখায়-থিনগাযহনবা তেমশীংলকপগী ঈ-পাউবু তাঙম্না কংলৈ পিবানা হাওকপ চীঙশাঙ খোঙ্গায়বকপদা যাংলৌ খোংলম্বু নুঙাইনবা লমশেম্বা থৌপুনা লৈঙমজগে । মপু নঙগী ফি-বোলবু পামজদুনা নিজবা লাকপনি ।"

<u>*ঙাঁমৈ হাও মিংহুন্না লাইফি ফিমু পীবা*</u> :

মখোয় খৈবীক্কী ৱা তাবদা মৈদীঙঙু পিবানা ঙাইহাক তাঙজ মৰ্ধ লুক্না ৱাখল্লুবগা "ঐগী ইহাকথকসিদা চীঙমী-তম্মী মবম অনী লৈয়ু হায়না চীঙঙু নোংদম্বনা নোংদম তমখ্রবোইবে । অদুনদি ঐনা মখোযদা থেম-নৌদুনসু যাবিবোয় । মখোয় চীঙমী অসিনা তমদগী চীঙদা লৈখিবদি মবম চীঙ্গাক অসি চাবদগী লৈখিবনি হায়বা মবম অসি চাবোল-সুবোল কাউদনবা লৈঙমহৌনবা থৌবাঙলগে । মখোয খৈবীক্কী মনা-মথুম ফি-বোল অসি ঐখোযগী হোংখিবা চীঙ্গাক্লা মনা ফি-বোল ওইনা পীঙম্লগে" হাযনা লেপ্লে । অদুদা "য়ুম্নাম, খোইস্নাম' য়ুম অনীবু কৌখত্তুনা কুমশং লংফাইনা নমথাঙ ফি-বোল অমা শাহল্লগা অশংবা, অঙাংবা, অঙৌবা, নাপু মেমানবা লংফাইনা নমথাঙ ফি-বোল পুম্বদা "শগোল, শামু, শা, উচেক, ঙা, উ-ৱা" মশকপু খুৎনা কানোক তৌনা লোম্দুনা ফি-বোলবু শেম-শাখি । ফি-বোল অসিবু পাখংবন্য নমথাঙ ওইনা নমদা ইন্দুনা ৱাযেল কুচু শঙদা ফম্লগা হায- "ময়ুম যৌপমা । অশায-অশম পুম্বসু তাঙম্লো । ঙসি ঐনা ইল্লিবা চৈবৈ ফি-বোল অসিগী মমীংদি লাইফি ফিমু ফি-বোল' মিংহুল্লবনি । ফি-বোল অসি পাখংবা ঐগী ফি-বোল অমনি । ফি-বোল অসিবু চীঙদা কানা পামযানবা খুন্দুনা ইচীল-ইনাও শাদা হৈবা, লান্দা থৌবনা পাখংবা ঐগী মনা ফি-বোল পীদুনা ফংলবা মশক্তি মফম ফমথোল মাইবা ওইগনি । ফি-বোল অসিবু ইল্লিবা মহাক্তা য়েবা, চৈবা

তৌফবোই। ওম্বা মখে মাগী মবালবু ঙাক্কদবনি। হাক্না অকনবা অযোল-অবাল তানফংলবসু কংলৈ পিবা পাখংবা ঐনা ব্রাযেল নোংদম শঙদা ময়ুম পিবা মবীগা ফম্নগা অবাল-অহুইববু নোংদম ব্রাযেল তমগদবনি। মবম অসিবু থৌকাউদনবা থৌপুনবসি। অদুগা অব্রাং লমদা হেনবা চীঙশাঙ উখোঙথেল পুঙদা পানফবা 'ঙামৈ হাও' থাকৌ মিংহুম্না লৈঙম্লশুনু। ঙামৈশিংগী লুচিংবা। মৈদীঙঙু কংলৈ পিবা পাখংবা ঐগী ইনমদা ইল্লিবা চৈবৈ ফি-বোল অসি নখোযনা ফংঙম্লো, ঐগী খুদোল মনা ফি-বোলনি। লৈঙমহৌবিবা লাইগী ফিবোল ফিযু নমাঙ পুম্বা অসি খৈবীকপু শাদা, লান্দা থৌবা মী, ব্রাযেল থৌবু হৈ-শিংবু, তৌ-ঙম্লকপা মথৌ-মঙমগী মবম্বু খাযনা শাযেক-শাদম, ঙাযেক-শাদম, লৈযেক-মচু হেংনা লোন্দুনা মনা ফিবোল পীনা ফংনবসি। কুমজা অসিদগী হৌনা চীঙশাঙলাকপা কোল্লোয মিংকৌনা থম্লসি" হাযনা নোংদম্না লাউথোক্তুনা ফিমু লাইফি ফি-বোলবু মনা ফি-বোল পীবীদুনা উখোঙথেল পুঙদা পানফবা ঙামৈ হাওশিংগী লুপ্পু হবাও-তযাম্না মখুন্দা হন্নখি। ময়ুম যেলুপমা পুম্বসু মবাল-যাযদা ঙম্না হন্নখ্রে। মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা লৈবিবা নমু তাইবং খুদীংমক্কী মনীংথুংনবা থৌবু ব্রাখন্দুনা সনা কংলৈ শঙ্গাযবেন্দা হঞ্জিন্দুনা নোংদম্বা খুংখুং অচিবগা পাউশানা লৈখি। কুমজা অসিদগী হৌনা "চীঙশাঙ লাকপা মনিংথৌ লংমাই নিংথৌ, খাবম নিংথৌ, মোম্বী নিংথৌ, চশাং নিংথৌ, মবিং নিংথৌ, চোথে নিংথৌ, থযোং নিংথৌ, মপাও নিংথৌ, তয়াং নিংথৌ" অসিনচিংবা হাপ্তুনা লোইবী চীঙশাঙ অকোযবগী লম্বু শীন্নবা হৌখবে।

<u>মেবা হাওচোঙবা হৌবা</u> :

মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী চহি কুমশী ১৪৫, খৃ:গী চহি ১৫১ শুবা কুমগী মনুঙ লোইদাম মেবা থাগী ১৫ নি পানবা থানিল শগোলশেন নুমিত্তা নোংপোক চীঙ্খ্রে অশিবোই চীঙশাঙদগী চীঙমী থাঙব্রাযজাওনা লুচিংদুনা কাংলুপ অমা কংলৈদা খোংজাবক্তুনা নোংদা

লাইবেল পাখংববু থৌগল্লে । পাখংবনা পাউহংবদা "ঐখোয়দি মমাগ কুমজাদা হৌ কংলে লন্ম হন্দা লৈঙম্লম্বনি । খোইয়ুম উমং লাইশিংগী নমথেক-নমজানবদা অশিবোই চীঙশাঙদা শানফমবু কোইজাইননা তাদুনা লৈবনি" হায়না পাউখুম্মী । অদুদা পাখংবনা- অদুদি চীঙ লমদা তাদুনা লৈবনু । নঙগী লৈফমদা লৈঙম্লো" হায়বীবক্লে । অদুদা থাঙবায়জাওনা হার্যজে- "ননাই ঐখোয়দি তমদা লৈবদি ব্রাঙম্লনি, কুমজা খুদিংগী ঈশিং ঈচাও থুম্বসু তানফংদববা চীঙলম তোনবদা অশুক মবৈজবগে । মৈদীঙঙুবু সনা থৌগঞ্জনিংদুনা মনা-মথুম পামজবসু থৌনিজগে লাকচবনি । ঐখোয কংলৈ ফম্বগী শাকোই-শাদম্বা খুংলোলবু মতম নুংশাংনা কাউনবে । খুদোলবু শাদম্লা অশৈ খোলফাং শৈবাউনা মপু নঙগী থৌগলবু তানফংজগে লাকচবনি ।"

মৈদীঙঙূ পিবানা মপুক হবাও তযাম্লা মৈতৈ য়েলুপ পুম্ববু পাউহেন্না কৌদুনা কংলৈ পুঙমাযয়োন্দা ময়ুম পিবা মবীনা লুচিংনা খোইয়ুম পুম্বসু যাকাবক্তুনা মৈতৈ ময়ুম লুপকী ফমদৌ পুম্বা মফম্লাংদা ফমদুনা যেংগদবগী লৈবে । অশিবোই চীঙশাঙদা পানফবা থাঙবাযজাওনা লুচিংদুনা পাউথা লীবোল শৈশক্লা খুঞ্জাও লৈচাওনবা হায়বগী ফক্শা-লীশাবু শাকোয- শাদম্লা কংলৈ পিবাগী থৌগলবু পাউশা শৈশকপা হৌবে , হৈযিলে, হযালে- অম্ হযালে । হৌ হাং হৌ, হৌ হাং হৌ, হৌ হাং হৌ, হৌ হাং হৌ, হৌ হাং হৌ । হযি হযালে- অম্ হযালে, হযানগেদা হৌ । ব্রাকোল্লো- ব্রাকোল্লো, চীঙদগী ব্রাকোন্না তমদা তাগে হায়ঙম্লে । ব্রাকোন্না কাপ্লা মীকাপ্লা, ব্রাকোল কপনোয নোয । ব্রাইনু-ও, ব্রাইনু-ও তমদগী ব্রাইনুনা, চীঙদা কাগে হাযঙম্লে , তমগী ব্রাইনু পুকফবা, ব্রাইনু নেম নেম নেম । হৌ হাং হৌ, হাযনগেদা হৌ, হৌ হাং হৌ । হা উং হুং, উক কক, কক, কক, ক ।" পাউশা শৈশকখোলবু তাবদা মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মপুকপু নুংশি নুংঙন লাংখিদুনা খুম্থোক লৈশেমঙৈগী মবম্বু নীংশিংলুদুনা ব্রাযেল কুচু শাঙদা য়ান্দুনা থমলিবা

"লুবেল লুতীন ফি-রোল লাইয়ুম নমথাঙ' বু লৌথোক্লনা "থাঙবায়জাওা কংলৈ পিবা পাখংবা ঐগী লৈহৌ ফি-বোল লাইয়ুম নমথাঙ অসি ফি-বোল ওইনা কোবৌ ঙসিদগী নখোয়গীদমক কংলৈ পিবা ঐনা পীববনি" হায়না পীনবে।

*খ্বাঙগী লাইয়ুম নিবা তাংখুল মিংহুনবা :*

থাঙবাযজাওনা- "ময়ুম পুম্বগী নোংদম পিবানা নোংদম্বীদুনা লাইয়ুম নমখাঙদি ফংজবে। অদুবু ফি-বোল্দি শুনা ফংজগে। লাইয়িংথৌ অশিবনা মালেম লৈথোলঙৈদা শেংলমথিবা 'খ্বাঙকোইথ্বাঙলী লাইয়ুম' অদুগা পীনবীবা নোংদম্বীয়ু। ঈপুথৌগী থৌঙম্বু থৌকাউদনা থৌপুজবা ওইঙম্না খ্বাঙলী লাইয়ুম্বু লীথুপ শেংনা কংলৈ সনা লৈপাক্কী লৈথোল-লৈতৌববু ঈথৌ-ইঙম ওইদুনা লোইবী চীঙশাঙ অকোবদা পনশানা নথৌ-নঙম্বু পুদুনা ননাই ঐখোয পানজগে।"

মৈদীঙঙু পাখংবা পিবানা নোংদম্লকই,- "নয়ুম কংলৈ লম্মহন্দা হঞ্জিল্লবোয় , লোইবী চীঙশাঙ অকোয়বদা লৈঙম্লগে। ঈশিং-ঈচাও খুদিংগী য়ুমহোঙ-কৈহোংবসি রাঙম্লে। অদু নোংগীদমক্তা নয়ুম কংলৈ লম্ম-হনববু হুনদোক্লনা অতোঙবা লম্বু থিদুনা লোইবী চীঙশাঙদা মীগী মথৌ-মঙম চেংলৈ য়ুমগী চীঙদা কাদুনা পাম যান্দুনা পানববু নখোয পুম্বনা শিন্তাংদুনা লৈখিবা মবম অসিবু কাউদনবা থৌবু-থৌঙম ওইনা নখোয খৈবীক অসিগী নমীংবু পাখংবা ঐনা 'তাংখুল হাও' হায়না ঙসি কোবৌদা কৌবগে। নখোয় পুম্বনা পামজবা নোংদম্বা ঈপুথৌগী মালেম লৈথোল 'খ্বাঙলী লাইয়ুম' অসিবু পাখংবা ঐনসু থরাযনা তাজবা চৈবে খ্বাঙশেং-খ্বাঙলী ওইনা পুকম লৈপাযনা থমজবনি। অদুবু তাঙখুল নখোয খৈবীক্লা কাউথ্রবা খুম্লোক লৈশেম লীশা-খোইশা ফকশা মবম্বু ঙসি কোবৌদা নৌনা নীংশিংহল্লবা অসিদা পিবগী পেনবা কৌবদা লৈঙমদে। ফি-বোল খ্বাঙশেং, লাইয়ুম খ্বাঙলী অসিগা কোন্নদুনা পাউশা অসিগা লৈহল্লগে। চঙসীল্লকউ পাখংবা ঐগী তাংখুল অয়াম্বা পামজবা

ফি-বোলসে লৌখবো।" হায়দুনা "কংলৈ সনা পুঙমায়য়োল, চীঙনা কোয়না পনশাবদি, হাওনা কোয়না পনঙাক্লি। নোংদম্বনা মউ থাবদি, লাইয়িংথৌ অশিবনা থাবনি। অউন ফি-বোল তমজবনা, থৌদাবু নোংদম থৌপুনা, পাখংবা ঐনা তমজখি।" পাউশানা খ্বাংলী লাইয়ুম্বু পীখবে। চৈবৈ ফি-বোলবু তানফংলবদা তাংখুল থঙব্রাযজাওনা লাইয়ুম খ্বাঙলীবু শেংলগা, লাইয়ুম লৃতীন নমথাঙবু লেংফাই খাউওয়দুনা লুচিংলগা মপূক হ্বাও-তযাম্না পাউশা লীবোল শৈশক্লা মৈদীঙঙু কংলৈ পিবাবু পুকম থৌনিবকয়ে- " পোখবৈ মৈতৈ লৈমযোল, কংলৈ সনা পুঙ মায়োল, লৈপাক নোংথৌ তুবদা, সনা থম্বাল শাংলিবা, সনাগী থম্বাল মথস্তা, মযুম মঙাং কংলৈ পিবানা, সনা শামফদে। চীঙনা কোযনা পনশাবা, হাওনা কোযনা পনঙাকচৈ মপু নঙগীদমস্তা, চীঙগী চেংলৈ হাওবনি। অযোল অবাল অপুম্বা, নখোঙ খানা ঙাকপীবা, নোংদম থৌজাল তাবীববু, ফিগাও শানা নিজগে, পীনবীযো থৌজাল থোইবা। হৈ-হা, ওওওওও হাযনসিদো।" শৈবাউ শৈদম্না পাযনদুনা মপূক লৃতীক থাঙম্না তাংখুল থাঙব্রাযজাওনা লুচিংবা কাঙবু নোংপোক লৈখম অশিবোই মবাল মখুন্দা হনখিযে।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদীঙঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মমাঙ "হযি চক, হযা চক, খুনুং চস্তসু" নিংথৌ কযামুক পানখি হাযনা অদুগা হৌজিক ঐখোযনা খঙনবিবা "হাও" হাযনসু কৌনবম্লিবা চীংমীশিংগা তমদা লৈবিবা তম্মীশিং (মৈতৈ) গা য়েলহৌঙৈদগী হৌবক-শাংলকফম্বু অমতদগী ওইবকপা, অমতা ওইবম্বা য়েক-শল্লাইদা অমদি শকফম্লচিংবসু শকমান্নবিবা মবম্না মতম কূইনা শাংনদগী হৌনা ঙসি ফাওবা তংন-থানবস্তনা অমতা ওইনা কয়াদা লোযনমিনদুনা লৈমিন্নবক্লী। মসিবু মথক্কী বাবী লীখুনসিদগী অসুম্না অসুম ওল্লকখি, ওইবি হায়বসি "কংলৈ শঙলেল পুবা।" পুয়াদগী ফংজববু শম্নপ্না খবদঙ পঙ্গবিবনি।

-------------

# খম্বগী পারি-পুরি

খুমন কোনুংদা নিংথৌ পুন্সিবনা পাল্লি । থৌবাল নিংথৌগী মচানুপী কাইনালৈমা কৌবীনা মহাবানি ওই । মচা ইবুংঙো অহুম পোকই নিংঙোল য়াওদে । অহন্না হাওবমসন কৌই । অনিশুবা য়াইমনা হাওবম য়াইমা কৌই । অতোনবনা হাওবমতোন লৌথিবা কৌই । অহুম অসি মহে-মশিং মশক মতৌ মগুণ ৱাত্তে । মচা অহুম অসিগা লোইননা নুংঙাইনা পাল্লি । মাগী মনাই অচানবা অমা লৈ মমিংনা পশিথিংবা শোইসেনবা কৌই । নিংথৌ থৌদা ইন্দুন লৌ যানবা চৎলি কনাগসু লোইনদে, হূইগুম্বা অমা লোইনৈ । মফমদি চীংফূ কৌবা চীংদনি । মানা লৌ য়াল্লিবা অদুগী চীংখোংদা হৈবুং পাম্বী অমা হৌই । হৈবুং অদুগী মখোঙদা ঈশিংখোং পুখ্রি অমা লৈয়ে । হূই অদুনা কৌয়না শাথী-ঙাথীকব্বগা ঈশিং থক্কে হাযদুনা যেংবদা উ অদুগী উশাদা সনাগী লিক পবেং অমা যান্দুনা লৈ । মাগী মমী ঈশিংদা তাদুনা লৈবিবা অদু হূই অদুনা উবে । চোংথদুনা লীক্তা চিকই মমিনিনা ফংদে । কাখৎলগা যেংদুনা লৈ ঈশিং অদুনা লেংদ্রগা অমুক উবে । অমুক চোংথদুনা চীকই মমিনিনা ফংদে । অসুপ্না কয়াবক হোৎনদুনা লৈবনা নুমিৎ তাগদৌবদুনা শোইসেনবনা হল্লগে হাযদুনা হূই কৌবকই । কৌবদা লাক্তে ঈশিংদা যেংলগা খোংদুনা লৈ কবিনো হাযদুনা চঙদুনা য়েংলুবদা ঈশিংদা লীক্কী মমি তাবিবা অদু উবদা য়েংখৎখিবদা উশাদা লীক য়ান্দুনা লৈবিবা অদু উবে । লীক অদু লৌথদুনা ফিনা য়োম্লগা লাক্লে । শোইসেনবনা খল্লি

ঐদি নিংথৌগী মনাইনি মাগী থবক শুবনি শেংন-চানবা পুম্নমক মানা পীদুনা থম্নিবনি মনাই অমনি । অদুনদি ঐনা ফংবা সনা-লুপা হী-য়াই পুম্নমক নিংথৌদা কংফম থোকই । অসি খন্দুনা স্নাগী লীক পবেং অদু নিংথৌদা কংলে । লীক অদুগী মবোল মুয়া হংলগা নিংথৌনা থমজিনখ্রে । নোংঙাল্লগা নিংথৌনা মচা অহুম কৌবে । মচা অহুম য়েংদুনা হায়বকই- "ঙবাং নুপা শোইসেনবনা লৌ যানবা চংলুবদা সনাগী লীক পবেং অমা ফংলভুনা পীববে । লীভি পবেং অমত্তনি নখোয় অহুমনি মতং মতং য়েল্লবদি ফজববোই নখোয় অহুম্না নোংমা নোংমা লৌদুনা শিনৌ । লীভি নমাদা থমগে হায়দুনা মমা মহাবানীদা থমখ্রে । অসুম্না চহী কয়া লৈববা তুংদা নিংথৌ পুম্সিবা শিবে । মচা অহুম্না মমাগা লোয়নদুনা শ্রাদ্ধ কর্ম তৌবে । মযাম্বা অহল হাওবমহন্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে । মাঙদা পাল্লম্বগুম অনা-অয়েক লৈতনা নুংঙাইনা পাল্লি । নোংমা লুব্রাং নিংথৌনা হবাও মথোই কাবগী কুম্মৈ যেংবিবো, য়াওবিবো হায়দুনা মনাই থাবভুনা বার্তনগা লোয়ননা খুকমলবে । নিমন্ত্রণগী মগুণ ঙভুনা লাক্কে হায়দুনা য়াখ্রে । বার্তন লাক্লিবা মনাই অদুনা নিংথৌ য়াথং পুদুনা লুব্রাং নিংথৌদা হয়েং লাক্কনি পাউ তমখ্রে । অসোমদা খুমন নিংথৌ মগুণ চাওবা নোংঙলবদা হৌগৎলদুনা ইকজককবে । চাক চাবদুনা ফিজেৎ লৈতেং লোইখ্রে । অদুগী তুংদা মমা মহাবানীগী নাভ্তা চংলগা খুকম্মী । অদুগা হায়বকই ইমা লীক অদু ঙসিদি নচানা শিজকগে । মমা মহাবানীনা ইবুংঙো ননাও অতোনবগী নুমিৎনি নঙোন্দা পিবা য়াদে । নঙোন্দা পীথোকখ্রবদি ননাওনা শাওবগনি । মচা নিংথৌনা ইমা নচাসু খঙজে অদুবু লুব্রাং হবাওবা চচকগে । নিংথৌ ইমাম্নবা তিম্নবা মতমদা লৈতেংজকগে হায়জববনি । ইয়েং ঐগী শিফম থোকপা নুমিত্তা ইনাওনা নুমিৎ নিনি অনিবকপু শিজসনু ঙসিদি ঐনা শিজকগে ইমানা পীনবীয়ু । মচা নিংথৌগী প্রেয়া খাংবা ঙমদ্রদুনা লীক অদু লৌথোক্তুনা পীখ্রে । লীক ফংলবদা মমা খুকমজবগা মনাও হাওবম য়াইমগা লোইনদুনা যাত্রা তৌদুনা

লাক্লে। অনিনা লাক্লিবা লম্বী অসিগী মমিংদি মৈতৈ ঐখোয়গী লোন্দা খুমন কংগথেন নোংয়াইপান মলবুং কৌই অদুবু অসুপ্পদা খুমন য়াংবী হায়না কৌই। লম্বী অসিদা ব্রাবী শাদুনা নিংথৌ মচিন মনাওনা লাকপনা মথং মথং লাক্তুনা ইশোক লাংয়াথেন কমবোং তাংনখা কৌবা লম্বীদা লাক্লে। অসুম ব্রাবী শাদুনা লাকপনা য়াঙ্গোই মাপান যাঙ্গোই তৌবক শমদুনা তুবেন কাবোং লান্দুনা তৌবুল খুন যৌবে। ক্বাশিফাই লান্দুনা অদুদগী লম্মাংদোং য়ৌবদুনা লুব্রাং কোনুংদা চঙলক্লে। পাউ অদুনা লুব্রাং নিংথৌ থোবক্তুনা ওক্লবে। খুমন নিংথৌ উবদা হবাওখ্রদুনা নিংথৌ অনিনা কোন্না-পায়নদুনা লাকমিন্নদুনা হবাও কুপ্মে তৌফম অদুদা ফমলবে। অহাও-অথুম চামিন্নদুনা জগোই-ঈশৈ হবাও-তয়াম য়েংদুনা নুংঙাইনা লৈবে।

নুমিদাংব্রাই য়ৌবক্লবদা খুমন নিংথৌনা ঐ হল্লগে হায়দুনা বিদায় পীনবে অদুগী তুংদা খুমন নিংথৌ মচিন-মনাও ব্রাবী শাদুনা লাকই। অশোমদা খুমন কোনুংদা নুমিৎ যুংবা কান্দা হাওবমতোন লৌথিবা হজিল্লক্তুনা চাবা-থকপা লোইবদুনা মমা মহাবানীগী নাক্তা হায়জবকই। ইমা নচা কোযনা চচবকবা হঞ্জবক্লে য়াইলীক অদু পীবিবো নচানা শিজবগে। অদু তাবদা মহাবানীনা খল্লি অশেংবা তাক্লবদি শাউবা তাই লোৎলগে খন্দুনা-ইমাগী ইবুংঙো তব্রা নবুক তপউ ইমা ব্রা হায়গে। নযাম্বা নিংথৌগা ইমাগা তান্নবদা মগুণ লৈবা য়াইলীকনিনা তোয়না শিববদি মাঙখিবা যাই অদুনা শিবগনুসি হায়দুনা থমজিনখ্রে। অদুনা পুজা তৌদুনা থমলসি শিবগনু।" ব্রাদু তাবদা হাওবমতোন লৌথিবনা ইমা ঙসি নভ্রবা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা লীক অদু থমজিনবীয়ু ঐগী নুমিৎ অসিদগী হৌদুনা থম্বা নচাগী থম্মোয়দা য়াজনিংদে অদুগা নচা মশেন অচান-অবাই নাইবা য়াম্না ফত্তে তৌবিগনু। মচাগী ব্রা তাবদা মমা মহাবানীনা মচাগী খুজেং পায়দুনা ঈংনা হাযবকই। ইমাগী ইবুংঙো অতোম্বা ইমানা লাপ্লে নঙবু কিদুনা ইমানা ওইদবা ব্রা হায়খ্রে শাউনু। লীক অদু নয়াম্বা নিংথৌনা শিখ্রে, মগী নুমিৎ থোকপদা নঙনা অনিবক

শিজৌ হায়বম্মী। হাওরমতোন খুমদে। মমা মহারানীনা ইবুংঙো ব্রা অসি নয়াম্বনা য়াম্না লুনা হায়জবম্মী। মদু তাবদা হাওবমতোম্না ব্রাখল খন্দুনা হাযবকই ইমা ইয়াম্বা নিংথৌদি কদায়দা লেংখি মহাবানীনা হায়বকই লুব্রাং নিংথৌগী হবাও-জগোই যেংলুনি চংখি। অদু তাবদা হোই-মাই হায়বমদনা অচীকপদা ফমলগা ব্রাখল তৌবকই, মবুক্তা ব্রাবৌদুনা শাউবে। অসিগুম্বা থবক অসি হন্না-হন্না থোক্লগনি লীক অসিগী মবমদা ইচিল-ইনাও এগ্রথোয নুংঙাইনববোই। অদুনদি লীক অসি ককথংতুনা মাঙহনখ্রগা অফবা ওইগনি খন্দুনা লীক কক্ননবা হায়দুনা মপাবুং নিংথৌগী খুংশুথাঙ পুজা তৌদুনা থমলিবা অদু লৌথোকলদুনা নুংদা ফেংঙি মদুবু উবদা মমা মহাবানীনা কবিনো অতোম্বা নঙনা তৌবিবা থবক অদু য়াম্না লাম্লে। থাঙ অদুদি অচম্বা থাঙ নত্তে, থাংজ তবেং থিন্দুনা (মহেন্দ্র পুংফমদা) মৈগী পুংদা শাবা থাংনি। থাঙগা নুংগা শম্নবদা জীব অমা মাঙ্গদবনি নঙনা তৌবিবা অদু অফবা নত্তে। মদু তাবদা ইমা থাঙদা অমোংপা লৈবিবসি ফেঙদোকপনি, হাযবগা ফিগংনা তকথোড়্নুনা থমজিল্লুবে, অদুদগী ঙাইহাক লৈবগা ফি চোন্না ইল্লগা থাঙ পুদুনা লোম্না থোবক্লে।

মথন্নদা মযাম্বা নিংথৌগী খোঙ্গুল লীবা লাকই। মথং মথং লাকপদা তৌবুল খুন য়ৌবদা মযাম্বা অনিগা উনবে। মনাও উবদা ময়াম্বা নিংথৌনা হংখি শানৌতোন কদায়দা চংলিবনো তোম্বনা যাম্বুং স্না থৌগল লাকচবনি। ননাওদা অসিদা লেঙগনি তাকশীবমদনা যাম্বুং অনিনা স্না খোংলেংখ্রে ননাওদি খল্লুবদা লৈবা ঙমদ্রে মবমদি হৌজিক অসিদা লুব্রাং লাল্লোই কনবনা হাংনবগা যান্নবগা অবোয়বা নাইনদে অদুনা হঙ্গোইজদুনা যাম্বুং থৌগল লাকচবনি। ব্রা অদু তাবদা নিংথৌনা মনাওবু থোইনা হেন্না নুংশিগ্রদুনা লুব্রাং হবাওবগী ব্রাবী-ব্রাতাই শাবদুনা লাকমিন্নরে। হাওবম য়াইমনা মাংদা চংলি, হাওবমহন নিংথৌনা ময়ায়দা চংলি, হাওবমতোন লৌথিবনা তুং থংনা চংলি। হবাও ব্রাবী শাদুনা নুংঙাইনা লাকই। অসুম্না লাকপনা য়াঙ্গোই তুবেল য়ৌদুনা মাঙ থাংলিবা হাওবম য়াইমনা

তুবেল লৈবে ঈশিং লাল্লসি হায়নদুনা ফি-বোল শেম্ন-শান্নবদুনা ঈশিং মশানদা লেপ্তুনা অহুম অসি ঈশিংদা য়েংঙি । মতম অদুদা মনাও অতোনবনা নিংথৌগী ওস্তা শিবিবা স্নাগী য়াহবিক অদু ঊবে মানা আদগী লীক কল্পে হায়দুনা লাকপদু নিংশিংলভুনা খল্লকই তুবেলসি লানখ্রবদি য়ুম যৌথ্রগনি, য়ুম য়ৌথ্রবদি কক্পা য়াববোই অদুনদি মফম অসিদা লীকসি কক্হৌদবা যাদে । অসি খলদুনা হাওবমতোন লৌথিবনা ফি মনুংদগী থাং লৌথোভুনা লীক কক্ই । ঈশ্বরগী নোংদম মাগী মাগী কর্মগী ফল কনানা কক্পা ঙমগদগে । থাংগী মগুণনে ব্রহ্মগী নোংদম্নে লীক অদু কক্পদা নভনা ময়াম্বা খুমন নিংথৌগী মঙকসু য়াওনা কক্খ্রে।

থাংগী মখোল তাবদা হাওবম য়াইমনা য়েংখিবদা ময়াম্বা নিংথৌগী মঙক কেন্দুনা লৈবিবদু ঊবদা ঙকখ্রদুনা ঙাইহাক অবাবা খাংলগা পিদি মতুম মতুম তাবগা খা চিক্লগা মনাও য়েংদুনা হায়বকই তোম্বা কবিগী নযাম্ববু হাংলি । পোকমিন্নবা ঈযাম্বদি ঈপামক্লি কাউব্রা ? কবি মবাল লৈদুনা ঈপামক ওইববা ঈযাম্ববু হাংপবা মীংচং অসি নুমিৎ-থানা পাল্লিবমখৈ লৈহৌবগনি ঈকাইদ্রা ? হাওবমতোন লৌথিবনা হায়জবকই-যাম্নুং লীক কক্পদা শোইখ্রিবনি মবমদি লীত্তি অমতনি ঐখোয়দি অহুমনি । লীক অসিগী মবিদা নুংঙাইনববোই হায়দুনা লীক কক্পদা শোযখিদুনা যাম্নুংগী ঙকসু যাওখ্রে । হাওবম যাইমনা হায় তোম্বা অয়ুক অঙনবদা চাবোই-চাদবোই হৌনদুনা লুবাং কোংনুং চংলুই চাবম চদংননা হাল্লকপদা কবিসু লৈতবা লীক অদুগীদমক নঙনা ঈযাম্ববু হাত্তোক্লে য়ুম য়ৌবদা ঈমানা হংলগনি ঐনা কবিবু হায়না খুমগনি । মতুং অসিদা নঙগা ঐগা লৈমিন্নববদি ঐবুসু নঙনা শোয়দনা হাংলবা যাই । নঙবু ঐনা কিবে নঙ য়ুমদা চংতুনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লুবো ।

অহল ওইববী ঈমাদো মবুক নুংশিহনগনু সেবা লুনা তৌ লৈপাক ফজনা ঙাকউ অদুগা পাবুংগী খুংগুথাংদু ঐঙোন্দা পীয়ু ঐনা থাংদু ঈপাগী মশকমক্লি খন্দুনা সেবা তৌজকগে নঙনা ঈমাগী সেবা তৌকবো অসি

হায়বগা থাং অদু মুন্দুনা লৌবে। হাওবমতোন লৌথিবনা হায়জরকই দাদা ইবুংঙো শাউবিগনু সজ্জাইদা লেঙলসি নিংথৌ ওইবীদুনা ইমাগী সেবা তৌবীয়ু লীক কক্কে হায়দুনা তৌবদা লাইগী নোংদম থীবনা য়াম্বুংগী ঙক ককখিবনি। হাওবম যাইমনা তাও তোম্বা মবম পুন্নমক ইয়াম্বনা খঙলে নঙগা লোযনদুনা ইমাগী নাক্তা লৈদুনা সেবা তৌবা ঙম্নবোই মবমদি ঐবু উবগা ইমানা কপকনি মচা নুংশিবগী মৈনা কাববা ইমাগী মায়থোংদো য়েংদুনা লৈজবা ঙম্মোই। ইমানা খনগনি ঐনা নিংথৌ ওইবগা নঙনা যুবরাজ ওইনিংদুনা ঐথোয় অনিনা তানবগা ইয়াম্বা নিংথৌবু হাংপনি হাযনা ইমানা শোয়দনা খনগনি। ঐনা ইমাবু অৱাবা কোকহনবা ঙম্নবোই নঙনা নিংথৌ ওইকবো। ইয়াম্বদি খুমন পুংদা কোনুংদা হল্লবোই। অসি হায়বদুনা হাওবমযাইমনা থাংদু পুবগা চংখ্রে। উপায লৈত্রদুনা হাওবমতোন লৌখিবনা অশিবা মশা অদু পুবগা য়ুমদা হল্লক্লে। যাইবিক স্না পাবেং অদুদি মফম অদুদা অদুম মাঙখ্রে। ময়াম্বা নিংথৌগী শ্রাদ্ধ কর্ম-নচিংবা তৌবগা নিংথৌ ওইদুনা মমা মহারানীগী সেবা তৌদুনা লৈখ্রে।

অশোমদা থাং পুদুনা চংখিবা হাওবমযাইমনা মখা পাংনা লাক্তুনা মোইবাং যৌবে। মতম অসিদি মোইবাংদা কাবা পুবাংবনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মতম অদু খুমনগা মোইবাংগা নুংশিনদে মবম অদুনা মকা ফোংদনা মোইবাংদা শিন লাংদুনা হাওবম যাইমা লৈখ্রে। মীওইবগী শাজং অঙকপনি শক্ত-শক্ত উনবদগী খঙনবে। খঙনবদগী নুংশিনবে মতুংদদি অমতা ওইখ্রে, ফিজেং চাকচা শাঙাঙ মোইবাং ওইখ্রে। খুমন শাজং মাংখ্রে। শান্ন-কুম্মৈ, উৎসব-মেলা চপ মান্নখ্রে। নোংমা মোইবাং নিংথৌ লেংথোবক্তুনা মুক্রা-কাংজৈ শান্নে অদুদা হাওবম য়াইমনা থাংজিং লাই-তোংদুনা মানা পুমহেন হেল্লে। কাংজৈদা লাম্বা পাবিনিংঙাই লৈত্রে, মুক্রাদসু থাবিনিংঙাই লৈত্রে। শকসু ফজে গুণসু লৈ। নোং ঙাল্লগা সভা দববাব তিনবদা নিংথৌনা প্রজাদা হংঙি- "ঙবাংগী অকনবা নুপা অদুবু কনাগী মচানো, কবম্বা পানানো ?" প্রজানা খুম্মি- "মহারাজ ইবুংঙো

মোইবাং নত্তে, খুমন মচানি । মোইবাং অসিদা সাইদাংদুনা লৈবা কুইবে । বা অদু তাবদা নিংথৌ স্না পুক্রিং ঙকখ্রদুনা কৌক য়াথং পীবে । স্না য়াথং পুদুনা হাওবম য়াইমবু ময়ুমদগী স্না নাক তান্না পুবকই । হাওবম য়াইমনা খল্লি ঙসি ঐ কবি থোক্লগবা ।

হৌজিকসি খুমনগা মোইবাংগা নুংশিনদ্রি । অবাবা বাখল খন্দুনা লাকপনা কংলা-দববাব য়ৌবদুনা নিংথৌবু খুকমজে । নিংথৌনা তবাম তবাম তৌদুনা কৌশিনবী, ফমহল্লি, মবুক নুংঙাইহল্লি । নিংথৌনা হায় কবিগুম্বা বা অমতং হংনিংদুনা কৌবনি, খুমন মচা নঙনা মোইবাং অসিদা কবম্না লাক্তুনা লৈবিবনো শেংনা খুম্মু । কনানা পোকপনো মিংনা কবি কৌই কবিবু খন্দুনা অসিদা লৈবিবনো ? কীগনু চিংনদনা অবেপ্পা বা ঐঙোন্দা হায়য়ু । বা অদু তাবদা হাওবম য়াইমনা যাইবিক ফংবা মচিন মনাও অহুমগী বাবী মযাম্বা নিংথৌনা লৈখিদবনচিংবা অদুগী মবমদা মবিক চুম্না কপ্তুনা তম্মী । মদু তাবদা নিংথৌ প্রজা কপ্লখ্রে । নিংথৌগী স্না পুক্রিং বাবৌখ্রদুনা স্না য়াথং থাই হাওবময়াইমা মোইবাং তেঙ্গোল পুবো খুমন পুংদা লান্দাবো নযাম্বা হাংপা ননাও হাংলগা খুমন্দা পাবুং খুভম হজিন্দুনা নিংথৌ ওইকবো । স্না য়াথং তাবদা হাওবমযাইমনা কপলদুনা নিংথৌদা হঙ্গংলি । ঐবু পোকপা ইপানা তৌবগুম তাকপীবা অসিদা ননাইগী থবাই কচবে । অসি হায়বদুনা খুকম্মি অদুগা খুং লোম্নদুনা হায়জে ননাইদি ননাই ওইদুনা মোইবাং অসিদা অসুম লৈজবগে । অদুগা ইনাও অদুনা খুমন্দা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লসনু । মোইবাং নিংথৌ মীযোক-মীচান ফৈ হাযবা মীংচৎ লৈবসনু । বা অদু তাবদা নিংথৌগী থম্মোই পেল্লদুনা হাযরকই- য়াইমা নং অসি মীচম নত্তে নিংথৌ ইনিদো অদুনা হৌজিকমক্তি ফবি মতুংদা ননিং থুংলক্তগা অকায়বা লাক্কনি । মোইবাংগী ফত্তনবা তৌবোই হায়দুনা বাশাকৈউ । অদু তাবদা হাওবম য়াইমনা নুংদা ফম্লগা থাং চিক্তুনা বাশকখ্রে। অদু উবদা মোইবাং নিংথৌ থম্মোই পেনখ্রদুনা মনাইবু কোনবীবে অদুগা

সুা য়াথং পীবি। খুমনগী হৌনবী পুংথোনজৌ নওগী নচা-নগুনা পাঙল লাকুবদা নিংথৌগী খাদা লৈবা খদ্রাকপনচিংবা ফম ৬৪ অসিদা অপাম্বা যংজৌ। খুমন্দগী লাভুনা হাওবমাইমনা অসুম্না মোইবাংদা লৈববে। মানা পোকপা মচা-মশু মগুণ য়াম্না লৈবগদৌবি মাগী তালোয় অনি শুই অহল অদুগী মমিংনা অহোংবী কৌই মবুক তপই য়াম্না মগুণ লৈ। মচা নুপা অনি পোকই অহনগী মমিং থিঙ্গোইহানবা কৌই। অনিশুবা মচা য়াইমনা মমিং পাবেম্বা কৌই, পাবেম্বনা মচা নুপা পুবেম্বা পোকই। মচে অমসুং মচন ময়াম্বা অমসুং মনাও অমা ফাওবা লৈতে। অসুম্না হাওবময়াইমগী থাবা মোইবাংদা লৈয়ে। অনিশুবা তালোয়গী মমিংদি কাইবেমা কৌই, মাগী মচানুপা অহম্না মমিং থাংলোইহন কৌই। মাগী মচা-মশু থাবা কয়ানি।




---------

# নিংথৌখোং থোনখিবা

মোইবাং নিংথৌ ৩০ শুবা ইবাং পুখিক্লাই ইথাই কাইবেম্মনা পানবসি মতিক মগুন লৈনা লৈবাক্কী অকন-অথৌ মবাং কাইনা লৈবা খোংমী-লাম্মী মতিক চানা লৈবা নিংথৌ অমা ওইনা কেগে স্না মোইবাং লৈবাকতা ইবুধৌ থাংজিংগী সেবা তৌদুনা পালম্মী। নিংথৌগী মতিক মগুন্না যুমলোন্নবা লম কয়া লৌশিন্দুনা মাগী মখাদা লোইপোৎ কাহন্দুনা লম কযা থমখি। অসুন্না ওইনাম খুন অসিফাওবা নিংথৌ মাগী মখাদা থমলম্মী। নিংথৌ মানা যাবা মীবু নিংথৌ ওইহন্দুনা খুন-খুন খুদিংগী নিংথৌ হাপলম্মী। অসুন্না ঙাইখোং খুন অসিগীসু খুন অসিগী মতিক মগুন যান্না লৈবা খোংঙাম্বু লম্বুবা হাপলম্মী। খোংঙাম্বু 'লম্বুবা' হায়না খঙনবম্মী। অসুন্না মোইবাং নিংথৌগী মখাদা ঙাইখোং লম্বুবা লৈবম্মী। মতম্না অসুম অসুম হৌখিবনা চহী খবগী মতুংদা লোইপোৎ কাবগী মতাংদা মোইবাং নিংথৌগী লোইনবী মোইবাং লৈমবেন ওইবীনা হবাও কুম্মৈগী চহীগী ওইবা ইবুধৌ থাংজিংগী থৌবম পাঙথোকপদা খুনশিংগী নিংথৌদগী চহী খুদিংগী লোইপোৎ ওইনা ঙাবম ৭, লৈবম ৭, কাবোক নাচল ৭, হৈবম ৭, কৎনবা নিংথৌগী মখাদা লৈবা খুন খুদিংদা লোইপোৎ থৌবা মনাইশিং থাবম্মী। অদুগা ঙাইখোং খুন্দনা কৈ অমসু ফাবকউ, হি অমসু পীবকউ ঙাইখোং খুনগী লম্বুবনা পোৎলম চৈবম খিবিকসু পুবকউ ঙা মখল ৭, ফৌ শংবাই ৭, ঙা অকংবা ৭, অসুন্না তবেৎ-তবেৎনা খুজিং ওইনা পুবকউ হায়না মোইবাং নিংথৌনা

মনাইশিং থাখিবশ্মী।

অসুম্না মোইবাং নিংথৌনা লোই-পোৎ কাননবা মনাই-মশল থাবকখিবা অদো ঙাইখোং লম্বুবনা খোংঙামবা অমদি মচানিপা অসিনা য়ানিংলমদে। অদুনা লোইপোৎ পিবগী বাখল অসি ঙাইখোং লম্বুবা অমদি মচানিপানা লুমনা লৌবমদে। অদুবু মোইবাং নিংথৌগী লোইপোৎতি কাদবা য়াদবনা লোইপোৎ কানবা থৌবাং তৌবশ্মী। মোইবাং নিংথৌগী কাগদবা লোইপোৎশিং অদু মখোয়না ফজনা অমদি থাওইনা তৌবমদে। অদুনা লোইপোৎ ওইনা পীগদবা পোৎলমশিং অদু শুবমদে। ঙাইখোং লম্বুবনা মাগী মচানিপাগা লোয়ননা লোইপোৎশিং অদু ইথাই কাইবেম্বা নিংথৌগী নাকতা থাবশ্মী। মনাইশিং অদুনা লোইপোৎ অদু মোইবাং নিংথৌগী নাক্তা পুশিল্লক্লশ্মী। লোইপোৎ কাবা অসি লম অদুগী নিংথৌগা লোয়ননা কাবক্কদবনি অদুবু নিংথৌ মশা লাকতবদুদা মোইবাং নিংথৌ অদু শাওনিংলশ্মী। নিংথৌনা লোইপোৎকী পোৎলমশিং অদু শুববা য়েংউ হায়বক্লবদা মনাইশিং অদুনা যেংবদা শুবমদ্রে মোইবাং নিংথৌ অদু মৈ হৌনা শাওবশ্মী। পোৎলমশিং অদু কৈ, হী য়াওদবতা নভনা ঙাবম ৭, হৈবম ৭ অমদি লৈবম ৭ সু সুনা যাওবমদে। অদু মোইবাং নিংথৌনা খোংঙাম্বগী মচানিপাদা যাম্না শাওনা ঙাইখোং লম্বুবগী মথক্তা লাল হৌবগনি হায়না খঙহল্লশ্মী। ঙাইখোং লম্বুবগী মচানিপা অদু খোঙলৈ থুনা মনাইশিংগা লোয়ননা মবমদমদা হল্লক্লশ্মী। মখোয়না ময়ুম হেক য়ৌবগা ঙাইখোং লম্বুবদা মচানিপানা বাবী পুম্নমক পীবশ্মী। বাবী পুম্নমক তাববা মতুংদা খোংঙাম্বনা মাগী অঙম্বশিং অমদি মচানিপাগা লোয়ননা বা তান্নবা হৌবশ্মী। বা তান্নববা মতুংদা মখোয়না হান্না অথুবা মতমদা মোইবাং নিংথৌগী মথক্তা লাল হৌহৌবসি হায়না লেপ্লবশ্মী। অসুম্না অথুবা মতমদা অফবা থাবাল অমা য়েংলগা লাই-তিন খুকমলগা লালগীদমক খোংঙাম্বা মচানিপা অমদি মখোইগী লালদা হৈ-শিংলবা মনাই-মশল কয়া পুদুনা লাক্লশ্মী। অসুম্না লাকপনা যুবালা লমদম য়ৌবক্লে।

লমদম অসিদগী চংশিলবদি খুদোংথিনিংঙাই ওই খনবদগী মফম অসিদা লানবন শাদুনা লাল ঙাইদুনা লৈরে। অসুম্না ঙাইখোং লম্বুবা খোংঙাম্বা, মচানিপা অমদি মনাই-মশল কয়ানা ফুবালা লমদমদা লানবন শাদুনা লৈবে হায়বা পাউ তাবদগী ইথাই কাইবেম্বনা মাগী অফাওবা লান্দা হৈ-শিংলবা পুম্নমক কৌখৎলগা লালগী রা তাম্নবা হৌবম্মী। ইনুংঙাম্লগা মোইবাং নিংথৌ ইবুধৌ থাংজিং খুকমদুনা মাগী মনাই-মশলগা লোয়ননা লাল তৌবা চংলক্লম্মী।

অসুম্না লাকপনা ফুবালা লমদম য়ৌবক্লবদা হান্না লৈবম্লবা লম্বুবা খোংঙাম্বগী মনাইশিংগা নিংথৌ ইথাই কাইরেম্বগী মনাইশিংগা অকনবা লাল শোক্লবা হৌবক্লে। হৈ-শিংলবা মোইবাং নিংথৌ অমদি মাগী মনাইশিংগী মমাংদা ঙাইখোং লম্বুবা অদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা চেনবা হৌবক্লে। মতম অদুদা মোইবাং নিংথৌনা মাগী মনাইশিংদা যেক্লবা মখৈ তুম্না হাৎকদবনি হায়না থৌদাবম্মী। নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা মনাইশিংনা লাল কাইদুনা চেনবা হৌববা যেক্লবা মখৈ তান্ন-তান্নদুনা হাৎপা হৌবম্মী। ফিভম অসি যৌববদা ঙাইখোং লম্বুবা অমদি মচানিপাসু লানফমদগী মাই ওন্দুনা চেনবা হৌবম্মী। মদু উবদা মোইবাং নিংথৌনা তান্নবা হৌবম্মী। লম্বুবা মপা-মচা অনিদু ফনশাংনা চেল্লবা মতুংদা মোইবাং নিংথৌ অমদি মনাইশিংনা হেক্তিল্লকপনা খোংঙাম্বগী মচানিপা অদু মনাইশিং অদুনা কোইশিল্লগা হাৎলম্মী। লম্বুবা খোংঙাম্বদি মোইবাং নিংথৌনা অসুম তানবদা ঈশিংদি যাম্না চেনদবা খোং অমগী মনুংদা চোংথদুনা খোং অদুদগী চেনখৎলম্মী মদুদা মোইবাংনিংথৌনা ফাদুনা ঙাইখোং লম্বুবা অদুগা খোং মনুংদা নম্নবম্মী। মোইবাং নিংথৌনা লৌশিং হেনবা অমদি কনবা হেনবনা ঙাইখোং লম্বুবা খোংঙাম্বা অদো খোং মনুং অদুদা নিংথৌ ইথাই কাইবেম্বনা নমশিন্দুনা থম্লম্মী। নমশিনবা অদুদা ঙাইখোং লম্বুবা অদু লাও-খোংদুনা তৌবম্মী। অসুম্না মতম ঙাইহাক নমশিন্দুনা থম্বদা ঙাইখোং লম্বুবা খোংঙাম্বা মপুন্সি লোমখি। লাল অদো মোইবাং

নিংথৌ জয ওইবে অমদি ঙাইখোং হাযবা লমদম অসি ফাওবা মোইবাং নিংথৌনা অমুক লৌশিল্লে । অদুগা ঙাইখোং লম্বুবা খোংঙাম্বনা যাইবী থব্রায মাংখিবা মফম অসিবুনা লম্বুবা খোংঙাম্বনা খোং মনুংদা লাও-খোঙদুনা যাইবী থব্রায মাংখি হাইদুনা লমদম অসিবু তুংগী মীহৌবোন্না নিংথৌখোং হাযনা খঙনবসনু হাযনা মোইবাং নিংথৌ কাইবেম্বনা লমদম অসিগী মমিং থোলম্মী । অদুদগী ঙসি ফাওবা লমদম অসি নিংথৌখোং হাযনা খংনবিবসিনি ।

নিংথৌখোংদা হৌজিক চেল্লিবা তুবেল অসিদগী থৌনখিবনি মতম অমদা খোং ওইনা চেল্লম্মী ।

মোইবাং নিংথৌ ইথাই কাইবেম্বা অসি খৃ চহী ১০০৪-১০৪৯ শিবা ফাওবা পাল্লম্মী, চহী ৪৫ নিংথৌ ওইখি ।

নিংথৌখোং থোনখিবসি হৌজিক ফাওবদা চহী ১০০৮ শুবে ।

----------



নিংথৌখোংগী সেটেলাইট মেপ

# মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং

১- পুদিন
২- কংলৈ শংলেন পুবা পুযা
৩- লাইথক লাইখাবোল
৪- শাগৈ শলাইবোল
৫- লম্মিৎলোন
৬- মোইবাং কংলৈবোল
৭ লংদাই
৮- কেগে হাবেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা
৯- সনা মহি লাইকন
১০- খাগেম্বা লঙজৈ
১১- নিংথৌবোল লম্বুবা
১২- মণিপুৰী অমুসং বিষ্ণুপুৰীযা
১৩- খুমনলোন পুবান
১৪- খগেম্বা লাঙজৈ
১৫ মোইবাং শাইওন
১৬- মীতৈ লাই হবাউবা
১৭- মৈতৈ খুল্লক ঈশৈ
১৮- চৈথাবোল কুম্বাবা
১৯- ফৌওইবী
২০- চাদা লাইহুই
২১- মণিপুৰী ইতিহাস মৈতৈ পুবান
২২- অবিবা মণিপুৰী সাহিত্যগী ইতিসাস
২৩- শ্ৰী ব্ৰহ্মা বৈবত্ত কব্ৰহ্মা খণ্ডনক্ক
২৪- খুমন শৈবোল
২৫- গীতা
২৬- চিংগু পাখংবগী শাযোন
২৭- পোইবৈতোন খুম্বোক
২৮- কেগে চাযনা পুঙ
২৯- মৈত্ৰবাক্কী থাঙ-তাগী মবোন
৩০- তোবৈবোল লম্বুবা
৩১- মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবা
৩২- নাত্য-শাস্ত্ৰ (অহানবা তংকায)
৩৩- চোথে থোঙরায পাখংপা
অমসুং নুংপান পোমপী লুৱাউপা
৩৪- কপুই সলাং মাইবগী মপোক
৩৫- উমং লাই খুন্দা
৩৬- পাম্বোইবী খোংকুন
৩৭- অবিবা মণিপুরী লোনগৈ
৩৮- পাখংবা শাকোক
৩৯- পুবান নুমিৎ খোংগুন



## অইবা শ্রী লাইশ্রম বামজী সিংহ গী
## শম্লপ্পা মশক তাকচবা

শ্রী লাইশ্রম বামজী সিংহ শক ১৯৪৭ গী ইঙেন থাগী তাং ১৮ শগোলশেল নুমিত্তা নিংথৌখোং খা মথক কৃষ্ণ নগব লৈকাই (উমং) হৌজিক্তা ৱার্ড নম্বব ৩ দা পোকর্খি। অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা শ্রী লাইশ্রম ˇ যাইমা সিংহ, অপোকপীনা লৈখিদ্রবী শ্রীমতি লাইশ্রম ওংবী ˇ অমুবৈমা দেবী কৌই। মচিল মনাও যাম্লনা লাইববা ইমুং ওইনা হৌবকখি। মবম অসিনা লাইবিক লাইশু তম্বগী থবক্তা খুবৌ থাংবা ওইখি। অসুম্না কম্না হোৎনদুনা Board of Secondary Education Assam গী মখাদা মেট্রিক পাস তৌখি। লাইবিক তম্নিহৈদগী খুনগী ওইবা সংস্থানশিং লিংখৎখ। শক ১৯৭১ দা কলচবেল এসোসিয়েশনগী থৌ পুবা ওইখি। শক ১৯৭৬ তা কলচবেলগী সেক্রেটরী ওইদুনা স্কুল অমা ওইনা লিংখত্তুনা কলাগী ছাত্র কযা পুথোকখি। শক ১৯৭৭ দা মণিপুব সবকাবনা শকখংবদনা মনা কযা পীবিখি। অসুম্না মণিপুবগী ৮ শুবা স্কুল ওইখি। শক ১৯৭৯ দা NLSA গী ড্রামাগী সেক্সনগী থবক তৌবম্মী। শক ১৯৮৬ তা মমাংহৈদা লৈবক্কুবা কলা-বিদ্যাগী মবমদা সেমিনাব তৌদনা মীযামদা খংহনখি। শক ১৯৮৭ দা Small Town Committee গী মেম্বব ওইদুনা ভোৎ লেপখি। ভোৎ কাখিদে। শব ১৯৮৭ দা NDU পার্টিগী সেক্রেটরী ওইবখি। শক ১৯৮৯ দা All Manipur Mukna Festival Loktak Project দা তৌদুনা মীযামদা খংহনখি। শক ১৯৮২ দা থিয়েটব সেন্তব নিংথৌখোং লৈংখংনা নিংথৌখোংগী ড্রামা পামজবা মীওই কযা শেমখি। শক ১৯৭৭ দা Bishnupur Youth Leadership Organisation না মনা কযা পীবিবকাখ। শক ১৯৯৫ দা All India Radio গী থৌবম কযা পাংথোকখি। শক ১৯৯৬ দা Ministry of Human Resource Development Department of Culture New Delhi দগী শেলগী মতেং ফংখি। Eastern Zonal Cultural Centre Kolkata অমসুং Art and Culture Loishang Manipur না পাংথোকপা নোংপোক চানতব ওইবা কীর্তন অমসুং ভজনগী থৌবমদা শমদমসিংগী Artist কযা পুদুনা শবব যাখ। Ningthoukhong Divine Life Society গী মেম্বব ওইনা থবক তৌবমখ শক ২০১৩ দগী মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক ব্রাঞ্চগী মেম্বব ওইনা লৈবীবি।

শক ১৯৯৭ দা সবকাবগী থবক মচা অমা Electricity Department দা ফংজদুনা হৌজিক Service তৌবিবী।

*অইবগী ইমুং মনুং* লাইশ্রম ˇ যাইমা সিংহ + লাইশ্রম ওংবী অমুবৈমা দেবী অনিগী

ˇ কসতুবী দেবী, ˇ কুমকুম দেবী, ˇ গৌবাঙ্গো সিংহ, বামদাস সিংহ (বামো) বামজী সিংহ, ˇ ওক্তা সিংহ।

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইবিক খুমনা শলাই খৃষ্টাব্দ - ২০১১

**খাইবাকপম সদাশিবা (পিপন) সিংহ**
*জোইন্ট সেক্রেটরী,*
*মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক ব্রাঞ্চ*